# ব্রারেং ময়োল।

পন্দুপ অহানবা।

## ব্রা মরি।

### খোঁরাং চাওবা।

ইশিং কয়া লুদবা পাৎ অমদা ঙা পোরোম অহুম লৈমিয়রকই। মখোই অহুম্মক্কী মরক্তা অমনা মতুংগী খোক্লগদবা ঊই, য়াম্না শিংই; অমনা পাইরক শিংই, শরৈশরা য়াম্না হৈ; অমদি য়াম্না হোইশাংনৈ শোত্থবতা মখৌ ব্রোই; নোংমা ঙাখিবা থরনা পাৎ অদু ঙা কাগে হাইদুনা ইশিংলক্কুনা ইশিং খরা খরা কংলক্লবদা, অশিংবা ব্রা অদুনা মাগী মরুপ অনি অদুদা হাইরকই। করম্বনো? পাৎ অসিনা লৈবা ঙাগীমখৈগী খুদোংথীবা লাক্কদোরে, ঙাইহক্তা মঙাইরে, অরাবদা তাররগনি। মরম অসিনা ঐখোইগী লম ক্ষুস্ত্রিতৈ অসিদা পাৎ অচৌবা অমদা চৎহ্লোরসি; খুদোংথীবা লাক্ত্রিতৈগী মমাংদা মতুংগী অরাবা তারগদবা অদু শোইদনবা হোৎনহৌবা অদুদি মহাকনা কদৌ-তৈদস্তু অরাবদা তারদে। ব্রা অদু তারবদা হোইশাংনবা অদুনা খুম্লকই, ইচিন ইনাওগী ব্রা অসি চুম্বদি চুমই। অদুম্নদি ব্রোইরবদা তক্ষিং তক্ষিং তৌবদি ঐঙোন্দদি খোক্তে, হাইরকই। ব্রা অসি তারগা পাইরক শিংবা শরৈশরা হৈবা পোরোম অদুনস্তু হাইরকই, ঐদি মতুংগী খন্দুনা করিগুম্ব। থবক অমতা তৌদে। তৌইগুম্বস্তুং খোক্ল-খোক্লবা থবক অদুগী খুদক অদুমক্তদা হেক পাংনবা তৌবদি ঙমই।

মখোই অনিগী চেন্নিংদবা মতা অদু উরদুনা, অশিংবা পোরোম অদু মতোমদা ইশিং অরুবা পাৎ অমা স্নোনা ইচেল মতুং ইন্না থুনা চৎখ্রে।

ঙাইহক লৈরগা পাৎ মচা অদুগী ইশিং অদু কংলক্লদুনা ঙাথিবশিংনা খরাইনা পাৎ অদুগী ঙা পুন্নমক কোইশিল্লক্লে। অদুগী মরক্তা শরৈশরা হৈবনে, পাংথোকচাম্বনে মখোই অনিমকস্তু য়াওখ্রে।

কোইশিল্লিবা ঙা পুন্নমক কাদুনা লেংশিল্লকপা হৌরে। খুদক অদুমক্তদা শরৈশরা হৈবা ঙা পোরোম অদুদি, ঙা লেংনবা থৌরি অদু ময়ানা চিক্তুনা অরেংবা ঙা ময়ামগী মরক্তা য়েংপখ্রে। ঙাথিবশিংনস্তু মাবু অরেংবা ঙানি হাইনা নিংলে। মতুং অদুদা মখোইনা ঙা চামগে হাইদুনা ইশিং অচৌবা অমদা পুথদুনা চান্বদা, ময়ানা চিক্লম্বা থৌরী ওথোক্তুনা চেনখিদুনা উচিননাচিন্না মথরাই হিংজহৌরে। তৌইগুম্বস্তুং পাংথোকচাম্বা অদুদি মাগী অতনবা অদুমকনা মথরাই শিখ্রে।

অৱাবা তাররগনি হাইবা খংলবমক্তদা তন্দুনা মাদুগী কোক্নবা মাংজোননা হোৎনদবা মী অদুদি, পাংথোকচাম্বা ঙাগুন্না মাংই। মতুংদা অৱাবা তারগদবা উরবা অমস্তুং মাদু কোকপা ওমগদবা থৌরাংলৈনমক থোক্লবা মতমদা, মাদু শর মতৌগনি হাইদুনা নিংঙাইদানা লৈথোকপা মী অদুস্তু ইরাক্নবগুন্না নংলৈ। তৌইগুম্বস্তুং অৱাবা তাদ্রিবৈদা মশা কন্ননবা মাংজোননা চেকশিন্না থোরাং তৌহৌবা মী অদুদি, অশিংবা ঙাগী মতৌগুন্না লৈবখিবিক্তা থবক খুদিংমক্তা য়াইফবমথৈ মাগী শরুক রোইরৈ।

---

## পুকচেল চাওবা।

কাম্পিল্য কৌবা খুল্লংদা ব্রহ্মদত্ত কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লমই। মথরাইপানবশিংগী মখোল খংবা শাতানবগুম্বা পূজনী কৌবা উচেক মপী অমা মহাক্কী কোন্নুংদা লৈরমই। উচেকনি হাইদুনস্তু ব্রহ্মদত্তনা মহাকপু থৌশাবিদবা খক তৌবিদে; অমস্তুং কোন্নুংদা

লৈবা নুপী নহানস্থ মাবু য়াম্না চানবি অমস্থং নিংথোনচিংবনা পুকচেল তিংনা মাবু চানবা মরম অদুনা মহাক অদু কোনুং অদুদা অদুমা লৈখ্রে।

মতম কয়ামরুম লৈরগা পুজনী মচা অমা পোক্লে। মানা মচা পোকপা নুমিৎ অদুমক্তদা, নিংথৌগী মহারানীস্থ মচা অমা পোক্লে। নুমিৎ অমতদা মচা অনি অদু পোক্নিন্নৈ হাইদুনা, পুজনীনা নিংথৌগী মচা অদুবু য়াম্না লুনা তৌই, ইচা মীচা থক নাইদে। মখোই অনিমক অদু করম তৌরগা নুংঙাইনা চাথক্কুনা লৈগদগে, করম তৌনা নুংঙাইনা পানগদগে হাইবা, য়াইফনবা হিরম অদু চপমান্ননা নিংই অমস্থং তৌই। কদোউৈদস্থ মীচং শঙ্গল নাইদে। মহাকনা নুমিৎ-খুদিংগী অমৃতগুম্বা হৈ অনি অনি পুরক্কুনা মচাদা অমা নিংথৌগী মচাদা অমা পিজৈ। অহাওবা অমস্থং হকচাংগী ময়োল রোইবা হৈ অদু চাদুনা নিংথৌমচা অমস্থং উচেকমচা, অনিমক নোংমা নোংমগী চাওরক্লে।

নোংমা নিংথেমনুবীনা নিংথৌ মচা অদু কোইপুপুদুনা কোইরকই, খুদক অদুদা নিংথৌমচা অদুনা উচেক মচা অদুবু উরদুনা নহা রোই-বগী পুকচেল তয়াং তয়াংদুনা উচেক মচা অদুগী মনাক্তা চংখ্রদুনা শান্নশান্নরকপদা উচেক মচা অদুবু নোংথক্তা রাংনা লংখত্তুনা লৈপাক্তা থাদরে, মাদুগী চৈনাখোন্না উচেক মচা অদু শিরে। মাদুদগী নিংথৌমচা অদু নিথেমনুবীগী মনাক্তা চংখ্রে। খুদক অদুদা পুজনীস্থ মাগী মহৌশানা তৌবগুম্না উহৈ অনি পুদুনা লাকপদা, মথরাইবু হেনবা মচা অদু ইলেংলেংদানা লৈপাক্তা তাদুনা লৈবা উরে। ওস্থোকইদা! রাংনা লংখত্তুনা লৈপাক্তা থাদদুনা হাৎলবোই নিংলে। মথরাইবু হেনবা মচা শিরবা অদু উবদা পুজনীগী অরাবগী ওমথৈ লৈত্রে। মহাকনা মচাগী নুংশিবা মৈচাকনা কপ্পকপ্পদুনা হাইরকই। তাথী-গনবা ক্ষেত্রীমচাগা লৈমিন্নবা কদোউৈদস্থ মতিক রোইদে। ঐগী ইচাগা নোংমতদা পোকমিন্নৈ হাইদুনা মীচং শংগল নাইদানা য়োক্কুনা নোংমা নোংমগী চাওমিন্নরক্লবা অমস্থং চাননবা অহাওবা উহৈ অনি অনি পুরক্কুনা নুমিৎ খুদিংগী পিজমিন্নরক্লবনি। অস্থুম্না তৌরক্লবা

অঙাং অদুনা মখোইগী ক্ষেত্রীমচাগী মীবু ইলাইলাইনা তাথীগনবা মরম্না ইচাবু হাংলে। মরম অসিনা মখোইগীদা তাংজদুনা লৈবা কদৌঙৈদস্সু মতিক ব্রোইদ্রে। ব্রা অসি হাইদুনা পুজনীনা অশাও-বগা লোইননা মখোংনা (খুজ্জিন্না) নিংথৌ মচাগী মমিৎ অনিমক খোদ্দোক্লে।

ব্রহ্মদত্ত নিংথৌনা, মথরাইবু হেল্লবা মচাগী মমিৎ অনিমক খোদ্দোকপা উরবদস্সু পুজনীগী মথক্তা করিস্সু অশাওবা উত্তে। মচা হাৎপিখিবগী মুংশিবা মৈচাকনা ফিজ্জৎখিদুনা ইচাগী মমিৎ খোদ্দোক-খিবনি হাইদুনা, পুজনীবু করি অমত্তা ব্রারকপা (দণ্ডি) তৌদানা, মহাকনা মমাংঙৈগী মতৌগুন্না পুজনীবু ঐগী কোন্নুংদা লৈয়ু হাইদুনা, খেমজিনবা ব্রাহৈনা হাইরকই। তৌইগুম্বস্সুং পুজনীনা কাম্পিল্য নিংথৌদগী চৎচরগে হাইবা য়াথং লৌদুনা অতোপ্পা মফম অমদা চৎখ্রে।

## মীথুংলবগী হৌনবীথংবা

## (অতিথি সেবা হৈবা)।

মমাংঙৈদা শাতান্দুনা চাবা শাতানবা অমনা উচেক ফাগে হাইদুনা নারক্তা কোইরকই। মহাক্তি মাগী লাংদা থুবা শা, উচেক পুন্নমক ফারে হাইরগা, মাদু য়োন্দুনা পাল্লি। ইতত্তানা মথরাইপানবা হাৎপমক্তনা মাগী পুকচেল অদু নুংশিবা থক থংলক্লে। মরম অদুনা মাগা কনা অমতগা তিন্ননা লৈনিম্নদে; অদুগা মাগী ফননবা কনাস্সু তৌবিদে। মহাক্তি মী লৈতবা নারক অশোংবা অমদা উনানা থাংবোক খন্দুনা মতোমদা লৈ। অমস্সুং অশুকপা উমং অদুদা কোইচৎচত্লুনা শা উচেক হাৎপনা মশিল ব্রোই।

নোংমা শাতানবা অদুনা নারক্তা কোইচৎচৎলকপদা নোং য়াম্না

লাক্তুনা নিংথৌরৈপাক থুংনা শিনখ্রে। অনৌবা হৌরকপা নোংনা মুংশা মঙাল ঊখিদ্রে; মাইকে মরিমক ইমমমমশিনখ্রে। ঙাইহক অদুদা নুংশিৎস্থ কয়া শিৎলক্লে, নোংস্থ য়াম্না তারক্লে, নোংগী ইশিংনা মানা লৈরিবা লৈপাক অদুস্থ থুমশিল্লক্লে। অতৎপা লৈতনা নুংশিৎ শিৎপনে নোংচুবনে য়াম্না নিংথমদুনা শাতানবা অদুনা য়াম্না অৱাবগা লোইননা নারক্তা কোইচৎচৎলকই। তৌইগুম্বস্থং নারক অদু ইশিংনা পুমথুমথুমখিবনা মহাক্কী পোথাফম মফম অমতা ফংখিদ্রে। মুংশিৎনা মরাগা য়াওনা উপাল অচৌঅচৌবস্থ ইনথুরে। মান। মানা তোংজ-রিবা উপানগা লোইননা উচেকময়ামস্থ লৈপাক্তা হাইথদুনা তারে। মতম অদুদা খুন্থ অমোম অমা নোংনা চোৎপনে, নিংথমবগী অৱাবনে, খাংবা ঙমদদুনা লৈপাক্তা তারে। থুদক অদুমক্তদা শাতানবা অদুনা খুন্থ অমোম অদু উরে। ওস্থোকপনি, মানা মানা তম্লক্লবা মনাৎ হাইবা অসি কয়া কনথবনো? শাতানবা নিপা অদু মশাস্থ পুমচোৎচোৎলে, ৱাবগীস্থ ঙমথৈ লৈত্রে; অদুম ৱোইনমক শাতানবনা মাগী মিহৌবা অদু থামজবা ঙমদদুনা, অশোনবী খুন্থ অমোম অদুবু ফাদুনা উচেক পোন্দা হাপচিল্লে। মশা য়াম্না লোংবা মনা কুংনা পানবা মহৈ মরোং চুম্বা মুশিনমুবা উপাল অচৌবা অমা উমং অদুদা হৌরমই। অকনবা নুংশিৎ অদুনস্থ উপাল অদু ইনথুবা ঙমখিদ্রে। মাদুদা উচেক অয়াম্বগী কাইতোংফম অমস্থং লংফৈচৎপা মীগী পোথাফম ৱোই। উরুম অহৈংবা অদুদা অৱা পখোকনৈ। অদুগা ঊ অদুগী অহাওবা উহৈ অদু চাদুনস্থ থ্বাইনা অরাম্বা ঙাকনৈ। নোংদম্বা লাইনা জীব পুন্নমক্কা কান্নবগীদমক উপাল অদু মফমচানা চংথোম্না হৌহল্লম্নবনি, শাতানবা নিপা অদু তুংফম থিদুনা থিদুনা লাক্তুনা য়াচংবদা উথা অদুদা থুংলরে। মানা থুংলবা মতম অদুদা নোং নুংশিৎস্থ নেমখ্রে; মক্তুবা অতিয়াদা থৱানমিচাক ময়াম্না লৈতেংখ্রে। অহিং ৱোইশিল্লকপা উরদুনা, উনানা ফমুং শেম্নদুনা শাতানবা অদু উথা অদুদা হিপ্লে। মাগী মনাক অদুদা অসাইমথৈ তোরকপা খুন্থ অমোম অদুস্থ পোন্দা হাপ্তুনা অদুমা মরৈ। উপাল অদুদা মমাংঙৈদগী হৌদুনা খুন্থ

লাবা অমা লৈরমই ; মাগী খুন্নু অমোম ( মতু ) অদুদি মচিঞ্চাক থিবা চৎথিববু নুমিদাংৱাই ৱোইশিল্লক্লে হল্লক্লে, করিননো হাইদুনা, মপুক্তা অৱাবগা লোইননা মৱোল মৱোল ৱাখল তৌই। নুমিদাংৱাই নুংশিৎ কন্না শিৎখি, নোং য়াম্না তাখি, অদুনা য়াইথীখ্রবা মাল্লে হাইদুনা শোল্লগা, মতুং অদুদা থাংবা ঙমদদুনা তেংথারক্লে।

শাতানবা অদুনা ফাদুনা উচেক পোন্দা হাপ্তুনা থম্লিবা খুন্নু অমোম অদু, হৌজিক নুংশিমৈচাকনা তেংথাদুনা কপলিবা খুনুলাবা অসিগী মতুনি। মৱানা কপ্পা অদু উরদুনা মানা হাইরকই, শাতানবা অসিনা ফাদুনা ঐবুদি পোন্দা থম্লে। হৌজিক্তি ঐবু ফাবা অসি নিংথম্বনা মথৈ লৈতনা ৱারদুনা নয়ুমদা থুংলরে। মৱম অদুনা লংফৈদগী য়াম্না ৱানা নয়ুমদা থুংলবা (অতিথি) হাইবা থোক্লে ; লংফৈদগী থুংলবা মীগী নুংঙাইনবা নিংথিনা তৌবনা নহাক্কী মতিক ৱোই। ৱারম অদু ভারদুনা, খনু লাবা অদু চোংথোক্লক্তুনা তরাম তরাম্না হাইরকই। ইবুংঙো! হৌজিক্তি ইয়ুমদা অতিথি লাক্লিবা থোক্লে, অদুনা ঐনা ঙমজবমথৈ ইবুংঙোগী নুংঙাইনবা হোৎনজগনি ; খ্বাইমকনা অতিথি সেবা হাইবা অসি নিংথিনা তৌগদবা ৱোহ। ঐথৌইদি ৱা ঙাংবা থোক্লবা জীবনি, করিস্সু মৱোল থোক্তুবা উপাল অসিগী মখাদা চংলকপা জীব কয়া মহাকনা নুঙাইহল্লিবা, মহৈ য়ানবা মতমদা থুংলরে, মহৈ অদু মপুক থন্না চাহনখি, মপাল শাবা মতমদা থুংলরগা নুংশিবা লৈনম মনাতোল থন্না তাহনখি, চংলকপা জীব পুন্নমকপু পুকচেল ইতিংতিংবা মতানা চংজরকপা জীব পুন্নমকপু কয়া নুংঙাইহল্লিবা। পুকচেন ইতিংতিংনা মনা মশা খন্দোক্তুনা নোংজু নুংশা ঙাকপিদুনা জীব পুন্নমক্কী মপুক ইপেলপেলহন্দুনা পোথাহল্লি। চংজরকপা অদু-দি য়েক্নবা ৱোইদুনস্সু মাগী ফত্তনবা তৌবিবা হৌনদে। য়েংবিয়ু উপাল য়াম্নুরগে হাইদুনা মখোংদা চংলক্লবা নিপা অদুবু উপাল অদুনা নোংজু নুংশা কনবিবা মাগী হৌনবী অদু খক কাইদে। চন্দন পাম্বি য়ানবা নিপা অদুবু, চন্দন মপাল অদুনা মাগী য়েক্নবনি হাইদুনা, চন্দন মনম কৎপা খক কাইদে। মৱম অসিনা হাইনিংবা পুন্নমক খক চিথদানা

নিংশিংবিয়ু. ঐনা ওমজবা পাজল লৈবমথৈ হোৎনজদুনা ইবুঙোগী ফননবা তৌজগনি।

শাতানবা অদুনা খুনুগী পুকচেল তিংনা চাওবা অমম্মুং লৈপাকমচা তাবা রাখংবা মচৎ অদু উরদুনা, মপুক ইপেলপেল্লদুনা হাইরকই, হে খুনু ঐবু নিংথম্বনা য়াম্না ৱারে, অদুনা ঐগী অরাবা অসি কোক্লনবা থোরাং অমদং তৌবিয়ু।

শাতানবগী রা অদু তারদুনা খুদক অদুমক্তদা লৈপাক্তা তারিবা উনা শিংনা পুন্নমক অদু খোমজিন্দুনা মৈ হৌগৎপিরে। হে ইবুঙো! মৈ অসিদা মুংঙাইনা তিকপিদুনা পোথাবিরো। শাতানবনা খুনুগী রা মতুংইন্না মৈ য়াইদুনা নিংথম্বা ফরগা খুনুদা হাইরকই, হে খুনু! ঐ য়াম্না চাক লাম্নে অদুনা চাননবা থরদং পিয়ু। রা অদু তারবদা লাইরবা খুনু অদুনা হাইরকই, ঐগী অচাপোৎ অমতা পেদুনা থমজদে। ঐখোইনা নারক অসিদা লৈজবা অসি নোংমা নোংমগী চারা অমমমদং থিজদুনা থিরু থিরুবা নুমিৎ অদুদা তন্না তন্না চাদুনা লৈজবিবনি। করি অমতা লৈজদে। রা অসি হাইদুনা খুনু অদু ঙাইহক মাইথোং মকশিন্দুনা রাখল তৌরে হাইরগা, মতুং অদুদা মশামক পিজদুনা, মপুক লাম্লবা অতিথি অদুবু মপুক থলহন্দুনা পেলহনগে নিংলদুনা হাইরকই। হে ইবুংঙো! ঙাইহক্তা ঙাইবিথো, ইবুংঙোগী অরাম্বা পুন্নমক কোকহনজগে। রা অসি হাইদুনা খুনু অদুনা উনা শিংনা খোমজিদুনা মৈ হৌগৎলগা হাইরকই, ঐনা তাজবা লৈ, য়ুমদা থুংবা অতিথি সেবা নুংঙাইনবা তৌবা হাইবা অসি অচৌবা ধর্ম্মনি; ধর্ম্ম অসি ঙাক্লবদি, ইশাদা পাপ লৈবা তারে। হৌজিক অসিদা ইবুংঙোনা ঐবু থৌজানবিয়ু। ঐগী ইশামকনা ইবুংঙোগী অরাম্বা কোকহনজগে। অসি হাইদুনা, খুনু অদু অসাইগী চাক্লবা মৈনুং অদুদা চোংশিনখ্রে।

মৈনুংদা চোংশিনখিবা খুনু অদু উরগা, শাতানবা অদুনা ঐদি তোল্লিদা, হাইদুনা মতোমদবু চৈদুনা চৈদুনা হাইরকই, ওস্থোকইদা! ঐ অসিদি কয়া নুং'শবা থংদ্রবা মীনো? মতম লৈবথিবিক্তা মথ-

রাইপানবতা হাত্তুনা পাল্লি। মীনা ঐবু ইতত্তানা তাথীরি, ঐগী থবক কনা অমতনস্থু থাগৎনদে ; ঐনা নুমিৎ চুপ্পা মীনা ত্তুক্কচরবা থবক্তা তৌদুনা য়ান্না পাপ চেল্লে। কদৌঙৈদস্থু পাপ্তুগী লানবা ওমগনি হাইবা নিংদ্রে। খুন্নু অসিগী মতুস্থু ঐনা পোন্দা হাপ্তুনা থম্লি। নুমিৎ চুপ্পা মাগী শাগৈ নাটৈ হাৎপা হোৎনরি। মাদু তৌনমক ধর্ম্ম চেনবা খুন্নু অসিনা, ঐবু নুংঙাইনবা হোৎনবদা করি অমতা লাইরেক্কে, করি অমুক হাইগনি, মশামক চাসন্নু হাইদুনা মৈনুংদা চংলে। অস্থুপ নিংথিনা অতিথি সেবা তৌবা কদৌঙৈদস্থু উথিদ্রি অমস্থুং তাথিদ্রি। পুকচেল চাওবা খুন্নুনা মশামক য়েৌনা কত্তুনা, অতিথি পেন্নবা সেবা তৌবগী অথেংবী উৎথে। ঐন্নু মানা উৎপা মতুংইন্না থাজবগা লোইননা থরাই য়াওনা ধর্ম্ম খাল্লগে। অস্থুম হাইদুনা হাইদুনা শাত্তানবা অদুনা পোন্দগী খুন্নু অমোম অদু থাদোকপিথে অমস্থুং মক্কম অদুদগী চথোক্লক্লে।

---

## ফত্তবা মরুপ অমস্থুং অতৌমন থংদবা।

মমাংঙৈদা গৌতম কৌবা বামোন অমা লম য়ান্না চত্তুনা চাকনিদুনা কোইচৎচংলি। নিদুনা ফংবা অদুনা মাগী শেৎচাবা ওকই। চাক-নিদুনা কোইচৎচংলকপদা নোংমা গৌতমনা খুল অমদা থংলরে। খুল অদুদা ইনাকখুনবা য়ান্না খুৎকনবা শাত্তানবা নিপা অমা লৈরমই। চাকনিদুনা চারিবা গৌতমনা মহাক্কী ময়ুমদা থংলদুনা, চহি অমা চাবা ওকুবা অচাপোৎ অমস্থুং লৈফম পিয়ু হাইদুনা নিরে। রা অদু তাদুনা শাত্তানবা অদুনা বামোন অদুগী লৈকম থোরাং তৌবিরে। গৌতম শাত্তানবা অদুগা নুংঙাইনা লৈবা হোরক্লে। মতৌ অস্থুম তৌদুনা শাত্তানবা খুল্লক্তা লৈদুনা, বামোন অদু মথোইগী মশিল তেল কাপ্পা হৈরক্লে। শাত্তানবশিং অদুনা মতম লৈবথিবিক্তা তেল কাপ্তুনা লমগী ওাম্নু হাৎলি। বামোন অদুস্থু মথোইনা তৌবগুন্না নারক্তা কোইনা

চত্তুনা ওান্থু হাৎলকপা হৌরক্লে। শাতানবশিংগা ইত্তত্তানা লৈমিন্নবনে অমস্থুং উচেক হাৎমিন্নবনে বামোন অদু, জীব হাৎপদা থোইদোকনা মথরাই য়াওরক্লে অমস্থুং জীব ন্থুংশিবা থংলক্লে। মহাক্কী অফবা পুকচেল অমস্থুং অফবা থবক্তা মাই ওনশিনবনচিংবা মাংখে। উচেক হাৎপা মশিস্তা পাইখিদুনা বামোন অদু শাতানবা খুল অদুদা মরাতানা লৈরক্লে।

নোংমা লাইরিক লাইশু হৈবা বামোন অমা খুল অদুদা থুংলরে। হন্দক লাক্তুনা থুংলরিবা বামোন অসি গোতমগা লৈপাক অমতদা লৈমিন্নরম্বা য়াম্না চান্নবা মরুপ ন্রোইন্নমই। মহাকনা থুংগে হাইদুনা বামোনগী মন্থুম খিরকথিরকপদা গোতমগী ময়ুমদা থুংলরে। মতম অদুমক্তদা গোতমস্থু তেন্দোংনে অহাৎপা ওান্থুনে মরেংবান্দা পুদুনা মশা পুন্নমক, ঈ নাই হতৈতৈরদুনা ময়ুমদা হেক থুংলবতা মওাইরি। অনৌবা লাকপা বামোন অদুনা গোতমবু হেক উবদা মশক থংলদুনা হাইরকই, হে মরুপ! নংনা অফবা শাগৈদা পোক্লগা করিগীদমক তোল্লবা জাতনা তোগদবা, তুক্কচরবা থবক্তা লুপ্তুনা লৈরবা হাইবা অদু ন্রোইরে, নহাক্কী অহললম্মনদি লাইরিক লাইশু হৈ, পুকচেল খোইজেল তপই, খোজাল হৈ। নংনা অদুম ন্রোইবা অহললম্মন অদুগী অফবা মগুণ, শাগৈবু চেস্থহনবা মশক ন্রোইরে। খোকখিতোখিবমখৈ খোকখে তোখে, মতুং অসিদি মফম অসি থুনা থাদোক্তুনা, ন্থুংশিবা থংবা অমস্থুং পুর্কনিং তপথবা লমচৎ চৎনবা তোরো। মাদু তারগা গোতমনা মপুক্না থরা য়ারদুনা, হাইরকই, হে ইতাও ইবুংঙো! ঐদি লাইরবনি লাইরিক লাইশু করিস্থু হৈতে। লনগী মরমনা মফম অসিদা লৈরিবনি। ওসি নহাকপু উরে হাইরগা মহৈ য়াল্লে হাইনা নিংলে, য়াম্না ন্থুংওাইজরে। নহাক্কী নরা অদুনা থংদবা পুন্নমক থংলক্লে। নহাকনা খোজানবিদুনা ওসি অহিংতাদি ঐগীদা লৈবিখো। হয়েং নোংওাল্লে হাইরগা অতোপ্পা মফম অমদা ঐখোই অনি চৎমিন্নসি। বামোন অদুনা, গোতমনা হাইজবা অদু য়াবিরে। অহিং অদু মবিওানি লৈমিন্নরে, শাতানবশিংগা লৈমিন্নবা অমস্থুং চামিনথর্কমিন্নথবা মরমনা

গৌতমনা, চানথকনবা লাম্হোক্তুনা সেবা তৌবা অদু, অতিথি বামোন অদুনা মপুক লামদুনস্থু চাবিথিদ্রে।

মতুংগী নুমিৎকী অয়ুক অদু, অরাকপা বামোন অদুনা মফম অমদা চৎকদবগী থৌরাং তৌরবদা, গৌতমস্থু ময়ুমদগী থোরক্তুনা সমুদ্রু পাংনা চথোক্লক্লে। লম্বেনদা সমুদ্রু চৎপা লল্লোনবা খুৎপু অমগা উনদুনা, মথোইগা লোইননা চৎমিন্নরে। থরা চৎলগা লল্লোনবশিং অদু চিংগী লোক অমদা চংখ্রে। মতম অদুদা খংহন্দানা শামু লমশা অঙাওবা অমা লাক্তুনা, লল্লোনবশিং অদু হাৎপা হৌরক্লে, অস্থুম য়োইবা অকীবা থবক অসি উরদুনা গৌতমস্থু লোক অদুদগী চেন্থোক্লক্লে। অকীবনা মাইকৈ খংদ্রবা বামোন অদু, অদুম্না তৌনা চৎলকপদা নিংথিজরবা উমং অমদা থুংলরে। মথল মথা অয়াম্বা হৈ, লৈনা লৈতেং য়োইদুনা উমং অদু নিংথিজে। গৌতমনা উমং অদুগী নিংথিজবা অদু য়েংদুনা য়েংদুনা খোংনাং পাম্বি অচৌবা অমগী মখোংদা চংদুনা ফমলুরে। য়াচংবা মতমদা বকধর্ম্ম কৌবা উরোক অমা মফম অদুদা লাক্লে। গৌতম চাক লাম্বনা য়ারম্লে, মরম অদুনা উরোক অদু হাত্তুনা চাগে নিংলক্লে। উরোকস্থু গৌতমনা উথাদা লৈবা অদু উরদুনা হাইরকই, হে ইবুংঙো! ঙসিদি ঐগী ইরাইবক ফরবা হাইবা অদু য়োইরে; ঐগী য়ুমদা অতিথি য়োইবিরবা হাইবা অদুনি। হৌজিক্তি য়াচংবা মতম য়োইরক্লে, মরম অদুনা চাবিথকপিনবা থৌরাং তৌবিরো, চারে হাইরগা মফম অসিদা নুংঙাইনা ঙসি অহিং লেনবিয়ু। হয়েং নোংঙাল্লে হাইরগা চৎনিংবা মফমদা চৎপিয়ু। উরোকনা য়া অসি হাইদুনা অচৌঅচৌবা ঙা পুরক্তুনা, গৌতমবু মপুক থন্না পিজরগা, অরাবা পোথানবগীদমক মশা অদুনা হুম্মাইগুম্না হুমদুনা গৌতমবু পেলহল্লি। গৌতমবু পোথাদুনা অরাবা হন্দোকহল্লে হাইরগা, হিপ্নবা ফমুং শেমবিদুনা হিপহল্লে; অদুগী মতুং অদুদা মাগী মমিং অমস্থুং লাকপগী মরম হংলকই। গৌতমনা হাইরকই হে উচেক! ঐদি বামোননি, ইমিং গৌতম কৌই; ঐ য়াম্না নংই, লল খরদং তানগে হাইবগীদমক সমুদ্রু

চৎকে হাইদুনা য়ুমদগী লাকপদা, অসিদা থুংলরিবা অসিনি, বামোনগী অরাবা অদু উরদুনা উরোকনা হাইরকই, হে ইবুংঙো! লনগীদমক নহাক রাবিরুগনু, নহাক্কী লল থুনা ফংলগনি। হৌজিক্তি মরুপ রোইনদুনা নুংশিনরে। মরম অদুনা নহাক্কী ইনাকখুন্নবা হিরমদা য়াম্না কন্না হোৎনরগনি। উরোক্কী রা অদু তারবদা, গৌতম, বারম্বা কোকখিদুনা মপুক খরা হরাওরে, লল ফংখিগনি নিংলে। করম ভৌরগা লল ফংগবা হাইদুনা লনগী রাখন্না য়াম্রা রারম্নবা গৌতমনি ; হৌজিক্তি মাদুগী রাখল অদু খরা নেমখ্রদুনা, উনা শিংনাগী ফমুং অদুদা নুংঙাইনা তুমখ্রে।

নোংঙাল্লে হাইরগা উরোকনা গৌতমদা হাইরকই ; হে ইবুংঙো। অসিদগী খরা চৎলে হাইরগা মেরুব্রজ কোবা খুঙ্গংদা ধর্ম্ম চেনবা নিংথৌ অমা পাল্লিবনি। মহাক অদু ঐগা য়াম্না লুনা ভৌনবা মরুপনি। ইবুংঙো নংনা মাঙোন্দা চৎলুরবদি, ননিং পুন্নমক ইথংথুংগনি। রা অসি হাইদুনা লম্বেল তাকপিরক্লে। উরোকনা তাক্লকপা লম্বি মতুংইন্না লাক্তুনা, গৌতম, মেরুব্রজগী কোনুংদা থুংলরে। থোংশংবনা গৌতম থুংলবগী পাও নিংথৌদা কঙ্গৎলুরবদা, নিংথৌনা মহাক্কী য়াম্না চান্নরবা মরুপ রাজধর্ম্মনা, গৌতমবু থারকই হাইবা খংলদুনা ইকাই খুন্নবগা লোইননা পুশিল্লকউ হাইদুনা মনাইশিংদা য়াথং পিরে। মনাইশিংনা গৌতমবু নিংথৌগী মনাক য়ৌনা পুশিল্লক্লে। নিংথৌনা গৌতমবু মতিক ওকপা ইকাইখুন্নবা উৎলি। গৌতম ব্রাহ্মনগা হৌনবী ভৌদানা, শাত্তানবগী মচৎ চৎলুদুনস্থু, নিংথৌনা মহাক্কী চান্নথোইরবা মরুপ রাজধর্ম্মনা থারকপনি হাইদুনা, মরুপকী মতিক মগুণ ঙাক্তুনা, লল থুম য়াম্না মনা পিরকই। গৌতম, নিংথৌনা পিরকপা লল থুম অদু পুদুনা, অমুক ধর্ম্ম চেনবা উরোক রাজধর্ম্মগী লৈফমতানা চৎখিদুনা লৈরুরে, ঙাইহক লৈরগা মরুপনা খুদুমচনবা উরোক অদুস্থু ময়ুমদা কঞ্জিল্লক্লে, অমস্তুং গৌতমনা চৎলুবগী নুংঙাই য়াইফবা পাও পুন্নমক হংদুনা, হুমাইগুম্বা মশা অদু হুমদুনা অরা পোথাহল্লগা চাথকুবা থৌরাং ভৌরে। গৌতম মপুক থন্না হরাওনা চারে। ভৌইগুম্বস্তুং

শাত্তানবগা লৈমিন্নখিদুনা মাগী অফবা লমচৎ, নুংশি নুংঙল লৈখিদ্রে। মানা চাবা লোইরগা মপুক্তা মরোল মরোল খল্লকই, লনস্থু য়াম্না ফংলে, মাসি পুদুনা য়াম্না থাপ্না চৎকদোরি। তৌইগুমস্থুং লমথাংদা চাদুনা থরাই হিংনিংঙাই পোত্তি করিস্থু উদ্রি। উচেক হাত্তুনা চারক্লে, উচেক হাৎপা হাইবা অদু মঙাইরে, অদুনা হৌজিক্তি ইনকনক্না লৈবা উরোক অসিগী মথরাই হাৎপনা চুম্লে। মশাদা মতোং য়াম্না লৈরে, লম্বিদা মশা অসি চারবদি, ইপুক ইলাইলাইনা থনগনি। অতোমন খংদ্রবা গৌতম রাখল ফত্রবা অসি খল্লখল্লদুনা হিপখ্রে।

পুকচেন ফত্রবা গৌতমগী হিপফমদগী কয়া থাপ্তানা মৈ হৌরদুনা রাজধর্ম্ম কৌবা উরোকস্থু তুমদুনা লৈরে। নিংঙাইদানা উরোক অদুনা তুমদুনা লৈবা অদু উরদুনা, গৌতম মপুক্তা করি অমতা নুংশিবা খংদানা, চংখিদুনা মথরাই হান্দোক্লে। মানা তৌরিবা থবক অসি য়াম্না তৌহৈদবনি হাইবা মপুক্তা করি অমতা খন্দে। মানা ঐবু মখৈলৈতানা কাম্নহল্লক্লে, ঐগী ফননবা য়াম্না তৌবিরক্লে, হাইবা তৌবিমন পুন্নমক পুমকাওকাওখ্রদুনা অহাৎপা উরোক অদু মতু শেংনা ফোইদোক্লগা, মৈদা যুম্না লৌদুনা পুদুনা মফম অদুদগী হরাও হরাওনা চথোক্লক্লে।

রাজধর্ম্ম কৌবা উরোক অদু নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক ওস্তাদা চান্নথোইরবা মেরুব্রজ নিংথৌগা উনৈ। ওসি নিনি শুরে উরোক লাক্লে করিননো হাইদুনা, নিংথৌনা য়াম্না রাখল তৌরে, মতুং অদুদা থিনরকপদা পুকচেল ফত্রবা গৌতমনা চান্নথোইরবা উরোক অদুগী মথরাই হাৎখ্রে হাইবা তারে। মেরুব্রজ নিংথৌ নুংশিবা মরুপ থাইনবগীদমক য়াম্না কপ্লে অমস্থুং নুংশি মৈচাকনা মখৈ লৈতানা তেংথারে। মমৈ অদুদা নিংথৌগী য়াথংনা পুকচেল ফত্রবা গৌতমবু হান্দোক্লে।

---

# তম্বা।

ওঝা গুরুনা অফবা তাকপা, লাইরিক লাইশু নৈনবা অমস্থং তাইবং-পানগী মতৌ মুন্না য়েংবা অসিনচিংবনা ঐখোইনা হিরম ময়াম খংদুনা হৈরকই। তম্বতনা লৌশিংগী অমকপা কোকহল্লি অমস্থং পুকচেল চাওহল্লি। লৌশিংগী অমকপা শেংদোক্লবদি, তৌগদবনি তৌরোই-দবনি হাইবা রাখনগী পান্নল থোক্কে। পুকচেল চাওদ্রবদি, হিরম পুন্নমক্কা অথোইবা তানবা ওমদে। তমদুনা হৈরে হাইরগা লৌশিং চাওথোক্লকই অদুগা মীগী লীচৎস্থ লাইগী মতা মাল্লকই।

তমদুনা পুকচেল চাওহন্দ্রবা, লৌশিংগী অমকপা কোকহন্দ্রবা, তৌগদবা থবক্কী লম্বেল চিংথোকপগী রাখল থোক্লবা, মী অদুদি মীনি হাইবা য়াদে। সমুদ্রগী নৈখাদা অহাংবা লৈতানা, মুশিনমুবা মচুতনা কুপ্পুনা লৈবগুম্না, মহাক্কী থম্মোই অদু অতৎপা লৈতনা খংদবগী অমম্বনা কুপ্পুনা লৈ। মশা নুংঙাইরগতা মাগী লোইরবোই হাইনা নিংই। তাইবংপানবগী পোৎ ময়ামগী থোরোং থোরম, কুপ্পা থিদুনা মানা তৌগদবা থবক অসি রোইরে হাইদুনা লেপ্পগী হিরমদা রাখল তৌদে। মহাক্তি চাওখ্রবা সমুদ্রগী অচৌবা ইথক পরেং, অরাংবা চিংদোল শোকনা অতিয়াদা ইতত্তানা পাইরিবা নোংময়াম, অমস্থং নোংলক্কা মিকুপ খুদিংদা ইলংলংনা নোংথাং কুপ্পা, অদুগা চিহ্লাও থিদবা মৈনা য়াম্না চাকপা মতৌ, অসিখিবিক উরে হাইরগা অকী-অখংগা লোইননা মশা য়েনা কনজবা ওম্মোইদবগুম্না নিংই। অসিগুম্বা উবদা অকীবা পোকপা পোৎ খিবিক অসিনা চত্তবা তাইবংপানগী ( জড় জগৎকী ) ওমথৈ লৈতবা পান্নল উৎলি হাইবা অদু মহাকনা খংবা ওমদে। মীগী লৌশিংনা মখোইগী পান্নল ফাদুনা শিঞ্জিন্নদুনা, তাইবংপানবদা ওম্মোকনা ওক্লবা থবক লিংখৎলি, মাদু মানা রাখল তৌশিল্লদুনা মানা করিস্থ হরাওদে। মাগী মমাংদা অসিগুম্বা অকীবা অমস্থং উবদা নিংথিজবা অসি কনানা শন্দোক্লনা থম্লিবা, কনাগী

মপাঙ্গন্না অসিগুম্বা তাইবংপাল অসি পথাপ নাইনা কনাগী মপাঙ্গল উৎলিবা, মাদু মানা অমুক্তস্থ খোইজংনা থিরুদে। মহাক্তি থেঙ্গুগুন্না মতোমদগী মশা মতোমতদা লোৎশিন্দুনা মপুনশি অদু লেল্লি। ইলাইলাইনা ফংবা মহৈমরোং থরা চাদুনা ইপেনপেলই, লোক্কী ইশিং অক্লবা থরা থক্তুনা খোৌরাংবা ওাকনৈ, ইরারাদানা অমস্থং মপুক্তা করিস্থ চিংনবা লৈতনা তুক্কচরবা থবক ময়াম তৌদুনা হরাও হরাওনা লৈ। মাগী লমচৎ অদু করিস্থ চাওরকপা লৈতে, মীরোইনা পোক্তুনা হিংদুনা লৈবগী কান্নবা হিরম থংদে, পুকচেনগী অমকপা পুন্নমক কোকহন্দুনা অফবা লম্বি চৎকে নিংদে। মাদি ইপংপংনা পোক্লগা মপুনশি চুপ্পা ইপংপংনা অদুমা শিখি।

অমরোমদস্থ কনাগুম্বনা অফবা পুন্নমক নিংথিনা হৈদুনা অথোইবা গুণ পুন্নমকনা লৈংতেংখবা, অদুদি থাবল য়াম্না ফরবা নুমিদাংদা অক্লবা ইশিংদা ফুগাইনা শাৎলবা থরোগুম্না ফজে অমস্থং করি অমতা অমকপা লৈতে। মাদি তাইবংপানবগী খ্বাইগী মরক্তা লৈদুনস্থ লাইরৈপাক্কী ইশেংশেংনা নুংঙাইবা অদু শোইদানা চাদুনা মরৈরে। অশেংবা লমচৎনে, মতুংগী য়াম্না উবনে, অমস্থং ৱাখল নিংথিনা তৌবনে অফথোইবা থবক তৌদুনা অরেপ্পা লৈত্রবা তাইবংপাল অসিদা মুৎলোইদবা অফবা মিংচৎ লিংখৎলি। মহাকনা তৌগে হাইনা নিংবা অদু থক কাইদে অমস্থং মাগী তৌগদবা থবক্কী ৱাখল করি অমতা হস্থদে। মহাক্তি তাইবংপান্দা লৈদুনস্থ মরক মরক্তা অতিয়াদা পুকনিংচংনা য়েংদুনা অহাংবদা কোইচৎচৎলি-বা গ্রহ পুন্নমক্কী থোদো উদুনা হরাওই; করিগুম্বদস্থ তাইবং-পানগী পোৎলম পুন্নমক্কী মনুং হুঞ্জিনবা মরম মুন্না য়েংদুনা নৈনদুনা অসিনি হাইবা অতাননবা থংদুনা খ্বাইবু ওকহল্লি, করিগুম্বদস্থ ইথং থংদবা করিস্থ তাদ্রি উদ্রিবা ইপংপংদুনা লৈবা মীগী কাংবুবুস্থ মক্তুবা লৌশিং পিবিদুনা অথংবগা মওান্না পুমওানওালহল্লি, অমস্থং অমকপা লৌশিং কোকহন্দুনা ইকাইখুম্নহল্লি, করিগুম্বদস্থ অনাবনা ৱারববু লাইয়েংবি, নুংশি মৈচাক ফংলববু থেমজিনবি অমস্থং মফম থংদানা

ইচাইচাইরববু নিংথিনা তাকপিদুনা নুংঙাইহল্লি। মাগী পুকচেল অদু মীগী অরাবতা কোক্নবা হোৎনদুনা লৈ, মহাক্কী তৌগদবা রাখল অদু নুংঙাইরিবৈঙেদস্মু, রারক্লবদস্মু, খুদোংচারিবৈঙেদস্মু, রাইয়োংচাত্রবদস্মু অশুকপা লোক্কুম্না ইলেংলেংদানা লৈ, মহাক্কী পুকচেল অচুম্বা অমস্মুং মতুংগী থোক্লগদবা উবা অদুনা মথরাইপানবা পুম্নমক্কী অরা অনা কোক্নবতা হোৎনদুনা লৈ। মহাক্তি মতৌ অস্মুম তৌনা মথল মথা অয়াম্বা, শেংলবা রাখন্না ইথনথল্লদুনা খ্বাইগী রাখন্না, লাম্বা ফংদ্রবা, য়েৌবা ঙমদ্রবা, অমস্মুং খ্বাইনা কদৌবৈঙেদস্মু খংবা ঙমখিদ্রিবা নুংঙাইবগী ইচেন্দা লুপ্তুনা লৈ।

মহাক্তি, মরূনা মতিক ওকপা লৈহাও চুপ্তুনা অমস্মুং নুংশা মঙানগী পাঙ্গন্না মহৈ য়ানবা য়াবা পাম্বি ফারকপগুম্না, নিংথিনা তমদুনা হৈথ্রবা, ধর্ম্ম মুন্না খংলবা, থোইদোক হেন্দোক্লবা মীনি হাইনা খংহল্লে। নহা রোইরিবৈঙেদা হানজিনখিবা লৌশিং মতা অদু চহি খরা খরা য়াম্লক্লগা মাদুগী মতাতা ফোংদোকলৈ। নহা রোইরিবৈঙেদা খংথ্রবা হৈথ্রবা অদু মপুনশি অদুমা কাওরদে। নুংদা য়েকপা মই হেক কোক-পিদবা অদুগুম্না নহা রোইরিবৈঙেদা মনাৎ রোইখিবা অদুস্মু খোইজিদগী হেক নাম্হোক্লন্দে। মরম অদুনা নহা রোইরিবৈঙেদা অফবা পথাপ মতুং ইন্না নিংথিনা তমগদবা রোই। অদুগা লাঁইরিক লাইশু খরদং হৈদুনা মাদু নৈনদুনা খরদং শিংজরগা ঐগী ইলোইলোইরে হাইবা করিস্মু নত্তে। লাইরিক লাইশু নৈনবগা লোইননা হকচাং কলহনবা, লাইথুং লৈহন্দবা, লাইবু খংবা লুনা তৌবা অমস্মুং ভক্তি, শ্রদ্ধাগা শাকোন্নবা, কেখোক মৌথোকপগা তাইনবা য়াদবা, পুকচেল শেংনা থম্বস্মু মহৈ তম্বগী মশা অমমমনি। অহানবমক্তদা হকচাং কন্ননবা তৌবনা মতিক রোই। মশা কন্ননবা হোৎনবদি থৌশাদানা নুমিৎচুপ্পা মহৈ হৈনবতা হোৎনদুনা লৈবা অদুস্মু মহৈ তানবগী মহৈ চারদে। হকচাং কন্ননবা পথাপ মতুংইন্না চৎলক্তবনা মাগী মশা অদু থুনা লাইথুং পান্দুনা শোল্লে। মহাক্তি অনাবনা শোন্দুনা য়াম্না খোইরাং খোইশাওনা পাল্লে। মানা করিগুম্বা থবক অমতা পাংবা ওল্লদে; করিগুম্বা থবক্তস্মু

খোইজংদে ; করিগুম্বা কুম্মৈদস্তু মপুক হরাওদে। মাদি নহা রোইনা হন্নদুনা নোংমা নোংমগী শোম্বরকই। মতুং অদুদা মতা চাদানা শিথি দুনা খাংবা ওমদবা অরাবা পুন্নমক্তগী কোকথিবস্তু য়াই। মানা মতুংগী খোক্লগদবা উদবা রাখল তেনবা মরম্না মহাক্কী ইমুংমন্নুং পুন্নমক নুংশি মৈচাক্কী চাওখ্রবা সমুক্রুদা লংখোক্লম্বস্তু খংদে। অরোইবমকনি, হকচাং মন্নুং শেংদ্রবা, কন্দ্রবদি, মী রোইবনা মানা মানা তৌগদবা থবক লোইনা তৌবা থক ওম্রদে। নোংপাপরকপদা হৌবা, কোইবা অমস্তুং হকচাংনা নোমগদবা থবক অতৈ অতৈ নোমদুনা হকচাং কহ্লনবনা মতিক রোই। হকচাং নাদনবগী পথাপ মতুংইন্না চন্দ্রবদি, হকচাংগী শাজেল হৈবা মপুং ফাদ্রি। হকচাং ওাকুবা শাজেল থংদ্রবদি, লাইরিক লাইশু নৈনবতনা পুকচেল চাওখৎপা তানবা রাইয়োং চানা খোক্লদে। হকচাং কহ্লন্দুনা মফমথদিংদা থবক চনবা য়াবা মীরোই অদু খোকুবা হোৎনবনা য়াম্না চুমই।

হকচাং য়োকপগী শাজেনগুম্না পুকচেল চাওহনবা হোৎনবস্তু তমগদবা মরম অমনি। অরানবা থবক তৌনিংলকপনা থম্না লৈবা ফত্তবা লমদমদা লৈদুনা, ফত্তবা থবক পুন্নমক ওাক্তুনা লৈবা ওমদদুনা, মপুক ইশেংশেংনা অফবা থবক তৌদ্রবা মী অদু মহৈ নিংথিনা তমদুনা হৈবগী ইকাইখুম্নবা খুবম ফংলে হাইবা য়াদে। মীনা অরোইবমক খংবা, হৈবা তমগে হাইরবদি, মপুক রারক্তুনা খুদুমচনবা, অরাবা খাংবা কনবা, কেখোক্তুনা নুংঙাইবা তান্দবা, মরুলুক্তুনা থবক্তা মাইওনশিবনা মতিক রোই। অদুগা মপুক ফাজিন্দুনা থম্বা ওমদবা, অরাবা খাংবা ওমদবা, অকেববু তাথীদ্রবা, অমস্তুং মরুলুক্তুনা থবক্তা মাই ওনশিন্দুনা লৈত্রবা মী অদুদি, মীনি হাইদুনা মীরোইবগী মতিক রোইবা মতিক মগুণ পুন্নমকনা লৈতেংলে হাইবা য়াদে। মথক্তা হাইখ্রে, নিংথিনা অফবা হিরম পুন্নমক তমদুনা খংবা হৈবনা লৌশিংগী অমকপা কোকহল্লি অমস্তুং পুকচেল চাওহল্লি, মাদুগা লোইননা নুংশিবা খংবা, লুলুকপা থাজবা ( ভক্তি ) অমস্তুং অরোইবদা তৌদুনা পুকচেল চাওহনবা, অদুগা লমচৎ ইশেংশেংবা লৈহন্দ্রবা, মাদুবু মহৈ

নিংথিনা হৈরে হাইবদা মশিং চনবা য়াদে। নিপা অমনা সাহিত্য হৈবা থেংজে হাইনা খংহল্লে, অঙ্ক হৈবনা মীপোকথোক অমনি হাইনা ঙাংনহুনা খ্বাইবু ঙকহল্লে, দর্শন লাইরিক্কী অরুবা অর্থ থুগাইদুনা নিংথিনা অর্থ থংলে, হৈরে হাইদুনা থাগৎকমদি রোইরবা, তোইগুম্বস মহাক মকনা নমজা নমথেকনবা চুমদবা রায়েন্না মীগী কাংবু খ্বাইমকপু অরাবা পিদুনা লাকুরবা, অমস্থুং অহল লমন্দা সুলুকপা, ইমুং মনুংদা, মরী মতাদা, নুংশিনবা মরুপ মপাংদা তিন্নবা য়াদ্রবা, অদু রোইরবদি, মাবু থাগৎকম য়োরে হাইনিংঙাই লৈতে। মকোক্কী থোপ খন্না কতুনা শিংবদি শিংলে হাইরগা মপুকনিং ফাজিনবদা থৌ শাদ্রবদি, মাবু নিংথিনা থংলে হৈরে হাইবা য়াদে। খংবা হৈবগী মিংথীনবা মশক্তনি; মাদুম তোনা হৈবা অদুদি নিংথিনা হৈবা কৌবা য়াদে। কত্তনা তম্নকপগী অমকপা মমিংতনি।

পুকনিংফাজিনবা নিংথিনা তম্ফম থোকপা অদুগুন্না, মীগী মতেং পাংহন্দানা, পথাপ কাইদানা তাইবংপান্দা পানবস্থু নিংথিনা তম্বগী অরুবা মরম অমনি। নিংথিনা তমদুনা মশা মতোমদা পানবা ঙমবগী পাঙ্গল উদ্রবদি, মহাকপু শোইদানা হৈরে হাইদুনা শিংথারুবা য়াদে। মতোমতদা তাংজবা ঙম্বা পাঙ্গন্না মীবু অতৎপা লৈতানা চাওথৎনা অমস্থুং তপথহন্না থমই। মতোমতদা তাংজফম লৈত্রবদি, য়াম্না লুবা অমস্থুং অচৌবা থবক পাংদুনা অথোইবা তানবা ঙমদে। মশা মতো-মতদা তাংজফম লৈরবদি, থোক্লবা মতা অদুদা লৈদুনস্থু, মতা অদুদগী মাগী চাওথৎপা তানবা ঙমই।

মহৈ হৈনবা তানবনা য়াম্না অরাবা থাংদুনা, য়েৎলোম রোই-রোম রানা নোমদুনা পাংগদবা থবক্তা হোৎনদুনা, অয়াম্বা নুংঙাইনা লৈনিংবা, চানিংবা খিবিক তালুদানা পুকনিং খুদুম চন্না থমগদবনি। পুকনিং ফাজিনবা, অথাংকনবা, অমস্থুং হরাও কুম্মেগা পকুবা য়াদানা করিগুম্বা হিরমদস্থু মহাক্কী পুক্নিং লেংলোইদবনি। শোইদানা তম্বা হোনবা অদু মুন্না তমক্ত্রবশিং অদুতনা, অথাংকনবগী মহুত্তা কেথোকপতা উৎলি; হরাও কুম্মে পকুবা য়াদবগী মহুত্তা অকেবতা য়াম্না পান্নে।

পুকনিং খুড়ুমচনবগী মহুত্তা লমছেনবা পুকচেন্না শিল্লে। থাজনা লুনা নিংবগী মহুত্তা মকম খুদিংদা অরেম্বদা থোশাশিন্নবতা উৎলৈ। ধর্ম্মগী মন্নী নৈনদবনা ভক্তি অমস্যুং লুনা তৌবনচিংবা অমেংবা পুকচেল পুন্নমক চৎলদ্রে। অমরোমদস্যু মশানা ব্লানা নোম্বা তৌরক্তবনা, মশা অদু থরা থরা শোল্লকই। মখোই অদু থরদং নোল্লে হাইরগা অমস্যুং ব্লারে হাইরগা মশা অদু ইচোক চোকথৈ। তমদুনা লাইরিক লাইশু খংননবা নৈনবগা লোইননা মশা য়োকপা অমস্যুং কন্ননবা তৌদ্রবা, অরাবা খাংবা কন্দ্রবা, নুংঙাইনা লৈবা তাথীদ্রবা, ভক্তি, থাজবনচিংবা অমেংবা পুকচেনগী লীচৎ পুন্নমক উৎলদবা, মতম্লক অদুদি মপুংফানা নিংথিনা তম্লক্লবগীমশিং চনবা য়াদে। ইনুং নুংঙাইবগী মরক্তা তমদুনা হৈরকপা অদুদি তৌগদবা থবক তৌদুনা মহৈ চাবা ঙম্লদে। পুকনিং চোইহন্দানা অমতা রোইনা ফাজিনবা ঙমদবা মতম্লক অদুস্যু থবক কান্নরদে। মহৈ তম্বা মতমদা অকেবগী ইপাক (সমদ্রু) দা লুপ্তুনা লৈরবা পুকনিং ফাজিনবা, অমস্যুং অথাংকনবা ব্লাত্তুনা কেথোক মৌথোকপগত্তা খংনরক্লবা, মী অদুদি কৈদৌঙৈদস্যু মীরোইবগী মপুনশিদা তৌগদবা থবক পাংবা ঙম্লদে। তাইবং-পানবগী অপাম্বা হিরম (বিষয়া) গী অনৈবা লৈখোমগী ইচেন্না মাগী পুকনিং অদু অতৎপা লৈতনা মোৎহল্লি। হৌজিক থুনা হেক নুংঙাইবা অকেবা মতানা মাগী থবক খুদিংমক্তা অতৎপা লৈতনা ঙম্না তৈনা চৎহল্লি। মনিং তৌবগী ইরৈনা মাগী লমচৎকী লীচৎ অদু লৈখা তাগদবা মাইকৈদা চৎহল্লি হাইবদি মী অপিশক্লী লমচৎ চৎহল্লি। মহাক্তি চাওরবা তাইবংপাল অসিদা, মথরাই পানবা পুন্নমক্তগী অথোইবা জীব রোইনা পোক্তনস্যু, তুক্লচরবা থবক ময়াম্ব মাগী অপাম্বা থবক রোইনা থোকই। ব্লানা শূদুনা পাংগদবা অকনবা থবক্তা মানা তৌনিংবা লৈতে, অথাংকনবা উত্তুনা মাগী পুকচেল অমতা রোইনা ফাজিনবা থক ঙমদে; অরাবা খাংদুনা ইন্দ্রি খুড়ুম চন্দুনা মীগী ফননবা তৌগে হাইবা থক নিংদে। খোইমুনা চুপাথবা অয়ুক শাৎপা লৈমন চনবা থম্বাল, অদুগা চরোং মচা মচা

শাৎপা নৈপাল মচা গুন্না, মতোমদগী মশা শেম শাদুনা মীবু পামহন্নবতা হোৎনদুনা লৈ। তৌইগুম্বসুং অফবা নিংথিনা তম্রক্লবশিং অদুদি, মাসিগুম্বা ফত্তবা অসি তৌবা খক উদে। মহাভারততা হাইরি, আয়োদধৌম্য কৌবা ওঝা অমগী উপমন্য কৌবা পক্লরা মচা অমা লৈরমই। ব্রহ্মচারীগী অরুবা কাইবা য়াদবা পথাপ অদু ঙাক্কুনা উপমন্যনা মাগী ওঝাগী মনাক্তা মহৈ তমই। চাকনিদুনা চাবনা মাগী মশিন্নি। মাগী ওঝানা মাগী অরাবা অথাংকনবা, পুকনিং খুদুমচনবা ওম্বা অদু যুম্না য়েংগে নিংদুনা, উপমন্যবু চাকনিদুনা চাবা থিংখ্রে। মাদু তৌদুনসু করিসু অরাবা লৈত্তে। মানা চাকনিবা তোক্কুনা শনগী শঙ্গোম থক্কুনা পুকনিং খুদুম চন্না লাইরিক তমশিল্লকই। মতুং অদুদা শঙ্গোম থকপা অদুসু তৌহন্দ্রে। ওঝাগী য়াথং পুন্নমক হিকদোকপা তৌদানা নিংথিনা ঙাকই। শঙ্গোম থকপা মতমদা শন্নাওগী থায়াত্তা তারকপা কোঙ্গোল অদুতা থক্কুনা, মাগী লাইরিক তম্বা অদু ইকাই কাইদানা তমশিল্লকই। মতুং অদু ওঝানা খায়াত্তগী কোঙ্গোল থকপা অদুসু খামখ্রে। মমৈ অদুদদি উনা শিংনা চাদুনা ভক্তিগা লোইননা ওঝাগী নুংঙাইনা নোমদুনা অমসুং পুকনিং খুদুম চন্না অকাইবা লৈতনা লাইরিক ইতত্তুনা তমশিল্লকই। অরাবা থাংবা কনুবা, অমসুং পুকনিং খুদুম চনবগী ওন্থোকপা খুদমনি! অকনবা লুরবা পথাপ নিংথিনা ঙাকপগী ওন্থোকপা খুদমনি! অকনবা লুরবা পথাপ ঙাকপগী কয়া নিংথিনা ইকাই খুম্নবা মশক রোইরবা খুদমনো! মাদু তৌদুনা মহৈ তম্বদা পুকনিং খুদুম চনবা কেথোকপা য়াওনা মখে রাংদুনা শান্নবা পাম্বগা পক্নবা য়াদবা অমসুং নুংঙাইনা লৈথোকপা হৈনদবা তম্রক্লবশিং অদুতনা, মহৈ হৈবগী মহৈ চারে। তাইবংপান্দা থ্বাইনা তানবা ফংবা ওমদবা অফবা গুণ পুন্নমক্লী অফবা মমিংচৎপশিং অদুসু মত্তৌ অসুম তৌনা কনশিন্না তমখিবতননি।

মিথিলাগী জনক নিংথৌনা নিংথৌগী হৌনবী থবক পুন্নমক তৌনা তৌনা, য়াম্না পুকনিং খুদুম চন্না থম্বা অমসুং ধর্ম্মদা মাই ওনশিল্লি হাইদুনা ঋষিগী কাংবুনা য়াম্না লাইনিংবা যোগীনি হাইদুনা, য়াম্না

ইকাই খুম্নখি। বুদ্ধ, চৈতন্য দেব অম্নিন্নচিংবা ধর্ম্ম থান্নবা থিবিকস্ম খ্বাইদগী থোইদোক হেন্দোকনা বিষয়া পামদবা অমস্তুং ধর্ম্মদা মাই-ওনশিন্নবদা, সভ্য কাংবু পুন্নমক্কী থাগৎনফম লৈত্তেং রোইনা লৈহৌরে। প্যাকখ্রবা লমগং ( মরুভূমি ) দা য়াম্না অরাবা লৈত্তা লাইরবগী মরক্তা পোক্লবা আকবরনা অরাবা অখাংকনবা ওম্বগী মগুণনা কোনথং অদুদদি, মহাকমকনা ভারতবর্ষগী নিংথৌরেল রোইদুনা, য়াম্না লম হাইদোকনা পাম্লুনা, অচৌবা নিংথৌরেম্নি হাইদুনা খ্বাইনা য়াম্না ইকাই খুম্নখি। মমাংঙৈগী হিন্দুগী ঋষি থিবিকনা খ্বাইগী ( সমাজগী ) মকোক অমস্তুং য়াম্না তৌবা ওম্বা রোইদনস্তু, লন থুম ( বিষয়া ) পান্নরমদে। মখোইনা করিস্তু লৈত্তবা উনাশিংনাগী থাংবোক্তা লৈদুনা লৈদুনা য়াম্না ওক্লবা, অচৌবা থবক তৌখিরম্বা, অমস্তুং রাথন্না লাম্বা ফংদ্রবা লুরবা লৌশিং-থংবগী মওান্না আর্য্যসমাজবু ইওাল ওালহল্লম্বা, মাদু থল্লুরবদি, হাইদুনা ওমদ্রবা অওকপগী ইচেন্দা পুন্নুপ লুপকদবা রোই।

মহৈ তম্রিবশিংস্তু লাইবু লুনা অমস্তুং থাজনা তৌগদবা রোই। মহৈ তম্রিবশিংনা লাইদা থাজবা লৈত্রবদি, মখোইনা তম্রিবা অদু তৌগদবা থবক্কী রাথল ইচং থোদে। হিরম পুন্নমক্তা য়াইফবা পিন-বিরিবা তাইবংপানবগী মপুবু, থংদুনা ইন্দ্রি খুদুম চনবা ওমদানা, তাইবংপান্দা পাল্লিবা অদু, তম্বা হৌনবী পুন্নমক মুন্না হৈত্রিবা অমস্তুং করিগুম্বা অমতা পাংথোকপা ওমদ্রিবনি, হাইবদি অরোইবমক পুক্নিং ফাজিন্দুনা লাই নিংদ্রিবনি। মুশিন মুবা নিংথৌরৈপাক্কী মহৌশাগী নিংথিজবা মচু অদু চিকুথ্রবা অহিংদা থরান মিচাক ময়াম থোকপনা, হান্নগী মচুদগী শরুক চামা হেনগৎনা নিংথিজবা হেঙ্গৎলি; য়াম্না নিংথিজবা মপুংফানা নিনথ্রবা থানিনগী চিক্লবা থাবম্না মাইকৈ মরিমক ইওাল ওালহল্লে, অমস্তুং নিংথিজরবা তুরেনগী ইশিংস্তু থাবল অদুনা পুমওাল ওাম্না লৈত্তেংদুনা, মানা নিংজবা মাগী য়াম্না নুংশিবা মবুওোবু, অমুক থাইনবা নাইদানা লৈমিন্নরুরগনি হাইদুনা নোক্লা নোক্লদুনা মপুরোইবা তম্না চেস্থরি, অস্তুম তৌনা পুকনিং হুবমখৈ মহৌশান্না নিংথিজবা ময়াম অসিবু খ্বাইস্তু শোইদানা উরিবা ওাক্তনি; তৌই-

ওুষস্থং খন্নামমিচাকনা লৈতেংবা ইচিক চিকপা নিংথৌ লৈপাক উরে হাইরগা মপুক ইশেং শেংবতনা পিকথনবা, কুগাইনা কন্নবা থাবল উরে হাইরগা, লাইগী মরী মুন্না থল্লুদুনা মপুকনিং মরাংকাইনা হন্নাওরবা, থাবল অসিদা হন্নাওরবী তুরেনগী তরক তরক লোইরোই লোইরোই ইশিং ইথক হোৌবা মতৌ উরে হাইরগা, খোইদোক্লবা অমস্থং লুন্নবা লাইগী লৌশিং অদুগা পান্ননগী মরম রাখল য়াম্না তৌশিন্দুনা লাইবু য়াম্না চেৎনা নিংলবতনা, তম্বা হৌনবী পুন্নমক শোইদনা মুন্না তন্নক্লবা মী অমস্থং লাইনিংবা অকবা মী কৌই। অমস্থং মী রোইদনস্থ মহাক্লী পুকচেল অদু লাইগী মতাগুম্লে, তাইবং-পানবা মীরোইবগী লৈপাক অসিদা লৈদুনস্থ অশিরোল খংদবা লৈপাক্তা লৈবগী মুংওাইবা মহাও চাদুনা ইপেল পেল্লে। মহাক্লী খোইথুন্নরবা লাইগী পুকুচেনমক অদু পান্দম নিংওাই লৈতে অমস্থং স্বর্গগী নিংথিজবা থিবিকনা মতম ক্লিনা পুমথল থল্লে।

থবক পুন্নমক্তা হরাও হরাওনা তৌনিংদানা লেনবা অমস্থং অতনবা উৎপা, নিংথিনা তমদুনা হৈরক্লবশিংগী মতিক রোইদে। হৈরবা মহৈ অদু তাইবংপানবগী কান্ননবগী থবক পুন্নমক্তা শিজিন্নবনা য়াম্না চুমই। অস্থন্না তৌদ্রবদি, তাইবংপান্দা চাওখৎপা তানবা ওমদে। মীগী মতেং পাংবা অমস্থং মীগী ফননবা তৌবা, অসি থিবিক ঐথোইগী তন্নকমনগী মরম রোইবনা চুমই। কনাগুম্বনা নিংথিনা তমদুনা হৈরক্তনস্থ মী খ্বাইগী ফননবা তৌবদা মমাই ওস্থোক্লবদি, মহাক্লী মহৈ অদু মহৈ য়াম্দ্রে। লুংশানা য়াম্না রাদুনা হকচাং চোকথুবা লম চৎপ-শিংনা, পাকথুবা মরুভূমিগী ময়াইদা মমা কুংনা পানথুবা উগী মরুম, অইংবা অমস্থং হেক থকপদা থরাই পেল্লবা তুরেনগী অইংবা ইশিং থকপা থক ফংদবগুম্না, তৌগদবা থবক্তা মমাই ওস্থোকপা, অতমবা, মহৈ হৈবশিং অদুদস্থ খ্বাইনা অমৃতগী মশক রোইরবা লৌশিং চুপচগে মিংবা, অমস্থং মশা চাওখৎনবগীদমক কন্নিগুম্বা অমদং মতেং পাংবা ফংগবরা নিংবদা অনিংবা পুন্নমক লম্মাংমদুনা তোকই। মহৈ হৈবশিংনা অতমবা খাদোক্তনা, খ্বাইগী ফমনবা তৌরবদি, মহাক্লী

অমৃতগী মশক ৱোইরবা হৈরক্লন অদুনা মী অতৈ অতৈনস্থু য়াম্না পেল্লি। মাসিগুম্বা মহৈ হৈবা মীতা জাত অসিনা পোকপা, অমস্থুং পুনশিবা অদু, মহৈ পুময়াল য়াল্লি।

---

# অতোনবা মথৱাই পানবগী ৱা।

অতোনবা জীবশিংগী মরক্তস্থু মাগী মাগী মহৌশাগী লৌশিং খরা খরদং লৈজবা অদুনা করি করিগুম্বদস্থু তাইবংমীগুম্না থবক তৌই। মখোই অদুনা মরক মরক্তা য়াম্না শিংবা লৌশিং উংলি, মাদু উরে হাইরগা, য়াম্না শিংলবা মীগী মপুক্তস্থু খরা অওকপা পোকই।

য়োংশিংগী লৌশিংগী ৱা খ্বাইনা ওাংনরি। অসিগুম্বা মথৱাই পানবশিংগী লৌশিংনা ওখাকপা মীবু লাকচৈ। মখাংথংবা আমেরিকাগী লৈপাক কোইবা নিপা অমনা মহাকমকনা উরবনি হাইদুনা ইরমই। মতম অমদা য়োংশঙ্গ অমা তুরেল ৱাংমা লাম্থোক্লে হাইনা নিংলে। তুরেল লৈৱাই তোর্বান য়েৎলম মরোমদা, অচৌবা উপাল অনি হৌই, য়োংয়াম অদু উপাল অনি অদুগী পাম্বৈনা, ওম্থোকনা ওক্রবা লৌশিং অমা পুথোক্লে। মখোইগী রোমদা হৌরিবা উপাল অদুগী অৱাংবা মশা অমদা খ্বাইদগী অকনবা য়োং অমা কাখৎ-খিদুনা, মমৈনা উশা মতোল অদুদা কন্না য়েৎশিল্লগা, মকোকনা লৈখারোমদা হাইখদুনা য়াল্লে। মতুং অদুদা য়োং অমা কাখিদুনা অহানবা কাখিবা য়োং অদুগী মখুত্তা মমৈনা কন্না য়েৎশিন্দুনা মাস্থু মকোক লৈখা ওন্না য়াম্বরে, মতৌ অস্থুম তৌনা য়োং তরামরি মওা লিক্লো কোৎলোগুম্না উতোন্দগী উখোং ফাওবা য়োং পরেং রোইনা য়াম্বরে। মতুং অদুদা য়োং পরেং অদু মতুং রোমদা অমুক, তুরেল ৱাংমা রোমদা অমুক, হাইরক্লে হাইরগা খ্বাই হৌদুনা অমুক্তং কন্না চপমান্নন হাইদুনা তুরেল ৱাংমদা হৌবা উপাল অমদা হেক থেংবমক্তদা, মথা ইথংথংবা অকনবা য়োং অমনা অথেংবা উপাল অদুগী উশা

অমদা, মখুৎ অনিমকনা কন্না পাইশিন্দুনা য়োং পরেং অদুগী মশানা ইৱান্নবা ওক্লবা থোং অমা শারে। পরেংদগী লেমহৌৱিবা য়োংয়াম অদু থোং অদুদা ওন্না লাম্থোক্লে, পরেংগী মতোল থংবা য়োংনা ৱাংমগা অনেম্বা উশাদা পাইবা মৱম্না মাগীৱোমদা নেমথবা অদু, লাম্থোক্লবা য়োং খৱনা মাঙোন্দগী হৌদুনা মমৈনা মথং মথং য়েত্তুনা, য়োংগী থোং অনেম্বা অদু ৱাংনা পুখত্তুনা, থোং অদু পরিং ৱাংবা নেম্বা মান্ন-হল্লে। মতুং অদুদা য়োং অমনা খোংলক্লে, মাদু হেক তাবগা অশাইগী ইহাল হান্না কাখিবা য়োং অদুগী মমৈনা য়েৎলম্বা উশা অদু থাদোক্তুনা, লাম্থোক্লদবা তুৱেল ৱাংমগী উপালৱোমদা ওন্না হাইথদুনা লাম্থোক্লে। য়োংগী অসিগুম্বা অওকপা থবক অসিবু হন্না হন্না থাগৎফম থোকই।

মথৱাই পানবগী মৱী মুন্না থংবা রেঙ্গুর কৌবা পণ্ডিত অমনা য়োংগী থৌদোগী মৱীদা খুদম কয়ামৱুমস্থ উৎলমই। অতোনবা মথৱাই পানবশিংস্থ অশিংবা তাইবংমীগুন্না থবক তৌৱৈ হাইবা মাদুনস্থ ভশেং ভশেং থংলে। মানা চে খাওদা য়োমদুনা মাগী অয়োকপা য়োংদা সিতা মিশ্রি পিজৈ। নোংমা মানা সিতামিশ্রিগী মহুৎ খোই অচংবা চেখাওনা য়োমদুনা য়োংদা পিজবা, য়োংনা মিশ্রিনি হাইনা নিংদুনা, চেখাও অদু হেক হাংদোকপমক্তদা খোই অচংবা অদু পাইখোক্তুনা মশাদা চিক্লৱে। মতুং অদুদদি য়োং অদুদা চেখাওনা য়োমদুনা পিজবা পোৎমখৈ নিংথিনা লৌখত্লগা, মনাকোং মনাক্তা পুশিন্দুনা মখোল মুন্না তারগা নিংথিনা শেগাইদুনা মুন্না য়েংদুনা অচাপোক্তা লৌই।

য়োং অমদি নিপা অমনা অয়ুক য়াহৌবদা ময়া থিনবা উদুনা মাস্থ নুমিৎ খুদিং অয়ুক ওস্তাদা ময়াথিল্লি। মথৱাই পানবগী মৱী মুন্না থংবা ব্রেম কৌবা পণ্ডিত অমনা ইৱমই। মতম অমদা মহাক্কী অয়ো-কপা য়োং থৱা লৈৱমই। মখোই অদু লিল উৱগা য়াম্না কী, পণ্ডিত অদুগী ময়ুমদা লিল কয়া মৱোমস্থ উপুদা হাপ্তুনা থন্নমই। মহাক্কী য়োংশিং অদুনা লিল কীদনস্থ মত্তৌ য়েংদুনা কুম্মৈ ৱোইনগদবগী মৱক মৱক্তা উপু অদুগী মখুম হাংদোক্তুনা লিনশিং অদুবু মখোইনা

মুন্না য়েংই। জীবগী মরী মুন্না খংল্লে হাইহুনা মমিং চৎলবা ডার্বিন কৌবা সাহেবনা নোংমা বিলাত সহরগী শাক্লোককম শংনা লৈবা য়োং-কয়ামরুমদা লিল অখিবা অমা লংশিল্লি, লিল অদু উবদা য়োংশিং অদু অহানবদি কোইচেল চেল্লমই, তৌইগুমস্নং লিল অদু অচংবা নত্তে হাইরা তপ্তানা খংলবা অদুদি, মখোই অদু লিল মনাক্তা ওম্না চংশিল্লক্লে, অমস্নং মখোইগী য়েংনিংবা পুন্নমক অদুনা কুম্মৈ ল্লোইনা উনিংবগা লোইননা লিনগী মশা পুন্নমক য়েংলক্লে। করি করিগুম্বদস্নু য়োংশিংনা তাইবংমীগী মতৌ য়াম্না নিংথিনা তমই, মাদু উরে হাইরগা অওকপা পোকই। রারি য়াম্না খংবা গ্রীস লৈপাক্কী স্ত্রাবো কৌবা পণ্ডিত অমনা, য়োংগী রারি য়াম্না নিংথিবা অমা ইরমই। মাকিদনগী য়াম্না খুৎকনপাজনবা সেকেন্দর শাহনা তেঙ্গোল পুদুনা ভারতবর্ষদা লাকখি; মতম অদুদা য়োংয়াম অমা নোংমা নারক্তগী খোরক্তুনা মাগী তেঙ্গোল মমাংদা লেপ্লরে। লাল তৌগে হাইদুনা শেম শাদুনা য়েকুবগী মমাংদা চোংথোকপগা, হন্দক য়োংনা লেপ্লরিবা অসিগা করি অমত্তা খেন্নদানা উরে। মাদু উরে হাইরগা সেকেন্দর শাহগী তেঙ্গোনগী মীয়াম অদুনা কয়া ওকখুবগে হাইববু, য়োংশিং অদুত্তবু অরোইবমক য়েকুবা লানগী মীনি হাইদুনা, মাগী তেঙ্গোনগী মীয়াম অদু অসাইগী পুন্দুনা লৈরিবা য়োংয়াম অদুদা লানচংগে হাইদুনা খোরাং ত্তোরে।

নোংমা লিনপুবা (কুড়গু) অমনা মখুম খুম্বা মরী পানবা লিনচকু অমা পুদুনা, লমদম অমদা চৎলকই। লমখাংদা নুংঙাইবা নিংথিবা উরুম অমা উরদুনা, উখোং অদুদা মহাকনা ফম্রে, ঙাইহক পোথাগে হাইদুনা, চকু অদু নাকল ল্লোইনা থম্নগা অইংবা উরুম অদুদা হিপ্লদগী হেক রিরক্লে। উশা অদুদা য়োং খরদং লৈরমই। মাদুগী মরক্তগী য়োং অমনা অসাইগী নিপা অদুবু তুমখুমাল্লে নিংলদুনা তপ্না তপ্না কুম-থুক্তুনা, চকু অদু লৌরে হাইরগা, পুখত্তুনা মত্তোনথংবা উশা অমদা চকুগা লোইননা ফম্লরে। চকুগী মরী অদু মওক্তা হুকচল্লগা মহুংদা অচাপোৎ লৈরমগনি হাইনা নিংদুনা, হরাও হরাওনা চকু মখুম হাংদোক্লে, খুমক অদুমক্তদা চক মহুংদগী অকীবগী মশক ল্লোইরবা

অচৌবা লিল অমা মরৈ ভুম্রদুনা থোরক্লে। লিল অদু উরে হাইরগা য়োং অদু খোইদোকনা ফিজৎপা তৌদানা, মমিৎ রিরুম রিরুম দুনা য়াম্না কম্না লাইনিংবা যোগী অচৌবশিংগী মতৌগুম্না ইলেং লেংদানা অমস্তুং মমিৎ পাংলি পাংলি তৌরমুনা উশা অদুদা তোংদুনা লৈরে। চক্লু অদুদি হায়গী মতৌগুম্না মগুক্তা য়াম্দুনা অদুমা লৈরি। য়োং হাইবা অসি মহোশানা থকই হাইবা খ্বাইস্তু খংলিবনি। তৌইগুম্সুং ওস্লোকনা অগুকপনি! হন্দক্কী থবক অসিদি য়োংগী খৎখৎলাওবা মহোশাগী অথকপা পুম্নমক অদু করি অমতা লৈখিদ্রে। য়োং অদু তুমিম্না ইলেং লেংদানা লৈদুনা মমিৎ থম্না থম্না পাংথোক্তুনা লিম্না তৌরিবা মতা অদু অমুক অমুক য়েং-থোক্লকই। য়োং অতৈ অতৈস্তু উশা অতৈ অতৈদা লৈদুনা মখোইগী মরুপ অরাবদা তারবা য়োং অদুবু অরাংবা খোরাং-বগা লোইননা মিৎয়েং অমতা রোইনা য়েংদুনা লৈরে। লিল অদুমা মরৈ থুপশিন্নদুনা, চক্লুদগী মপাল হেক থোরকপমক্তদা, য়োং অদুনা মখুৎনা লিনগী মকোক অদু খুদুমচম্না কম্না পাইশিন্দুনা থম্লে। উশা অতৈ অতৈদা লৈরিবা য়োংয়াম অদুস্তু হরাওবা থোক্লে-নগা লোইননা নোংথাং কুপ্পমরুম থুনা চোংশিলক্তুনা, থোংদুনা খোংদুনা খুজিল থোরবা অদুনা খোত্তুনা লিনগী মশা অদু মচেৎ মচেৎ শেগাইরে। মতুং অদুদা অহানবগী য়োং অদুনা চক্লু অদু লৈপাক্তা থাদরক্লে। লিল পুবা নিপা অদুদি মমাংতৈদগী হৌদুনা য়োংগী কুম্মৈ অসি উবদা ওকপগী থেংথে অমস্তুং মপুক মনুংদা রোংবু য়াম্না থাগত্তুনা মফম অদুদগী চথোক্লক্লে। শামু অমস্তুং হুইগী লৌশিংগী রা ময়ামস্তু খ্বাইদা নিংথিনা খংহল্লে। নোংমা শাত্তানবা নিপা অমনা মাগী শামু তোংলদুনা শাত্তানগে হাইদুনা নারক্তা চংলকই। নারক্তা থম্না চংলে হাইরগা নোংশা অমা হেক উনরে। শাত্তানবা নিপা অদু শামু মথক্তগী হেক তারদুনা, নোংশাগা মখুৎ চনথে। মবুঙোগী অস্নম রোইবা অরাবা তাবা মতা অদু উরদুনা শামুনা করি অমতা লাইরেক্তানা নারক্তা হৌবা উপাল অমগী মশা

অমা মনাক্তোন্না লামদুনা থেক্তৎলগা নোংশাগী মনমগন্দা কন্না নন্দুনা থন্নে, মাদুগী চৈনাখোন্না নোংশা অদু য়ান্না খোংদুনা মথৱাই লাল্লে, মাদু য়োনা কন্না ননশিনখি। অদুগা উচেক কাপ্পা নিপা অমনা তুরেল ৱাংমদা তাবা ঙান্নু অনি উরদুনা, নোংমৈনা কাপ্তনা ঙান্নু অনিমক মশাদা নোংমৈ মক্লনা পাল্লে। মাদু লোরুসন্নু হাইদুনা মাগী হুইবু খুদুম তৌদুনা ইনশিল্লে। হুই অদু তুরেল ৱাংমা লান্দুনা ঙান্নু অনিমক অমুক্তদা পুরক্লে হাইদুনা হোৎনৈ। তৌইগুম্বসুং ঙান্নু অনিমক অমুক্তদা পুরকপা য়াদ্রে, শিফাত্রিবা ঙান্নুনিনা অমা থন্নমদুনা অমা পুদুনা লাল্লক্লবস্থ লৈহৌবা ঙান্নু অদু পাইখিগনি নিংলদুনা হাৎথোক্তুনা অমমম পুদুনা অনিরক ৱোইনা ইরান্দুনা পুরকই।

নিপা অমনা মানা য়োকপা হুই অদুগী মপু নিংবগী ৱারি অমা লেংলমই। ঐগী হুই অমা লৈরমই। মানা পোকপা হপ্পা অনি শুরকপা মতমদা নুপী অমনা ঐগী নুপীদা পিনৈ। ঐগী নুপীনা নুমিৎ খুদিংগী মখুৎনা হুই অদুবু মচিঞ্জাক পিজৈ। হুই অদু থরা থরা নোইরক চাওরক্লে, অমসুং য়েংবদা য়ান্না নিংথিজরে। হুই অদু য়ান্না লৌশিং শিংই। মতম অদুৱাইমক্তদা ঐগী ইচা নিপা অহল অদুস্থ য়ান্না কন্না নারে, মাদুদা হুই অদুনা ইচা অনাবা অদুবু থাদোক্তুনা থক চথোক্তে; নুমিৎচুপ্পা অনাবা অদুগী মনাক্তা নাকল অমদা মাস্থ কুন্দুনা লৈ। মতম অদুদা হুই অদুগী মতৌ উরে হাইরগা ঐখোইনা তৌবগুন্না মহাকস্থ অনাবা অদুগী দমক য়ান্না মপুক ৱানা ৱাথল তৌবমাল্লে হাইনা ইশেং শেংনা উই, থরা লৈরগা ঐনা নাবদস্থ হুই অদু অৱাবা ৱাথল তৌবগুন্না ঐগী হিফমগী নাকন্দা ইনাকমক্তদা কুন্দুনা লৈ। ঐগী নুপী অমসুং ইমুং মন্নুংগী মী অতৈ অতৈনা চাবা চংবা মতমদা মখোইগী মতুং ইন্দুনা চাবা চৎকে থক নিংদে, মতুং থক ইন্দে। ঐনা চাবা মতমতদা নুংশিবা হুই অদুস্থ ইনাক্তা কমদুনা চাই। কালেন থাদা ঐখোইনা শুমাংদা তুমই। থাজনিংঙাই লৈরবা হুই অদুস্থ ঐগী নুপীগী মনাক্তা অহিং নোংশোইবা কুন্দুনা লৈ। নিপাবুদি নুপীনা হেন্না অথং অকী নিংথিনা ঙাকফম লৈ হাইবা

অসি মানা নিংথিনা থংই। হুই অদু তরু তরুনা লৈ, কনাগুম্বা অমগী মনাক্তা অমাং অশোই খক তৌদে। থরা লৈরগা ঐখোইনা লৈফম লাহোরদগী মফম অমদা চৎকদবা লৈরদুনা, হুই অদু মৈ গাড়ীদা পুদনা চৎলবদি, শেল য়াম্না তিংলগনি হাইদুনা, ঐখোই মরুপশিং অমদা থনমশি হাইনা রাখল লেপ্লরে। তৌইগুম্বস্থুং নুংশিরবা হুই অদু থম্নমদুদা চৎপা খক য়াদ্রে, মৈগাড়ী অদু থরা চখোক্লক্রে ; হুই অদু ঐখোইবু থংহন্দানা মমাই ইমক মকশিন্না রানা গাড়ীদা থংলরে, মাদু উবদা ঐ ইওক ওকখ্রে। অমুকস্থ লাহোরদগী লমদম অমদা অমুক চখোকপদা, হুই অদু পুদনা চৎলবদি লুপা কুম্থাদগী-তাদানা থর্চা তিংবা তারে হাইনা, থম্নদুনা মাদুদস্থ কনাগুম্বা অমদা থম্নমদুনা চৎলি। হুই অদু ঐখোইবু উত্রে হাইরগা য়াম্না রাগনি হাইবা অদুস্থ ঐখোনা থংই। হাইখ্রিবা হুই অদু ঐখোইনা পোকপা ইচাগা মান্নখ্রে। ঐখোইনা মাবু থংহৌনিংদুনা য়াম্না রানা লাহোর-দগী চখোক্লক্রে। ঐখোইনা চখোক্লক্রে হাইরগা, করিস্থ চাও হাইবা য়াদ্রে। তরা মওানিগী মতুংদা, মরুপ অদুগী চিঠি অমা ফংলে, হুই অদু চাও হাইবা য়াদদুনা চাদবমকনা শিখ্রে হাইরক্লে। মচা শিবদা রাবা মৈচাক অদুগা হুই অদু শিবগী পাও তাবগা নুংশি মৈচাক চপমান্নখ্রে। ঐগী নুপী অদুদি য়াম্না মপি তাদুনা কপ্লে, ঐস্থ মিত্তগী থংহৌদানা পি তাখি।”

মখা অসিদা খুদম উত্তুনা রারি অমগা ইরি। মাঞ্চেষ্টরগী মনাক লমদম অমদা নিপা অমগী হুই অমা লৈরমই। হুই মপু অদুনা নুমিৎ-খুদিংগী চাকচাবা মতমদা পেনি অমমম পি, হুই অদুনা তল য়োনবা পোৎফমদা চৎখিদুনা তন্মাইজম অমমম লৈদুনা চাই। থরা লৈরগদি, হুই অদু তল য়োনবগী পোৎফমদা থক চত্রে, রা অদু হুইবু উনবা অমদা হাইবিরে। রা অদু তাদুনা হুই মপু অদু ইওক ওক্লে, করিননো হাইববু, নুমিৎ খুদিংগী মতম কাইদানা শেনস্থ ইকাই কাইদানা মাগী হুই অদুদা পিবিরি। হুইস্থ হন্দক মরক অসি চাবা ওাইওমদানা শেল ফংগদবগী য়াম্না কম্না হোৎনৈ অমস্থুং শেল হেক ফংবগা ইফিং ফিংনা

য়ুম্নদগী থুনা চথোকই। তল য়োনবগী ব্রাতা অহুনে হুইগী মস্তৌ অহু উবনে, মহাক্না মস্তৌ য়েংগে নিংঙক্লে। মতুংগী সুমিৎকী অয়ুক ঙন্নাদা নিপা অহুনা মাগী মহৌশাগী পিবা পেন্নি অহু হুই অহুদা পিরগা মস্তৌ য়েংগদবগী মতুং ইন্নরক্লে ; হুইগী মতৌ অহু ইত্ত উরুরে। হুইনা ভৌবা মস্তৌ অহু উবদা হুই মপু অহুগী ওকপনা থেংখ্রে। হুই অহুদি মমাং-ঙৈদা ভৌবগুম্না তনগী পোৎফমদদি চত্তানা হো হো তৌদুনা শা য়োনবগী পোৎফমদা চংখিদুনা শা মতুম অমা লৈদুনা, মাহু পুরদুনা মী লৈতবা শং অমদা হরাও হরাওনা চংখ্রদুনা, মাহুতা অনাবা ময়াং কংবা হুই অমদা থৌজানগা লোইননা ময়াদগী শদুম অহু চাননবা পিরে। অনাবা হুই অহুদি, করিগুম্বা লমদম অমদা চৎকে হাইদুনা লাকপদগী নারদুনা মশাস্তু চৎপগা ব্রারদুনা মফম অহুদা চংদুনা লৈরবোইরে ; করিগুম্বা থৌদোক অমদগী মানা অমাবা হুই অহুবু উরুরদুনা, মবুঙোনা পিবিবা পেনি অহুনা অনাবা হুই অহুনা চানবা হাইদুনা, মুমিৎ খুদিংগী শা মতুম অমমম লৈরদুনা পিজরমই।

ইংরেজ ভেম্নোম্না টীপু সুলতানগী শ্রীরঙ্গপত্তন কৌবা লৌগে হাইদুনা লাকপা মতম অদুদা, শামু অমনা লানগী নিপা অমবু গুহোকনা লৌশিং তৌদুনা শিরম্নগদবদগী মথম্রাই কনখি, মাহু রাখল ভৌরুরবদি শামুগী অফবা লৌশিংমু মথৈ লৈতানা থাগৎকম থোকই। ইংরেজরোমগী তোপ কয়ামরুম, ইশিং লৈতবা লৈঙোইঙাক্তা ঙাইবা তুরেল অমগী মরিল ইম্না কোম্নুংরোমদা কাপশিল্লকই। তোপ ময়াম অহুগী মরক্তগী তোপ অমদা লামগী নিপা অমা ফমদুনা লৈরমই। করিগুম্বা অমদগী নিপা অহু তোপকী কাংথোং মরক্তা তাখ্রে, ঙাইহক্তুং লৈরবদি তোপকী কাংথোংমা তকথাইদুনা মশিরগদবনি। তোপকী মতুংদা শামু অমা য়াম্না নক্না চৎলমই, থংহৌদানা মানা তাথিবা অহু শামু অহুনা উরে। হৈ শিংলবা শামু অদুনা মনাভোম্না কাংথোংঅহু থুনা থাজৎলে, নিপা অহু মথাদগী জিথোকহল্লে হাইরগা, কাংথোং অহু তপ্না তপ্না থাদরে। শামুনা কাংথোং অহু ব্রাংমা থাংগৎপিরমব্রবদি, নিপা অহু তোপকী কাংথোংমা তকথাইদুনা শোইদানা শিরমগদবনি।

ইউরোপকী সেনাপতি অমগী শগোল অমা ম্রৈরমই। শগোল অদু ামা নিংথিজরমই, তৌইগুম্বস্নু অহল ব্রোইরক্লভুনা ময়া পুন্নমক তকখভুনা শজিকনচিংবা মচিঞ্জাক চাবা শাইকা ওমক্ত্রে। হন্নুবা ণগোল অদুগী অরাবা অদু উরদুনা, নাকল য়েংলম ব্রোইরমদা লৈবা ণগোল অনিবা শজিকনচিংবা মচিঞ্জাক অদু মুমা শাইবিরগা, মাগী মাংদা হজিনখি। শগোল হন্নুবা অদুনা মখোইনা অশাইবা শজিকনচিংবা মচিঞ্জাক অদু চাদুনা মতম ফনা ক্লিনা পুনশিরমই। পোানি পিক্তক তৌবা শগোল) গী কাউগন্দবা য়ারি অমা লেংই। পাওরেং খবর) লাইরিক য়েনবা নিপা অমগী পোনি অমা লৈরমই। শগোল অদুনা খবর কাগজ লৌবা মী পুন্নমক্কী ময়ুম ইশু শুনা থংই। লাইরিক য়েনবা নিপা অদুনা নারদুনা নহা অমবু শগোল অদু তোংহন্দুনা পাওরেং লাইরিক ময়াম য়েনসন্নু হাইদুনা থারক্লে। শগোল অদুনা খবর কাগজ লৌবা মীগী ময়ুমমথৈ থংদুনা য়ুম চিথদানা মরাইনা ংদুনা চচ্চদুনা খবর কাগজ লৌবা মীগী কোম্নোং কোম্নোংদা লেপ্তুনা ইলাই লাইনা খবর কাগজ য়েলহল্লি।

চহি কয়া মরুম ব্রোইখ্রে, ফরাসীগা পুসিয়াগা লাল অচৌবা অমা শোকনখি; লাল অদুদা নিংথিনা তম্বিরবা উচেকনা, য়াম্না লুব্রবা তৌনহনখি। য়েকুবশিংনা পারী কৌবা কোন্নুং কোইশিন্দুনা থমখ্রবদা, ফরাসীনা নিংথিনা তম্বিরবা খুন্নু অমগী মচিন্দা, চিঠি চিকহন্দুনা খুন্নু অদু থাদ্রোক্তুনা, অতিয়াদা য়াম্না রাংনা পাইখিদুনা, চংহননিংবা মফম য়ৌনা চংহনখি। নোংমদি ফরাসীশিংনা মত্তৌ অস্নুম তৌনা খুন্নু অমা থাদ্রোকপা, মাদু মখোইগী য়েকনবশিংনা উরদুনা চিঠি অদু লৌনিংদুনা খুন্নুখরং অমা থাদ্রোক্লে। থরং অদুনা রাংনা পাইখংখিদুনা খুন্নুগী মথক্তা হাইথ্রক্লে। শিংলবা অমস্নুং মুন্না তাকপিদুনা কান্নরবা খুন্নু অদুনা তৌনিংঙাই লৈত্রবা অদু উরদুনা, চিঠি অদু ম্নোংশিনখ্রে। তৌইগুম্বস্নুং মানা তৌজবা অদু কান্নখিদ্রে। থরংনা খুন্নু অদুবু হাইদুনা হাংলে হাইরগা, মতুং অদুদা য়েকুবা শিং অদুনা খুন্নু অদুগী মথনাও লেনথাইদুনা চিঠি অদু লৌখোকাখি।

ফরাসীগী পুকচেন চাওরবী নুপী অমনা, খুমু অদুগী মরম লেংলদুনা নিংথিজরবা ইশৈদা হাপখি।

মথা অসিদা খুদম উত্তুনা য়োংগী রারি অমা লেংই। হন্দক্কী রারি অসিদি মীরৈপাক্কগী লৌরুবা রারি নত্তে। কয়াম্ম ক্লিত্রি ঐখোইগী লৈপাক্কা খোকখিবনি। খোংগাল খোংগাল খুদিংদা য়োং জগোই শাহন্দুনা চাবশিং অদু খাইম্ম ইতত্তুনা উরিগনি। মখোই অদুগী কালুপকী নিপা অমবু, লল পাম্বা ফত্রবা মী থরনা, মরল লোগদবগী নোংমা অহিংদা হাদোক্লে। অদুগা অশিবা মশা অদু মনাক্কী লৌপুক অমদা ফুমশিল্লরে। মানা য়োক্লম্বা য়োং অদুনা মাবু হাৎপা, ফুম্বা থবক পুন্নমক অদু মরুম অমদা লৈদুনা মুন্না উরি। নোংগাল্লে হাইরগা, মনাক্কা লৈবা থানাদা কাখিদুনা য়োং অদুনা খোং লাউরদুনা, থানাগী থবক তৌদুনা লৈরিবা মীশিং অদুগী মফী লাক্কুনা লাক্কুনা চিংদুনা লৈ। মখোইনা য়োংনা উথোকখিদ্রিবা থবক তৌবা অদুগী মতৌ য়েংনিংদুনা, য়োং অদুগী মতুং ইন্দুনা লোইন-জেমদুনা চৎলে। লৈপাক্কী ব্রাথোক লাম্থোক ঙাকপা থানাগী মীশিং অদুবু অসাইগী মবুঙো অশিবা ফুম্বা লঙ্কাং অদুদা পুশিন্দুনা য়াম্না খোং লাউদুনা মবুংঙোগা ফুমফমগা লৈপাক অদু খুজীন্না খোদোক্লকই। মাদু তৌদনম্ম য়োং অদুগা মতৌ মুন্না খংবা ঙমদ্রদুনা, মখোইম্ম লৈপাক খোদোকপা হোৌরক্লে; ঙাইহক তৌরে হাইরগা অশিবা মশা অদু ফংলদুনা য়োং অদুগী থৌরাংগী পাম্বৈনা, মতুং অদুদা অহাৎপা মীশিং অদুবু ফাবা ঙমখি।

ইনাক খুনবী বিলাতকী নুপী অমনা অয়োকপা এনবী অমগী রারি ইরমই। "ঐগী ইয়ারিকো কৌবী এনবী অমা লৈরমই। মানা মচা অমুক পোকপদা মচা তরা, তরা নিথোইরোম পোকই। ঐনা নুমিৎ খুদিংগী ইখুৎনা মচিঞ্জাক হুনবি। ইয়ারিকো মচিঞ্জাক চাদুনা মচা শিংগা হরাও হরাও লৈমিম্নে। নোংমদি অমুক ঙস্তাদা লমহুইনা, মচা শিংবু লাক্লে তৌবা উরদুনা, ইয়ারিকোনা মশা ইফল ফল্লদুনা, লমহুইগী মমাংদা চপতিংনা লেপ্পুনা লৈরে। ইয়ারিকোনা লমহুই মনাক্কা নকশিন্না

চংশিনবা মৱোং অমসুং মানা মতম অদুদা তৌবা মতা অছু উৱগা, ঐনা নিংই মথৱাইবু হেনবা মচাশিং অদুবু কনবদা লমহুইদা মথৱাই থাৱগে তৌৱবা মাল্লে হাইনা খল্লি। ঐনা মতৌ অদু উৱবদা থীনবা তৌদানা ঐগী হুই অদুবু খুৎ থিন্দুনা থৌজিল্লে ; হুই অদু থুনা হোৎ-শিনখিদুনা ইয়ারিকোগী অৱাবা অছু কোকহল্লে। অদুগী মতুংদদি ইয়ারিকোগা হুই অদুগা য়াম্না চান্নখ্রে। মথোই অমতা ৱোইনা লৈমিন্নৱে। ইয়ারিকোসু হুইগী তৌবিমন য়াম্না থংই, হুইবু থক কাউবা লৈত্রে। ইয়ারিকোগী মচা খরা খরা চাওৱক্লবশিং অদুনা নুমিৎ চুপ্পা মথোইবু ঙাকপিরিবা হুই অদুগতা লৈমিন্নে। নোংমতসু হুই অদুবু থাদোক্তুনা চৎপা তৌদে। মথোই মশেল অসুপ পুকচেল ফজনা নিংনৈ, লৌনম লৈতানা চান্নে, অমসুং মুংশিবা থক কাইনদে হাইবা অদু ইশেং শেংনা থংথি।"

মথৱাই পানবা (জীব) গী মরী মুন্না খংলবা পণ্ডিত অমনা ইৱমই। "নোংমা ইকাই খুন্নরবা অচোবা নিপা অমনা মাগী শুমাংদা গাড়ী তোংদুনা থৌই ; মাদুদা খংহৌদানা গাড়া মথোংগী মচেকনা, মাগী হুইগী খোংচেপ্তা নম্থেকখ্রে। চৈনাখোন্না হুই অদু য়াম্না খোংলে। হুইগী অৱাবা অদু মনাক্তা লৈবা ক্লাক অমনা উৱদুনা মনাক্তা পাই-শিল্লক্তুনা তেংথা নাৱোইনা খোংলকই। হুই অদুনা চাননবা হাইদুনা নুমিৎখুদিংগী শা মতুম অমমম পুবিৱকই। হুই অদুগী গাড়ী কাং-খোংনা নম্থেকফম অদু য়াম্না কন্না নাশিল্লক্লে, মপাঙ্গল অমসুং মাগী অথৌবা লৈৱক্লে, শিৱমদাই ৱোইৱক্লে। মতম অদু য়ৌৱক্লবদদি ক্লাক অদু হুই অদুগী মচিঞ্জাক থিবা নত্তানা অতৈ কৱি অমতগীদমকসু হুইগী মনাক্তগী চথোকপা তৌদ্রে, নুমিৎ চুপ্পা মনাক্তদা লৈখ্রে। নোংমদি ক্লাক অদুদি হুইগী মচিঞ্জাক থিগে হাইদুনা চথোকখ্রে ; মানা হল্লকপা অদু য়াচংবা মতম ৱোইখ্রে, মানা হল্লক্লিৱৈগী মমাং অদুদা হুই মপু অদুনা অনাবা হুই অদু ইমুংদা পুশিন্দুনা থোং থিং-জিল্লমদুনা মাসু চথোকখ্রে। ক্লাক অদুনা হঞ্জিল্লকপদা থোং থিং-জিনখিবা অদু উৱদুনা কৱি তৌনিংঙাই লৈত্রে ; মৱম অদুনা অহিং

নোংশোইবা মচিল অপিশক অতুম্বা অদুনা থোংজিনগী মখাদা লৈপাক অদু তোথোকই, মানা য়াম্না রানা তোথোকচদুনা, মখা অদুনা মখুল মচা অমদং কাওনা হুৎচরে। মখুল অদুদা মানা চংজগে হাইদুনা হেক্ক তোজবমক্তদা মপু অদু থংলদুনা, কৈদৌঔদসু নিংলুদ্রবা অমসুং কৈদৌঔদা উথিদ্রিবা থোদৌ অদু উরদুনা মটেখ লৈতানা ওকখি।

মথক্তা খুদম উত্তুনা ইরিবা রারি ময়াম অসিনা অতোনবা জীব-শিংগীসু মহৌশানা লৌশিং থরা থরা লৈ হাইবা অরেম্পা থংলে। হিরম অসি অদুপকী মতিক নৈনরে হাইরগা অদুপকী মতিক অওকপা পোকই। তরু তরুবা ইচেন নাইবা ভুরেনগী ইংলবা ইশিং ইচেম্না লংকৈ চৎপা মীগী অরাবা নুংশাগী মৈচাক ইইং ইংহনবা, পান্দম অমনা থাগী অমৃতগী মশক রোইরবা থাবন্না মেংলবা নুংশিৎ নাম্বিবগা লোইননা শিত্তুনা কালেন থাগী ওলাংলবা মীবু মিৎকুপখুদিংদা নুংঙাই-হনবা, মত্তৌ অদুগুম্না তাইবংবানগা মপুগী ওমথৈ লৈত্রবা মতিক মগুম্না তোল্লবা জীবসু মখোইগী মহৌশাগী লৌশিং থরা থরা লৈজবা অদুনা খুদুম চন্দুনা অতোম্পা অমবু ইচিক চিকপগী ইচেন্দা লুপহল্লি। ওম্বোকপনি! করিসু থংদবা হৈতবা মীনা অসিগুম্বা জীবশিং অসিবু অরাবা পিবদা করি অমতা মাইওন্দে। থোজানগী মশক রোইরবা তাইবংপানবগী মপুনা মখোইবু ওম্বোকনা ফরবা ফরবা গুণগী মপু রোইজহল্লম্বা অদুপুন্নমক মখোইনা করি অমতা থোশাদানা ইলাই লাইনা অমসুং করি অমতা মপুক্তা চিংনবা লৈতানা হুন্দোক্তুনা, তোল্লবা জীবশিংদগীসু হেক্লিন্না তোল্লবা জীবগী পুকচেল মতা রোইনা থোক্লে। তাইবংপানবগী মপুনা শেন্নম্বা তাইবংপাল অসিদা করিসু তম্বা নাইদবা, তোল্লবা জীব শিংনা অসাইগী মীতা অদুগুম্বা তাইবং-মীদগী য়াম্না কৈ, মাদুদা করিসু চিংনকম লৈতে।

# অনিশুরকপা পন্থুপ।

## লমচৎ।

অশেংবা লমচৎ হাইবা অসি মমল নাইদ্রবা লম্নি। তাইবংপাম্বগী করিগুম্বা লল অমগা মাসিগা পান্দম্নবা য়াবা নত্তে। নোম্বকনবা, অচুম্বা ব্রা ঙাংবা, পুকচেল তিংবা, অমসুং অফবা পুন্নমকনা তিল্লবা মী লৈপাক পুন্নমক্তা, খ্বাই পুন্নমকনা থাজনফম, অমসুং চান্নফম ব্রোই। তাইবংপান্দা লুংঙাইবা অমসুং অফবমথৈগী মপু মহাক্তনা ব্রোই। মা লৈত্রবদি, তাইবংপাল অসি নৈহৎলবা নারক্কুম্না অতৎপা লৈতনা থোইরাং থোইজাওই। মানা তোংবা মীগী কাংবুতনা, ইচেল নাইবা ইশিংনা, মথোংদা তরক তরক চংবা লৌ, মনা ইশংশংনা পান্না হৌবা নিংথিজবা লমতুপ মচা মচাগুম্না অতৎপা লৈতনা নিংথিজে। মীব্রোইবগী ব্রা চুম্না ঙাংবা, পুকচেল তিংবা, অমসুং অফবা পুন্নমকপু লমচত্তনা চাওখৎহল্লি।

মহৌশানা য়াম্না শিংলক্লবা মীবু খ্বাইনা থাগৎনৈ। লমচৎ ফজবা মীবুনা থাগৎপগা লোইননা খ্বাইনা ইকাইখুম্নে, অমসুং থাজনফম ব্রোই। মহৌশানা থোইদোক হেন্দোকনা শিংবা মীনা খ্বাইদা মাগী লৌশিংগী থৌরাং উৎপা মতমদা, লমচৎ ফজবা মী অদুনা খ্বাইদা ব্রা (ধর্ম্ম) কাইদনবা কন্না হোৎনৈ। মীগী কাংবু খুদিংনা অহানবদা হাইরিবা মী মতা অসিবু থাগৎলি, মমৈদা হাইরিবা মীতা অদুবুদি অপাম্বগা লোইননা মতৌ তমগদবগী কন্না হোৎনৈ।

খ্বাইদগী থোইদোক হেন্দোকপা গুণ পুন্নমক তিনবা, থোইদোক হেন্দোকপা নিপা তাইবংপান্দা তাংই। মীব্রোইবগী তেনথ্রবা মপুনশিগী মনুংদা কনাগুম্বা থরদংতনা, থোইদোক হেন্দোকনা অথোইবা তানবা খুদোংচানা থোকই। অদুগা মী পুন্নমকসু হিরম পুন্নমক্তা চপমান্ননা লাইবক ফমিন্নবা য়াদে। লৌশিং লৈবা অদুগী

থৌরাং ব্রাৎপা, থৌরাংচাওবা অদুগী লৌশিংত্তেনবা: মরল লৈবনা অফবা থবক তৌনিংদবা, অফবা থবক তৌনিংবনা মরল লৈতবা। মতম লৈবা খিবিক্তা মতৌ অস্নুম তৌনা মীরোইবগী মরক্তা য়াম্না খেন্নবা লৈ। খেন্নবা অসি খিবিকপু মীরোইবগী লমচৎনা কোঙ্গাই অমা খেন্নহন্দবা ওমই। লমচৎ ফবা মীনা লৌশিংগী লীচৎ অফবা থোইগৎনবা য়াম্না কন্না হোৎনরকপা অদুপকীমথৈ, খুজীল থৌরাং হোৎনগনবস্মু মাদুগী মতা থোক্না খংহল্লি। অদুগা অফবা লাম্বিদা চত্তুনা লল তানবা হোৎনবা অদুপকীমথৈ, অতানবা লল অদুস্মু মাদুগী মতা থোক্না অফবা থবক্তা পানশিল্লি। মহাকনা খ্বাইদগী থোইদোক হেন্দোকপা অচোবা লাইপোক্নবা মীগী ইকাইখুম্নবা খুবম ফংদ্রবস্মু মানা ওমজবা অদুগীমথৈনা অফবা থবক পাংনবা হোৎনবদা থৌশাদবা থক তৌদে। মীগী ফননবা তৌরগা মানা নুংঙাই অমস্মুং পেল্লি। মীগী অফবা চাওখৎনবা নিংই অমস্মুং হোৎনৈ। মহাকনা মপা মমাদা খ্বাইদগী থোইদোক হেন্দোকনা ভক্তি উৎপা, ইমুং মনুংদা লৈবা খ্বাইবু ইচিক চিক্পা উৎপা মতা অদুগুম্না কৈরোই লৈকাইদস্মু মচৎ ফজে হাইবা খংহন্না চৎলি। শম্পৎনা অদুক হাইদুনা, তাইবং পানববু য়োকপিরিবা লাইনা, মাবু থম্বিরিবা মীরোই মীপাল খরদং অদুদা ইনুংনুংঙাইনা লৈদুনা, লৈপাকমচা তাদুনা, অফবা লমচৎকী ইকাইখুম্নবা পুমঙাকঙাকই। মীনা, মহাক্কী চৎলিবা লমচৎ অদুগী খুদমগী মতৌ তমদুনা, ঐখোই খ্বাইগী অফবা চাওখৎনবা চেকশিন্না হোৎনৈ। নুমিৎকী মঙাল লাক্লে হাইরগা তাইবংপাল অসি ইঙাল-ঙানবা, অশেংবা নুংশিৎ শিৎলে হাইরগা মথরাই পানবমথৈনা থম্মোই মকাফন্না হরাওবা, অমস্মুং য়াম্না ওলাংলম্বা হকচাং অদু, মপুংফানা নিল্লবা থাগী চিক্লবা থাবম্না ইচিকচিকহনবা, অদুগুম্না মানা চংলকপা অমস্মুং মহাক্না লৈমিন্নবদা মী অদু মাগী অথংবগী মঙাল অদুনা পুমঙালঙাল্লি, অমস্মুং মহাক্কী খোস্কম নুংশিবা অদুনা অফবা হিরম তাকপনা য়াম্না নুংঙাই, অমস্মুং নিংথিজবা লমচৎ অদুনা অরা অনা পুম্নমক পুমকোককোকই।

অথংবা তান্দুনা মাহুতা নৈনদুনা লৈবগা, লমচৎ ইশেং শেংবগা অদুপ হাক্না নকুবা মরীদি থোক্তে। তৌইগুম্বসুং অদুপ হাক্না নকুবা মরী থোক্লবসু, মহৈ তমদুনা হৈনবা নৈনবদা থৌ শাদবদি হৌনদে। মহৈগা লমচৎ অফবগা শাকোন্নহনবা হৌনৈ। কৱি করিগুম্বদা মহৈগা ফত্তবা লমচৎকা পকবা উই। নিপা অমনা সাহিত্য, বিজ্ঞান অমসুং মখুৎমশা নিংথিনা হৈবা য়াই। তৌইগুম্বসুং লমচৎ ফবা, ধর্ম্ম চেনবা, রা অচুম্বা ওাংবা, অমসুং তৌগদবা থবক্তা মাই ওনশিনবদদি ময়েক অমতসু খংদবা লৌউদুনা চাবা নিপাদগী য়াম্না কম্ববসু য়াই। নিংথিনা খংহৈরবা অমসুং লাইব্রিক য়াম্না লেংলবা পণ্ডিত অমনা হাইরমই, ঐ লাইরিক য়াম্না পারে, অথংবগী শাগৈদা তাকনিংঙাই লৈত্রবা মীসু য়াম্না উনরে, খ্বাইদগী থোইদোকনা মহৌশানা শিংলক্লবা মীগসু য়াম্না ওাংনরে; তৌইগুম্বসুং লাইারক লাইসু ইহৈহৈত্তবা মুপী নিপা ময়াম্না ঐওোন্দা উৎলকপা, মথোইগী অসি থোকই হাইবা (মত) অদু, লাইরিকনচিংবদা হাইরিবা হৌনবী(মত)তগী য়াম্না হেন্না ফশিল্লি। ঐথোইনা নিংথিবা থাবনগুম্না অশেংবা পুকচেন উৎপা ওমদ্রিবমখৈ, মীরোইবগী মপুনশিদা তাইবংপান্দা, তৌগদবা থবক্তী অতানবা মরম পুন্নমক পাংবা ওম্নরোইদবনি।

লমচৎ ফননবা তানখৎপা অদুগী মরীদি লন্না মহৈদগী হেন্না থাপ্পে। মতম অয়াম্বদা লন্না লমচৎপু ফৎহন্দে। লম্নে, মুংঙাইবা তানবনে, মরাইচাইরকপনে, পাপনে, অমগা অমগা নকুবা মরীনা ফাজিল্লি। রাখনতেনবা ইন্দ্রিতা মুংঙাইবা তানবা মীগী মখুত্তা লল লৈরবদি, লল অদুনা অয়াম্বা অরা অনা তাননবগী মরু ৱোই! অমরোমদনা লাইর-বগা অফবা লমচৎকা হেন্না নকুবা মরী থোকই। মীরোইবনা মাগী মাগী মতিক ওকনা নোম্বা, চাং নাইনা শেনগী চাদিং তৌবা, অমসুং অফবা লমচৎকী মথক্তা মুন্না য়েংদুনা চৎলবদি, য়াম্না মুংঙাইনা মতম লেনবা য়াই। হিরম পুন্নমক মুন্না খংলবা নিপা অমনা মাগী মচাদা হাইরমই (তাকপিরমই); "নখুত্তা নরল লিক্লোল্ অমতা য়ৌনা লৈত্রবসু মীনা তৌবা হৌনবা, থবক তৌবদা খক মাইওনবা তৌগনু। করিননো

হাইববু পুকচেন ফত্রবা অমসুং তৌবা হৌনবা থবক তৌদ্রবদি কনা অমতনা ইকাইখুন্নদে”। নিপা অমনা য়াম্না ৱানা লল তান্দুনা মাগী ইমুং মনুং পুন্নমক য়োকথাকখি। মহাক অদুদি লাইরিক তম্ফম-শংদা মহৈ কয়া ক্লিনদি তন্নক্লুবসু য়াম্না নিংথিনা খংহৈরমই। মহাক্কী লাইরিক-শংদা ধর্ম্মগ্রন্থ অমগা সাহিত্যগী লাইরিক খরদংতগা লৈরমই, অতৈ লাইরিক থোইদোকপা লৈরমদে। মাগী চাগাসু থজিক্তনি। পুকচেন চাওবা নিপা অসি তৌনা হৌনবা থবক তৌবদা হন্দবা, পুকচেন ফবা অমসুং থোকুচন্না লমচৎ খংবদা য়াম্না নিংথিনা মমিং চৎখি; মাদুম তৌনা, য়াম্না ইনাককৈরাকখুনবশিংগী মরাই-বক্তসু থোকখিবা ওমখিদে।

মতুংগী থোক্লগদবা উদবা মীদা লল পুনখ্রবদি, লল অদু অৱোইব-মক অরেম্বগী মরু ৱোই। লমচৎ ফবা মীনা অফবা হিরমদা লল শিজিন্নৈ; মহাক্তি কেথোকমৌথোক্তুনা হরাও-কুম্মৈতা পান্না তৌদুনা নত্তবা থবক (পাপ) তানশিনবা তৌদে। অমরোমদনা য়াম্না লাইরথ্রবা মীনা মহাক্কী মমল নাইদ্রবা অফবা লমচৎকী থৌজান্না মুৎপা নাইদ্রবা অফবা মিংচৎ ফংখিবা অদুদি, য়াম্না ইনাককৈরাক-খুনখ্রবা নিংথৌনসু, লু লুকপা পুকচেনগা লোইননা য়াদুনা মরু লুক্নৈ। খৃঃ শতাব্দি তরানিপাল শুবগী মমৈদা নবদ্বীপতা ৱামনাথ তর্কসিদ্ধান্ত কৌবা পণ্ডিত অমা ফাওখি। ন্যায়শাস্ত্র থোইদোক হেন্দোকনা হৈ। ৱামনাথ য়াম্না লাইরদনসু লল থুম পামদুনা মীগী থোংজিন থক চংদে। মহাক্তি নবদ্বীপকী মচি অমদা ইগী য়ুম মচা অমদা লৈজে। মহাকনা মাগী য়ুম মচা অদুদা ইচিকচিকনা লাইরিক-লাইশুতমা নৈনদুনা লৈ। মহাক্কী ৱা কাইদ্রবী নুপী (মতু) অদুনা নোংমা চাক থোংনিংথাকনিংঙাই লৈত্রদুনা মাগী ইংখোল মচিদা হৌবা মঙ্গে মনা খরদং হেক্তুনা মাদু ফুত্তুনা মপুৱোইবা চাননবা হাইদুনা চাক্কা লাইননা থিদোক্তুনা মপুৱোইবগী মমাংদা থিল্লুই। লাইররবা ৱামনাথ পণ্ডিতনা হাওরেদা হাইদুনা মঙ্গে মনা অফুৎপা অদুতনা চারুক ওন্না চাখি। নবদ্বীপকী নিংথৌনা মহাকপু লাইরিক-লাইশু য়াম্না হৈ হাইবা

খুদম ফংহুনা মাঙোন্দা লল থুম য়াম্না পিবিগে হাইনা নিংলক্লে। ইনাককৈরাকথুল্লগা কেথোক্তুনা নুংঙাইনা লৈবা কম্না তানশিন্নিংলক্লনি। লাইরিক তম্বা মচাগীস্থ, ঐগীস্থ য়েথাইথিনগাইবা লাক্লনি। ইচা-শিংস্থ অফবা লমচৎ পুন্নমক থাদোকখিদুনা কেথোকমৌথোকপা নুংঙাইনা লৈবা তাল্লকপা য়াই। অসি পুন্নমক অসি থন্দুনা লাইরবা ব্রাহ্মন অদুনা লল অদু লৌখিদে, মহাক্কী ইচং থৌরবী মতু অদুনা নবদ্বীপকী নিংথৌদা থমখি, ইবুঙো! ঐগী অরাৎপা করিস্থ লৈতে। ঐগী শেৎনবা ফনেক ইন্নফী (উড়ান শাড়ি) লৈ; ইশিং থকুবা থুজাই লৈ; হিপ্পবা ফক লৈ; থোইদোকনা অমুক করি হাইগনি ব্রোইগী খুত্তা য়োংকী (খুঙ্গী) লৈরি—ঐগী অরাৎপা করিস্থ লৈতে।" মপুরোই-ববু লুনা তৌরবী নুপী অদুগী, খ্বাইদগী থোইদোক হেন্দোক্লবা, অশেংবা লমচৎ পুন্নমক্না তিন্দুনা, লৈতেংলবী মহাক্কী ইচংথৌবা মতৌ অদু উরগা, নবদ্বীপকী নিংথৌনা ইঙকঙকখি। লাইররবা বামন মতৈ মনাও অসিগী, পুকচেন ইতিংতিংবা ঙাক্তা ঙাইবা, অফবা লমচৎকী নিংথিবা মিংচৎ থম্নম্বা অসি, কদৌঙৈদস্থ মুৎকদবা লৈক্রে। মতম ক্লিথবা, করিস্থ লৈতবা মনা শিংনানা কুপ্পা য়ুমদা লৈথুবা, মপুনশি চুপ্পা লাইরখুবা, ব্রাহ্মন অদুনা অফবা লমচৎকী গুণতনা মাগী ইন্দ্রি ফাজিন্দুনা মহাকনা ফংথিবা পাঙ্গল অদুদা, মরোল অহমমক ঙমজরবা নিংথৌরেল য়ৌনস্থ ইঙকঙক্লদবা ব্রোই।

লমচৎ চুম্বা মীদি মতম লৈবাখিবিক্তা রাখনগী মথা পোন্দুনা লৈ। মহাক্না ফত্তবা হিরমবু উশিত্তবা অদুগুম্না অফবা হিরমদা পাম্না তৌই। মহাক্কী থবক খুদিংদা মাগী অফবা লমচৎকী খুদমতমা মউৎলি। গ্রীশ লৈপাক্কী নিংথিনা মনিং ফাওথুবা সক্রেটিস কৌবা পণ্ডিত অদু, মাঙোন্দা হন্না হন্না ঙৎলবস্থ, মহাকনা কদৌঙৈদস্থ শাওদে। খাম্বা ঙমদ্রবা অশাওবা হাইবা য়েক্নবা অদুবু মতম লৈবা খিবিক্তা মহাক্কী মথা পোনবা, হাইবা ইনবা মনাইগুম্না থমখি। মিবার লৈপাক্কী রায়মল্ল কৌবা নিংথৌগী মচানা করিগুম্বা হৌনদবা থবক অমা তৌরুবদা অকনবা নিংথৌমচা (রাজপুত) অমনা য়াম্না শাওহুনা মাগী

মথরাই হাৎথি। পুকচেন চাওরবা রায়মল্ল নিংথৌনা মচা হাৎপা রাজপুত অদুবু ক্ষেত্রিধর্ম্ম ঙাকই হাইদুনা নিংথিনা মনা পিবিখি। লমচৎ ফজবা মী মতম লৈবা খিবিক্তা মতৌ অসিগুম্না অফবা থবক্তা থাজনা লুনা তৌই। মহাক্কী অফবা থবকনা অমস্তুং লমচৎনা মতম লৈবা খিবিক্তা ইতত্তানা থাজবগা লোইননা লু লুকপা অমস্তুং অফবা মী লৈপাকমচা তাবত্তা মউৎলি। মহাকনা মথক্কী অহন্দা লুনা তৌবা অমস্তুং লাইগুরুদা থাজনা তৌবা অদুগুম্না মমান্নবদস্তু য়াম্না হরাওবা উৎলি, মাঙোন্দা চংজরকপা জীবদা য়াম্না চানবিবা উৎলি। করিস্তু লৈত্রবা মীদা করিগুম্বা অফবা মগুণ উরগা, অফবা মগুণ অদুগী মথক্তা লুনা অমস্তুং থাজনা তৌবদা খক মাই ওন্দে। গুহক হাইবা অদু চণ্ডালগী জাত্তা পোক্কুনস্তু মহাক্কী ভক্তি, অমস্তুং অফবা মী লৈপাক-মচা তাবা অদুমক্তনা পেনবিদুনা পুকচেন চাওখ্রবা রামচন্দ্রনা মাবু মরুপ রোইবগী চৌনবা লমচৎ পুম্নমক ইকাইকাইবিদানা চৎপিখি।

লমচৎ ফবা মী মতম লৈবখিবিক্তা তৌফম থোকপা থবক অদু তৌগদবগী কম্না হোৎনদুনা লৈ। মীরোইবা হাইবা অসি ইমুং মনুংনা কোইদুনা পাল্লি। থবক থবক অদুনা ইহাল হানবদা মমা মপা অমস্তুং মতু মচানচিংবগী মরীদা মহাকনা তৌফম থোকপা থবক অদু, ইতত্তানা তৌগদবনি। অসি নত্তবা নুংশিবা, মাগী রোইবা মী, শাগৈ নাত্তৈ অমস্তুং অতোপ্পা মী, অদুগা অতৈ অতৈ মথরাই পানবগী মরীদস্তু মহাকনা তৌফম থোক্কবদা তৌরোই, তৌফম থোকপদনা তৌগদবা রোই। লমচৎ ফজবা মীনা অসিগুম্বা তৌগদবা থবক পুম্নমক্তা কদৌঙৈদস্তু থৌশাদবা তৌদে। মহাক্তি মমা মপাগী মফমদা য়াথং লৈপাক তাদবা সেবোক্কী মতৌ গুম্না চৎলি ; মতু মচানচিংবা মাগী ইমুং মনুংগী মরীদনা নিংথিজরবা অফবা হিরম তাকপিবা য়ুমপুরেনগী থবক তৌই ; মাগী রোইবা মীদনা মুংঙাইবগী মশক রোইরবা নুংশিবত্তা উৎলি ; মাগী শাগৈ, মীগী শাগৈগী মী, অমস্তুং জীব অতৈ অতৈগী মরীদস্তু থৌজানগী মশক রোইরবা রা কাইদবগী থুদমত্তা উৎলি। মহাক্তি মাগী মথরাই থৌশাদানা মানা তৌফম থোকপা থবক অদু

মহৈ য়াম্নবা কন্না হোৎনৈ। রামচন্দ্রনা উকু শেত্তুনা চহি তরাগা মরি উমংদা লৈদুনা নারক্তা লৈবগী তমথীরবা অরাবা খাংখি ; অদু তৌনা তৌনমক মহাকনা তৌফম থোকপা থবক্তা খক মাইওন্দে। মমা ঙৈদা ইতালীদা পম্পিয়াই কৌবা ইনাক কৈরাক খুনবা ময়াইকাবা সহর অমা লৈরমই। নোংমা থোংশংবা লান্মীনা সহর অদু শংদুনা লৈরিঙৈদা বিস্থবিয়স কৌবা অকীবা মৈথোকপা চিং ( আগ্নেয়গিরি ) অদু পোকথাইদুনা লৈন্নুংদগী মৈনচিংবা পোৎ থোকখি। পোকথাইবা নুংকুপ মহিনে, নুংকুপ মপৈ মপৈনে সহর অদু পুমথুম থুম্না ফুমখ্রে। তৌইগুম্বস্নুং মথক্তা হাইখিবা সহর ঙাকপা নিপা অদুদি মানা লেপ্পা মফম অদুদগী খোংফম অমতম্সু লেংথোক্তে। মাগী লেপফমদা লেপ্তুনা সহর শংবা মাগী ভৌগদবা মথৌনি। আগ্নেয়গিরি পোকথাইদুনা মৈ, নুংনচিংবা পোৎ থোক্লকপা অদু খক থৌশারুদে, মানা মাগী তৌফম থোকপা থবক অদু ঙাকফম থোকপা মরম্না, অপাননবা মফম অদুদা লেপ্তুনা মথরাই থাখি। মাগী মশা অদু অসাইগী মকুপ মপৈ অদুগা অদুমক তিনখ্রে, তৌইগুম্বস্নুং মাংবা য়াদ্রবা নিংখিবা মিংচত্তি লৈহৌরে। মাগী কোকয়েৎ, খুৎলাই অমস্নুং য়োৎকী ফুরিৎ অদুদি হৌজিক ফাওনা খ্বাইনা ঙাকপা ওমদবা অফবা লমচৎকী মগুণগী মশক রোইনা, লেপল্স্ সহরগী লাইয়েক শংদা ( কালিকরদা ) নিংখিনা থমই।

কন্না হোৎনবা নত্তনা লমচৎ অফবা তানখৎপা অমস্নুং পুক্নচেল চাওহনবা মপুং ফাবা ওম্বা নত্তে। অফবা লমচৎ চাওখৎনবগী দমক মশা মত্তোমদা রারকচফম থোকই। ঐখোইগী ( পৃথিবীগী ) মাইকৈ মরিমক্তা পাপনা মীরোইবগী য়াইথীননবগী দমক থোরাং তৌদুনা ঙাইদুনা লৈ। মাইকৈ মরিমক্তা মিহোবা পোৎ লৈ। পাপ অমস্নুং মিহোবা মরক্তা লৈদুনা লমচৎ অফবা তানগে হাইরবদি, শোইদামা মশা মত্তোম মত্তোমদা রারকচফম থোকই হাইনা উই। পাপ পুগদবা অমস্নুং হৌবা হৌনদবা থবক অদু, পুনশিবা লোইদ্রিবা কাওবা য়াম্না তুক্কচবা মিৎয়েংগা লোইননা থাদোকপনা মতিক রোই।

মতোমদা ব্বারকচন্দ্রবদি পাপতগী থাপ্না লৈদ্রুনা, অফবা লম্বিরোমদা চংশিনবা য়াবা নত্তে। অসিগুম্বা মফমদা মীব্রোইবা হাইবা অসি ফত্তবা লম্বিরোম চত্তুনা লমচংপু য়াম্না ফত্তহনগল্লি। করিগুম্বদা ফত্তবা থবক অমা তৌনিংলকপদা, মতম অদুদা মশা মতোমদা ব্বারকচবনা, পুকনিং ফাজিনবনা মতিক ব্বোই। নহা ব্রোইরিবৈওদা তম্বা, অমস্তুং তিন্নবা মরুপকী থবকনা লমচৎ অফবা তানবা অমস্তুং ফত্তহনবা অয়াম্বস্থু পুই। মতম লৈবখিবিক্তা ফত্তবা হিরমতম্বা, অমস্তুং ফত্তবা মরুপ তিনবদগী নাম্হোক্তুনা লৈবা হৌনে।

মশা মতোম মতোমদা ব্বারকচবগা লোইননা অফবা তম্বনে, অমস্তুং অফবা খুদম উৎপনে চানহনবনা মতিক ব্বোই। অফবা তম্বনা পুকনিং শেংদোকনৈ, থম্মোই মরাংকাই অমস্তুং তৌফম থোকই হাইদুনা খংবা অদু খক লেংদে; অফবা থবক্কী খুদম্না অফবা থবক তৌনিংলকই। নিংথিনা তম্বা অমস্তুং অফবা খুদম্না, লমচৎ থরা থরা শেংদোক্তুনা ফগৎলকই। মহৈ তম্ফম শংদা মহৈ তন্নিবশিং অদুনা অসিগুম্বা হিরম পুন্নমক অসিদা ইতত্তানা লৈবনা মতিক ব্বোই। লমচৎ শেংদোক্তুবদি মখোইনা মহৈ তন্নিবা অদুগী মহৈ য়ান্দে। মখোই অদু তাইবংপানবগী য়ুম পানবা হৌরকপদা অচুম্বা থবক্তা লেপ্পা, অমস্তুং ধর্ম্ম থোক্তুদবা থবক লিংখৎপদা য়াওগে তৌগে হাইদুনা হোৎনবা তৌদে। থৌফম খুদিংদা মখোইগী ইচাই চাইবা মতাগী খুদমতমা উই। মহৈ তন্নিবশিং অদুনা তম্বিরিবা ওঝা অদুগী অফবা খুদম, অমস্তুং অফবা থবক্কী ফীদম লৌনবতা হোৎনদুনা লৈগদবনি। অদুগা মহাক্না অফবা তাক্লকপা অদু অতৎপা লৈতানা থবক্তা পালহন্নবা চেকশিন্না হোৎনগদবনি। মহৈ তানবশিং অদুনা থবক পুন্নমক্তা পুকচেল শেংনা থম্নবা কন্না মিৎয়েং থমজগদবনি পুকচেল মতা অস্তুপ শেংহনগে হাইবা, অশেংবা হিরমদা অস্তুপ ব্রাখল তৌগে হাইবা, অমস্তুং অশেংবা লাইরিক লাইগুদা অস্তুপ নৈনগে হাইবা অদু, মানা মানা তম্নকপা মতাগী মতুং হন্না ফগৎলকপা অদু-গুন্না, লমচৎস্থু মাদু গুন্না মফগৎলক্কদবনি।

# নোম্বা।

তাইবংপাল অসিদা ওক্লা ওক্লবা থবক লিংখৎলিবা, অমসুং লোইখ্রবা অদু পুন্নমক্তা মীরোইবগী পুকনিং অমতা রোইনা নোম্বা, অমসুং য়াম্না উইনম কনবগী খুদম খংহল্লি। নোম্বকনবা পুকচেল লৈত্রবদি, উইনম কল্লক্কে। উইনম কন্দ্রবদি, তৌগদবা থবক্তা পুকনিং অমতা রোইনা তৌনিংবা পোক্কে। তৌগদবা থবক্তা পুকনিং চংদ্রবা, অমসুং মাহু তৌথোক্নবা পাংথোক্কে হাইনা নিংদ্রবদি, মতোমদগী অফবা তানখৎপা, অমসুং মী খ্বাইগী ফননবা তানখৎপসু ওমদে; অমসুং মফম খুদিংদা নুংঙাইফমসু, পেনফমসু লৈত্তে। মরম অসিনা নোম্বা কনবা অসি, অফবা তানখৎনবগী মরুনি হাইনরি। লৌ উবশিংনা লৌ উহুনা মহৈ মরোংনা লৈপাক লৈমগী নিংথিজবা চাওখৎহল্লি। খুৎ হৈবনা পোৎচৈ নিংথি নিংথিজনা শাহুনা শিল য়াম্না হৈ হাইবা খংহল্লি। পোৎচৈগী মরী মুন্না খংবা পণ্ডিতশিংনা খংফম কোইথি থিহুনা, অওকপা পোকপা থবক পুন্নমক পাংথোকই। লাইরিক লেংবশিংনা অফবা লাইরিক শেমহুনা মী খ্বাইগী থাজনফম অমসুং পেন্নফম রোইরি। মতৌ অসুম তৌহুনা মী খ্বাইনা মানা মানা খংবা হিরম পুন্নমক তৌহুনা তাইবংপানবগী য়াম্না কান্নরি। তৌইগুম্বসুং নোম্বু কন্দ্রবদি, হাইখ্রিবা থবক পুন্নমক অসি করিগুম্বা অমতা পাংবা ওমগদবা নত্তে। মীনা নোম্বা কন্দ্রবদি, হী য়াইনচিংবা অসি লৈপাক্কগী থোকপনি হাইবা খংঙোইদবনি। খুৎহৈবা ( শিল্প ) অমসুং পোৎচৈগী মরী মুন্না খংবা ( বিজ্ঞান ) শিংনা অসুপ তৌশিনবা ওম্বা পাঙ্গল লৈ হাইবা অসিগী খুদম অমতা খংবা ঙম্নোইদবনি; অমহিকসু তরু তরুনা পুমখং খংবগী মওান্না, ইখংখংদানা ইমমমহুনা লৈবা অহুবু কোকহনবা ঙম্নোইদবনি। য়াম্না পাকথ্রবা মরুভূমিদা য়ামখ্রবা লৈঙোই মকুপকী মপৈ মপৈগী শান্নফম লৌবুক রোইহুনা অতৎপা লৈতানা অকীবগী মরোং মথৈনা ইথন থম্না লৈরবা; পান্দম অমনা য়াম্না পাকথ্রবা সমদ্রুদা ইথক্কা লোইননা ইশিংনি হাইবগী মথৈগী তুংফম

ব্রোইদুনা, ইত্তত্তানা মহৌশানা ( মরাই মরাইনা ) য়াম্না অকৌবগী পাঙ্গল উৎচবা ; অদুগুমদুনা নোম্ববু কন্দ্রবদি, অসিগুম্বা চাওখৃবা তাইবং-বাল অসিস্থ মথক্তা হাইখিৃবা পান্দম অসিগুম্না, হাইদুনা ওমন্দ্রবা অকৌবা মতানা পিকথনগদবনি। তাইবংপাল অসিদা নোম্বগী পাজন্না ওন্থোকনা ওকপমথৈ নিংথিজরিবা ময়াম অসিস্থ থক থোক্লোই উরোইদবনি।

নোম্বনা লৌচিংমান্নবা, থৌকৎপা, অমস্থুং পুকনিং খোইজংবা পোকই। পুকনিং লৌচিং অমতা ব্রোইবা, থোকৎপা কনবা অমস্থুং খোইজংবা মী অদু তৌগদবা থোকপা মাগী থবক্তা থীন্দানা মমাই ওনশিল্লি। তৌফম থোকপা থবক্তা মমাই ওনশিনবা মীদি মানা তৌনিংবা থবক্তা তৌরবস্থ চৎনিংবা লমদা চৎলবস্থ হাইবদি মানা তৌনিংবা, চৎনিংবা হিরম অদুভগী ইত্তত্তানা ব্রাথল তৌবত্তনা মহাক্তী মুংঙাইফম ব্রোই। মানা তৌনিংবা অমস্থুং চৎনিংবা হিরম অদুদা য়ৈথাই থিনগাইবনা পিকথন্দুনা, য়াম্না খুদোং থীরবস্থ, মহাক্তী য়ৈথাই থিনগাইবা পুন্নমক অদু, মহাক্তী অনোমন্না ব্রাই ইশং-শংদোকই। করি অমতা ব্রাই চিলহন্দে। “নোম্বনা শোরারেণগী লৈপাক য়ৌনা চৎনবা থোং হাংদোকপি”। য়াম্না ব্রাথল তৌবশিংনা হাইবা ব্রা অসি অরেম্বা নত্তে। মানা মানা নোমহুনা কংজবা, পাংজবা অমস্থুং মহে য়াঙ্গবা অদুত্তনা নোম্বা কনবশিংগী হাইদুনা ওমদ্রবা মুংঙাইফমগী মরম ব্রোইনৈ। পুকনিংনা ব্রোইরবস্থ হকচাংনা ব্রোইর-বস্থ অনোমত্তনা চাদুনা লৈবা, মাদুগা মান্ননা হাওবা চিঙ্গাক তাইবং-পান্দা অতৈ লৈত্রে। নোম্বা কনবা মীন' য়াম্না কন্না নোম্বগী মতুংদা চারবা মচিঙ্গাক অদু শোরারেণগী লৈপাক্তা মুংঙাইনা লৈদুনা চাবগা পান্দন্নবা য়াই। মীনা নোম্বগী পাজন্না তাইবংপানবা অসিদগী কান্ন-কান্নগদবা পোৎ খোমজিল্লি, অদুগা মহৌশাগী মরাই মরাইনা লৈজবা পোৎকী পাঙ্গনবু খুদুম চন্দুনা মাগী মাগী কান্নগদবা থবক্তা পানশিল্লি। নোম্বত্তনা মানা মানা তৌনিংবা মনিং থুংনা তৌদুনা পৃথিবী অসি খুদুম চল্লি। মহৌশাগী মরাই মরাইনা লৈজবা পোৎকী

পাঙ্গনস্থ, নোম্বা কনবগী পাঙ্গনগী মখা পোহ্লদুনা, মীনাই মুপী গুম্না শিজিন্নরি। পোৎ অতৈ অতৈ করিস্থ অমতা লৈখিদ্রবা, মুং মকুপ্তনা শাথবা চিংগী লমদম, অদুগা উপাল রাপান্তনা কুংনা কুংনা পরেং পরেং হৌথবা, মাদুদা মী রোইবগী য়েক্নবা শাগী শঙ্গু শঙ্গনা খোংবা অকীবা খোঞ্জেল নত্তনা অতৈ করি অমতা তাখি উখিদ্রবা শোংথবা উমংগী লমদমস্থ, মীনা নোমদুনা নিংথিজরবা সহর রোইনা শেমদুনা মাদুদা নিংথি নিংথিজরবা পোৎনা লৈত্তেংদুনা য়াম্না ফজহল্লি। তাইবংপাল অসিগী ইশিং লৈবা লমদম মথৈদগী, অতৎপা লৈতনা লৈচিন পুখত্তুনা অনৌবা নোং মরক্তা নোংথাং হাইফেৎ হাইফেৎ কুপ্তুনা য়াম্না নিংথিজরি। লৈচিনগী থৌদৌ উদুনা, মাদুবু মানা মাগী কান্নগদবা থবক্তা শিজিন্নরি, নোংথক্তা নোংথাং কুপ্পা ভদুনা নোংথাংগী মপাঙ্গন ফাদুনা মিৎকুপ অমতগী মন্নুংদা কান্নরবা পাও তন্না তন্না ফাওনহল্লি য়েংউ মাসি তৌথিবা নিপা অদুগী অনোম্মনগী মহৈ অসি খ্বাইদগী কয়া হেন্না থোইদোক্লবা! মী পুন্নমক্কী কয়া য়াইফহল্লবা! মহৌশাগী মরাই মরাইনা লৈজবগী পাঙ্গল ফাদুনা খোংনেৎনরিবা অসি ওথাক শাথাক নোম্বনা থোকপা নত্তে। মতৌ অস্থম তৌনা নোম্বা কনবা মীনা, থোইদোক হেন্দোকনা কন্না নোমদুনা অনোম্মন ফংখিবা অদু, থল্লুরে হাইরগা পুকনিংদা য়াম্না অওকপা ফংবা অদুগুম্না, অমুকস্থ হাইদুনা ওমদবমথৈ মুংঙাইবা পোকই। অহানবমক্তদা লৈচিনবু মাগী কান্নগদবা থবক্তা শিজিন্নবা অদু, মানা মতমস্থ য়াম্না চংদানা, কন্নস্থ হোৎনবা নত্তনা মনিং থুংখিবা ওম্বা নত্তে। নোংমগী মতুংদা থা, থাগী মতুংদা চহি, মথং মথং হৌখে। তৌইগুম্বস্থং মহাকনা নোম্বদা মাইওনশিনবা অদুদি থক হন্থদে। মুমিৎখুদিংদস্থ, থা খুদিংদস্থ, অমস্থং চহি খুদিংদস্থ মহাক্কী পুকনিং থৌগৎপগা লোইননা য়াম্না কন্না নোমদুনত্তা লৈখি। অস্থম তৌনা নোমদনস্থ মহাক্কী অরাবা থক পোক্তে। মীনা কান্নরোই হাইদুনা পুকনিং মরাই চাইনবা রাহৈ হাইবদা মানা থক নাচুংদে, রাদুনা রোইরবস্থ, মশা চোকথদুনা রোইরবস্থ, লাইরেক্তনবু রোইরবস্থ, মানা পাংগে হাইনা নিংলবা

খ্বাইদগী থোইদোক হেন্দোকপা কনশিনবা পুকনিং অদু কদৌওদসু কাইবা লৈতে। য়াম্না কন্না নোমথবগী মতুং কাইনথং অদুডদা মাগী নিংজমন পাংবা মতোল্লোমখি। হৌজিক্তি মৈখুগী পাজন্না চাওর-চাওরবা মৈহিনা য়াম্না পাকথবা সমত্রু লাম্হোক্তুনা থাপ্না থাপ্নরবা সহর ঙাইহক্তদা হজ্ংহন্দা চৎনরি। অদুগা মৈগী গাড়ীনা ঙাইহক্তদা থাপ্নবা মফম অমদগী অমা য়োনা চৎনরি; য়াম্না অমুক করি হাইগনি, ঐখোইগী শোইবা য়াত্রবা অয়ুক নুমিদাং চল্লিবা পোৎ, থাও, য়াম, শেল ময়েকনচিংবা পোৎ পুন্নমক ইন্না রাদানা থোকহল্লে। মৈখুনা তৌবগুন্না নোংথাংগী পাঙ্গনবু ইহাল হালবদা ফাদুনা খুদুম চনখিবা ওন্বা, মহাক অদুসু য়াম্না কন্না নোম্বতনা মনিং থংনা মহৈ য়ানখিবনি। মতুং কাইনথং অদুদা নোংথক্তগী নোংথাং লৈবাক্তা পুথদুনা মীরোইবগী থবক পাংননবা তৌহল্লি; মাসিবু হেক ইলাই লাইনা চিংথোকখিবা নত্তে। হৌজিক্তি নোংথাংগী অলংবা মঙাম্না লম্বিদসু ইঙাল ঙালহল্লে: ঐখোইগী কান্নকান্নরবা পাও মিৎকুপ অমতগী মনুংদা থাপথবা লমদমদা পুদুনা চৎহল্লে; ঐখোইগী অনা অয়েক কোকুনবা ফিরমদা নোংথাংবসু য়াওহল্লে। মতৌ অসুম তৌদুনা মীনা রাখল তৌদুনা লাম্বা ফংদ্রবা ঙক্রুঙক্রুবা থবক পুন্নমক অসি মীনা নোম্বা কনবগী পাজন্না চিংথোক্লে, মাদুগী য়াম্না ফরবা মহৈ অদুনা খ্বাইগী মখল মখা অয়াম্বা য়াইফনরি।

মী হাইবা অসি য়াম্না থোকুচন্না খংদবা ইপং পংবা (অসভ্য) মতা রোইনা লৈরম্বদগী থন্না থন্না থোকুচন্না খংবা (সভ্য) মতা রোইরক্লে। অসভ্য রোইরিঙৈদা, উখোং রাখোংদা অদুনত্রগা থাংবোক্তা লৈনরমই, লম্মক্কী শাতান্দুনা হাৎপনা হরাও কুম্মে রোইনরমই; শাতান্দুনা পুরকপা শা অদু চাদুনা পেন্নরমই, মহৌশানা লাইনা শেন্নম্বা তাইবংপাল অসিদা মশা রারুদানা ইলাই লাইনা ফংবা পোৎচৈ পুন্নমক অদুনা, মাগী মাগী অরাৎপা পুন্নমক পুমকোক কোকুরমই। মখোইগী লৌশিং শিংবা থন্না থন্না হেজ্ংলকপা মতা অদুগা লোইননা মখোইগী মতাসু হোংদোক্লক্লে। শোংখবা নারক্তা

লৈনফম, উকুনা ফীজেৎ, উথাদা অদুনত্রগা লোক্তা মুংঙাইনা হিপ্নফম, শাম্নফম ব্রোইরম্বা মখোই অদুনা, লৌশিং খরা খরা শিংলক-পনা, নিংথিজরবা সহর ( য়ুমফাল ) দা মখোইগী লৈফম, নিংথিজরবা ফুরা চোলান্দা শাম্নফম, ফজরবা ফীনচিংবনা ফজনবা লৈত্তেং ব্রোইদুনা নিংখিব। চাওখৎপা তানফম ব্রোইরে। মীব্রোইবগী নোম্বগী পাঙ্গন্না মতৌ অস্তুম তৌদুনা অফবা চাওখৎনফম ব্রোইরক্লিবনি। মখোইনা নোমদুনা খংলকপা ঙমজবমখৈ, মখোইগী অনোম্মনগী পাঙ্গন্না মরম মখা অয়াম্বা পোৎ শেম শাদুনা মখোইগী অব্রাৎপা পুম্নমক কোকুরি। মীনা হিরম অয়াম্বদা য়াম্না সভ্য ব্রোইরে হাইনা, উৎলিবা মফম অদুদা অব্রোইবমক মফম অদুদা, মীব্রোইবগী নোম্বা কনবতগী খুদিল ফংই। নোম্বা হাইবা অসি মীব্রোইবগী সভ্যতা ব্রোই-নবগী চিংথোকফম লমনি, অমস্তুং নোম্বা পামশিনবনা মীব্রোইবগী তাংজফমগী ইহাল হানবা লংজিন্নি।

মহৌশানা তল্লবা, নুমিৎচুপ্পা ইলেং লেংদবা অচৌবা লৈতুম য়োত্তুম গুম্না লৈবতা মপাম্লবা, মীশিং অদুদি নোম্ব। কল্লবদি মখোইদা য়াম্না কীনা থোক্লে, অমস্তুং থবক শুবা নোম্বা হাইবা অসি, য়াম্না তুক্কচবা তৌহৈদবা থবক্কী মশক ( পাপ ) নি হাইনা মখোইগী মপুক্তা রাখল তৌই। তৌইগুম্বস্তুং নোম্বা কনবা মীশিংদি নোম্বা হাইবা অসি, লাইনা পিনবিরকপা য়াইফনবা য়াথংনি হাইনি শিংখানৈ। নোম্নে নোম্নে হাইরগা মখোই অদুনা তরু তরুবা নুংঙাইফম ফংই। নোম্বনা মখোইবু তাইবংপানবগী য়ৈথাই থিনগাইবদগী ব্রাইশংবদা অমস্তুং কুমচুপ্পা ইন্নুং নুংঙাইবগী মশক ব্রোইরবা লৈপাক্তা পুবিরকপগুম্না থোক্লে। অব্রোইবমকনি নোম্বা কনবা মীদি মখোইনা পাইনিংবা থবক অমা পাইথবদা, থবক অদুনা লথা কনবা থবক ব্রোইদনস্তু, য়াম্না কল্লম্বা থবক অদুগুম্না য়াম্না হরাওবস্তু হেঞ্জিল্লি। য়াম্না কন্না নোমদুনা মখোইগী অফবা চাওখৎহল্লি। মখোই অদুদি নোম্বা হাইবা অসি অফবা তানখৎনবগী চিংথোকফম, অমস্তুং তন্দানা অচৌবা থবক পাংববু, মতিক মগুণ চাওরবা তম্নফম ( কলেজ ) নি হাইনা নিংই।

মখোইনা হন্দক্কী কলেজ অসিদা থবক ওম্বা তমই, উইনম কন্নবা হোৎনৈ, অমস্মুং পুকনিং থৌকৎপা, অদুগা থৌরাং চাওনবগী শাজেনস্ু ঔরাইহৌই। মতৌ অস্ুম তৌদুনা নোম্বা কনবা মীগা অত্তনবা মীগা পান্দন্নবা য়াদে। নোম্বা কনবা মীদি মখোইগী অকবা চাওখৎপা তানবগা লোইননা, মী খ্বাইগীস্ু অফবা থোইগৎনবা হোৎনৈ। অদুগা অত্তনবা মীনা মীওোন্দা নপচবগী মশক রোইদুনা য়ান্না নংনা মতম লেপ্লি।

ত্তাইবংপান্দা সাহিত্য য়ান্না হৈরে হাইদুনা মমিং চৎলবা, খুৎ-হৈবগী থবক্তা য়োনা ফদুনা ফাওরবা, বিজ্ঞান্দা, লল্লোম্বগী হিরমদা, থেংনা হৈ শিংলে হাইদুনা খংহল্লবা, মখোই অদু লাইরবা মচানা অয়াম্বনি। তৌইগুম্বস্ুং লৈত্তলাইরবগী অনংবনা মখোইগী তৌবা ওম্বা পাজল পুন্নমক অদু তেনশিনহনবা, কাইহনবা, হাইবদি মখোইনা অকবা থবক পামদুনা মাদু পাংনবা হোৎনবদা করিগুম্বা য়ৈথাই থিনগাইবা পুন্নমকপু নমথেকখি। মখোইগী আনোমন অদুনা লৈত্ত-লাইরবগী অরাবা পুন্নমক্কী য়ৈথাই থিনগাইবা পুন্নমক ইকোক কোকহল্লি। মখোইনা নোম্বগী পাজন্না নুংঙাই য়াইফবা অদুপকী মথৈ, তানশিনখিবা ওম্বা মাদুগী মতিক মমিং চৎখিদুনা মী খ্বাইনা য়ান্না ইকাই খুম্নে। মীনা করিগুম্বা হিরম অমা পাংগে হাইদুনা হোৎনবদা অমুক্তং কান্নদ্রবদি, লাইবক্তা তাইনদুনা খুৎ থাদুনা নিংঙাইদানা লৈগল্লি। তৌইগুম্বস্ুং থবক পাংবা ওন্নবগী হিরমময়াম লৈবা অদু থিদুনা, মাদু পাইদুনা হোৎনগে নিংদে। থৌফমদা থবক তৌদুনা লৈরিবশিং অদুনা, হৌজহৌজ থোকখিবা ময়াম উখ্রবা, অমস্ুং নৈনন্নবা মখোই অদুতনা, লাইবক হাইবা অসি নোম্বা কনবা মীগী মীচং চংই হাইনা খংই। হি হোনবা য়ান্না হৈরবা মীনা সমুদ্রগী নুংশিৎ মরম, অমস্ুং ইথৎ পরেং ওমজদুনা চৎনিংবা মফমদা হি থুংবা ওম্বা অদুগুম্না, নোম্বা তন্দবদি মাওোন্দা য়েৎলবা পুন্নমক নমথেক্কুনা, মাগী তাংজফম ফগদবমথৈ রাইথুংদুনা মচিন থংনা চংশিল্লি। ঐখোইগী লৈপাক্তা ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগর, ভূদেব মুখোপাধ্যায়,

রামদুলাল সরকারনচিংবা থোইদোক হেন্দোক্লবা নিপাশিং অসিন্দু লাইরবা ইমুংগী মচা ওাক্তনি। লৈতলাইরবগী অরা অনা পুন্নমক য়াম্না রানা খাংখিদুনা মমৈ অদুদা নোম্বগী পাজন্না মখোই পুন্নমক য়াম্না লাইবক ফবা ওমখি।

বাঙ্গালা লৈপাক্কী থ্বাইনা খংদবা করিস্নু লৈতবা লৈকাই অমদা ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগর পোকই। মহাক্কী মমা মপা য়াম্না লাইরৈ, কলিকাতাদা থবক তৌজদুনা তলব খজিক্তুং ফংজবা অদুনা মাগী ইমুং মনুং য়াম্না রানা য়োকই। তৌইগুম্বসুং বিদ্যাসাগরনা মাগী য়ুম পানবগী অনংবা অদুনা, মাগী তৌনিংবা হিরমদা হনবা, থৌরাংকাইবা থক তৌদে। নহা ৱোইরিতৈদা মাবু মহৈ তমসন্নু হাইদুনা কলিকাতাদা পুরক্কে। মপুনশি চুপ্পা নংলবা মপানা, মচাগী নুংঙাইনবা তৌবি-।খবা ওমখিদে। নহা রোইনা নংলবা ঈশ্বরচন্দ্র কৌবা নহা অদু, অনংবনা য়েৎশিল্লবা মপাগী মনাক্তা লৈদুনা লাইরিক তম্বদা মথৱাই য়াওরক্কে। য়েথাই থিনগাইবা ময়াম থোকখি, মাদু পুন্নমক মানা করি অৱাঅনা থৌশাদানা তৌই। মরক মরক্তা অৱাবগী য়াক্লবা মৈশানা মহাক্কী থম্মোই অদু ওৌখি ; মাদুদস্নু মানা মাগী তপথবা অদু থক নাম্মোকহন্দে। নংলবা নহা ঈশ্বরচন্দ্র, সংস্কৃত কলেজদা চংলে, অমসুং য়াম্না ৱানা নোমদুনা সংস্কৃত লাইরিক মথল মথল তমদুনা হৈরক্কে। মহাকনা অৱাবা খাংবা কনবদা মাইওন্দে, নোম্বা কনবা থাদোক্কে, অমসুং খুজিন থৌরাং হাংদুনা মশা অরেম্বদা লৈহন্দে, তৌগদবা থবক তৌবদা কোমথোকপা ৱৌখিদে। মতুং অদুদা লাইররবা বামন মচা অদু নোমজমনগী মহৈ ফংলক্কে। মানা সংস্কৃত য়াম্না হৈদুনা ওঝা অমগী থবক অমা ফংজরে। মথং মথং মাগী অফবা তানখৎলকপা হৌরে। মমৈ অদুদদি সংস্কৃত লাইরিক তম্ফম শংগী মপুগী ফম ফংলে। মতম অমদা লাইরবগী খাংবা ওমদবা অৱাবতনা লেল্লক্লবা মহাকনা, কন্না নোমখিদুনা মথল মথা অয়াম্বা লাইরিক হৈখিদুনা, সরকারগী অচৌবা লাইরিক তম্ফমশং অমগী মকোক ইথং থংবা ফম অমা ৱোইখি। অদুগী মতুংদদি মহাকনা থ্বাইনা তৌনবা

ওমখিদ্রিবা ইচং থৌবগা লোইননা মাগী অচৌবা ফম অদু মশানা থাদোকখি। মতম অদুব্রাইদা মানা লেংদুনা ইজবা মাগী মরম্নাই লাইরিক ময়ামনা মরল মথুম য়াম্না ফংবা হৌরক্লে। লাইরবগী অনংবা অদু মানা থক কাউদ্রি; থাংবোক শেগাইবদা লৈবা লাইরবগী অনংবা মতা অদু মাগী খোইজিদা য়েক্কুনা থমই; মরম অদুনা মতম অদুদা লল তান্দুনা লাইরবগী অব্রাবা কোকহনগে হাইদুনা হোৎনরক্লে।

হন্দক্কী নোংশা মানবা নিপা অসি লল কৎকনবদস্তু, লাইরিক হৈবদস্তু, অমস্তুং পুকচেল তিংনা চাওবদস্তু, মুৎপা য়াদ্রবা মমিং থম্নম্লে। নোমদ্রিঙৈনা হান্নবা ৱারবদি কৈদৌঙৈদস্তু মহাকনা অসিগুম্বা ইকাই খুম্নফমগী মপু ৱোইজবা থক ওম্লোইদবনি, অমস্তুং মী খ্বাইনা কদৌঙৈদস্তু ভক্তিগা লোইননা মাবু নুংশি থোজানচাওবা হাইদুনা মহাক্কী থোইদোক হেন্দোকখুবা মিংচৎ অসি শন্দোক্কুনা শকুরোই-দবনি।

ভূদেব মুখোপাধ্যায় লাইরবা ওঝা অমগী মচানি, মাগী মপানা কলিকাতাদা লৈদুনা শিক্ষক্কী থবক তৌরমই। থবক ইংখাংনচিংবগী বার্তন য়াদুনা চৎলু লাক্লবদা মীনা কৎলক্কুনা খরদং ফংজরকপা অদুনা য়াম্না ৱানা মচাগী ইংরেজী তম্নবা চাদিং ৱোইজে। ভূদেবনা মপা লাইরবগী মথক্তা পুম্নমক ইনল নর্নাশবা তৌদানা য়াম্না ৱানা নোম্বগা লোইননা মহৈ তম্বা হোৎনৈ। মানা মহৈ তক্ষমদা অয়োকশেল (বৃত্তি) খরদং ফংজবা অদুনা মহৈ তম্বগী চাদিং ৱোইহল্লি। অদুম তৌদুনা মানা য়াম্না কন্না তমশিন্দুনা ইংরেজী হৈরে। তৌইগুম্বসুং লাইরবদি কোকপা ওমদ্রে। মহাকনা লল লৈতবগী অনংবা অদু কোকুবা হাইদুনা ইংরেজী তম্বিবগী শিক্ষক্কী থবক অমা তৌজরে। হন্দক্কী মানা ফংজবা থবক অসিদা য়াম্না কন্না নোমদুনা থবক তৌবা অদুগী মতিকস্তু য়াম্না হৈশিংবগী মনিনস্তু ফোংদক্কুনা মথং মথং অচৌবা ফমদা থাংগৎপিরে। অদুগী মতুংদা ভূদেব থোকুচম্নথংবা লমগী (শিক্ষা বিভাক্কী) অচৌবা ফমদা কারে। মাদুদা মাগী লল য়াম্না কারকপা অদুগুম্না মাগী ইকাইখুম্নবস্তু, অফংবা ফমস্তু মরা তাখে।

লাইরবা বামনগী মচা অদু নোম্বা কনবগী মপান্না ইংরেজী তম্বিবগী অক্ষবা শিক্ষক ৱোইনা ৱোইনা সংস্কৃত লোল নৈনবস্থু খক লাইরেক্তে। মহাকনা অহানবদা সংস্কৃত কলেজদা সংস্কৃত তম্বা হোৎনখি। অদুগী মতুংদা সংস্কৃত থাদোক্তুনা ইংরেজী তম্বা হোৎনখি। তৌইগুম্বস্সুং মানা সংস্কৃত পামজবা অদুদি খক হস্থুদে। মহাকনা য়াম্না হোৎনদুনা সংস্কৃত নিংথিনা হৈজরে। মতৌ অস্সুন্না তৌদুনা সংস্কৃত অমস্সুং ইংরেজী লোল অনিমক্কী লাইরিক নিংথিনা হৈদুনা, মানা অয়াম্বা হিরম তারক উরক্তুনা খংবা অদুগী মতুং ইন্না, মানা খংশিল্লকপা লৌশিং মখৈনা মী খ্বাইগী থোইদোকনা কান্নখি। মহাকনা, মানা লেংবা লাইরিক্তা য়াম্না মন্নুং হুঞ্জিন্না উশিনবা, অমস্সুং অরুবা হিরম য়ুম্না খংবগী খুদিল খংহল্লমই। অমস্সুং সংস্কৃত লোনগী লাইরিক লাইগু অক্ষবা চাওখৎনবনে, অমস্সুং মাইবগী হিরম লাইরিক (আয়ুর্ব্বেদ) চাওখৎনবা হাইদুনা লুপা লাক অমদগী হেন্না কৎলমদুনা মতম ক্লিনা কাওদনবা তৌরম্লে।

লনগী মশক ৱোইরবী লল্লোম্বগী থৌজাম্না রামদুলাল সরকার য়াম্না নুংঙাইদুনা, ময়াইকাবা খুবম ফংখি। তৌইগুম্বস্সুং মহাক্তি মমাং-ঙৈদদি য়াম্না নংবা মীৱোই মতা ৱোইরমই। মহাকমক্তি কলিকাতাগী মনাক্তা লৈবা খুল মচা অমদা পোকই। লাইরবা মচানি, মপাগী মরল হাইববু করিস্থু লৈত্রবা উনা শীংনাগী খাংবোক মখোইনা লৈনৱিবা অদুনক্তনা, অতৈ করিস্থু লৈজদে। মানা য়াম্না নহা ৱোইরিঙৈদা মমা মপা অনি শিখ্রে। মপী মপা লৈত্রবা রামদুলাল মাগী করি তৌনিং ঙাই লৈত্রদুনা, মাগী মমা পোকপা মপুনা লৈবা কলিকাতা য়েনা লাকচরে, মপুগী য়ুমদা তাংজদুনা লৈরে; মপু অদুস্থু য়াম্না লাইরৈ, নিতিগী চেং খুয়া অমমম কোইনি নিদুনা (ভিক্ষা) চাবা নত্তনা তৌনিংঙাই থৌরাং অতৈ লৈত্তে। মতম অদুদা রামদুলালগী মমা পোকপা মবেম্বোক অদু, কনাগুম্বা ইনাক খুনবা মী অমগী ময়ুমদা চাকথোংবীগী থবক অমদা চংলে। ৱামদুলালস্থু ইনাক খুনবা নিপা অসিগী ময়ুমদা য়োক্লে। থরা লৈরবগী মতুংদা অসাইগী ইনাক খুনবা

নিপা অদুগী থোজাম্না সরকারি থবক ( দোকানগী খাতা ইবা ) অমা তৌজহল্লে। থবক অসিদা চংলগা মানা লম কোইচৎ চত্তুনা শেনস্থু থোগত্তুনা পুরকই ; মরম অদুনা মশানা য়াম্না কম্না নোমই। তৌইগুম্বস্থুং অস্থুম তৌনা মশানা য়াম্না কম্না নোক্ষম থোকপা থবক রোইদনস্থু মানা নোম্বদা থক মাইওন্দে। মতম অদুরাইদদি কলিকাতা মনাক্কী লমদম অদু ইকোক কোক্তুনা রাই ইশংশংনা লৈবা নত্তে। হুরানবা, মুন্দুনা লাক্তুনা চাবা ( ডাকাতি ) য়াম্না লৈনরম্বা মরম্না, লংফৈ চৎপা মীশিংস্থু মক্ষম অমদগী মক্ষম অমা য়েৌনা চৎপা থোকপা য়াম্না কীনরমই। অয়াম্বা লমদমদা নারক মোংশোং য়াম্না শোংলম্বনে, মীস্থু য়ুম তানরমদবনে, লম্বি ইংথাং চৎলাকপস্থু কীনবা হেল্লমই। অস্থুম তৌদনস্থু রামদুলালনা কীদুনা, মানা তৌগদবা মথোদা থোশাদবা তৌদে, মহাক্তি নোম্বা কনবা অদুগুম্না খুজিল থোরাংস্থু চাওই। মাগী মীতা অদুনা থাজগদবা মীতা রোইবনে থবক্কা পাম-শিনবনে চপমান্নৈ। হুমিৎ চপয়ুংবগী অকনবা হুংশাগী মৈশানা মকোক মথক্তা মৈরিক চাইথবা অদু মঙাইরবা, মাদুগী মরক্তস্থু মানা নোম্বগী অরাবা থক নাইদবা ; রাকচিংগী অহিংগী রুল ময়াম অদুনস্থু মাগী খুমিৎতাং করিকরা হিকদোকহল্লবা, মাদু য়োদুনস্থু মানা নোম্বা অদু থক থাদোক্তে। মতৌ অস্থুম তৌনা মানা কনশিন্না নোম্বনা মাগী মপুগী মপুক পেল্লদুনা হুংঙাইহনবা অদুগুম্না থাজকমস্থু রোইহল্লি। নোংমদি লিলামদা করিগুম্বা পোৎঅমা অপাননা লৈরু হাইদুনা মাগী মপু অদুনা য়াথংপিখি। তৌইগুম্বস্থুং মানা থুংলত্রিবৈদা পোৎ অদু য়োম্থোকখিরম্লে। মাদুদা মানা মপুগী য়াথং নত্তবা ইশিংদা লুপ্তুনা লৈবা মৈহী অমা লিলামদগী ওক্তুনা লৈরে ; মতুং অদুদা ইউরোপীয়ান অমনা য়াম্না হন্দোকনিংবা মতৌ উরদুনা লুপা লিশিং তরা শেন্দোং লৌদুনা য়োম্থোকখ্রে। রামদুলাল লুপা অদু পুদুনা মপুগী মমাংদা থমদুনা পিরে। মাগী মবুংঙো অদুস্থু পুকচেল ইত্তিং তিংদবা মীতা নত্তে। মহাকনা রামদুলালগী মীথ্বাইদগী হেক্লিম্না নোম্বা কনবা অমস্থুং লীলুপ নাইদবা পুকচেল মতা অদুগী মনা পিবগী মশক রোইনা,

অসাইগী লুপা অদু রামদুলালদা পিথোক্লে। রামদুলাল লুপা লিশিং তরা অদুনা লল্লোম্বা হৌরক্লে। নোম্বা কনবনা লল্লোম্বদা মাগী নোংমনোংমগী চাওখৎলকপা হৌরে। থম্না লৈরক্লবা মতম অদুরাইদদি মাবুস্থ ইনাক খুনবা অচৌবা অমনি হাইনা শিংথানরে। কন্নিস্থ লৈতবা য়ুম শেগাইবদা পোক্লবা অমস্থং লৈতলাইরবনা ষেংশিন্দুনা নংনা চাওরক্লবা মহাক অদুনা মমৈ অদুদি অনোম্মম্না য়াম্না ইনাক খুনবা অচৌবা মী রোইদুনা মরৈপাক অদুদা য়াম্না মম্নিং চংখি।

অফবা লম্বিদা লৈদুনা নোম্বা কল্লবদি, মতৌ অস্থম তৌনা লাইবক ফবা ওমই। মীরোইবা হাইবা অসি অতনবনা গুঙ্কাত্তুনা লৈরবদি, কৈদৌঙৈদস্থ অফবা চাওখৎপা তানবা ওম্বা নত্তে। লৈন্নুংদা অওানবগী মশেক চংবা ওমদবা অদু গুম্না, অতনবগী চোকথবা পুকনিং অদুদস্থ ইচংথোবগী মশক রোইরবা পুকনিং লীচিং অমতা রোইবগী মন্নিকস্থ চংবা ওমদে। মহাক অদুদি পুকনিং থৌগৎপা লৈতবা অমস্থং অতনবা ময়াম্না কুপশিন্দুনা মতোমদগী হকচাং অদু য়াম্না লূম্না পুদুনা চৎলি। তাইবংপানগী থংবদা রানা থোক্লবা লৈশেম নুংশেম্বগী মরৈ মতা য়ুম্না থিদুনা, মীনা নোম্বগী পাঙ্গম্না ওক্লওক্লবা থবক ময়াম পাংলি, তৌন্নি, হাইবা অদু উদুনস্থ অতনবশিংনা অমুক নিংশিংঙবা খংবা লৈত্রে। অতনবগী থৌজাম্না মাগী পুকনিং থৌগৎপা অদু লুপহনখি, নোমনিংবা পুকনিং মাংহল্লি, অমস্থং মীরোইদুনা হিংদুনা লৈবগী পাঙ্গনস্থ পুমলৈলৈতবা অদু মওাই। তৌইগুম্বস্থং তাইবংপান্দা নোম্বা কল্লি হাইদুনা খুদিল উৎলিবা, খুজিল তৌরাং রাৎপা তৌদানা, পুকনিং থৌগৎপা য়াওদবা তৌদানা, তৌফম থোকপা অপান্নবা হিরম অদুদা পুকনিং লীচিং অমতা রোইরিবা, মখোই অদুগী থম্মোই অদু ইশেং শেংনা নুংঙাইবগী য়াকাবুং রোইবা অদুগুম্না, মখোইগী থবক মথং মনাওস্থ মতৌ অদুগুম্না অতৎপা লৈতনা য়াইফনাবা হল্লি। পান্দম অমদি মুমিংকী মশেক থাদা য়ৈরগা থানা ওাল্লি, থা অদুগী অমেংবা থাবম্না তাইবংপানবগী অমম্বা কোকই, মতৌ অস্থম্না মখোইগী পুকনিংদা

নোম্ববু থাজবগা লোইননা মন্নুং হুঞ্জিন্না পামখিবা অদুনা, মখোইনা তৌথিবা থবক্কী য়াইফবগী মশক রোইরবা মহৈ অদুনা মী খ্বাইগী মমাই খুরম্বা অদু কোকই। মখোইগী মপাল খ্বাইনা কান্নদুনা অতৎপা লৈতনা মগুন শকণ্ণোন্নদুনা লৈ।

---

# নোংমৈ শীংজংতাবা।

নোংমৈ শীংজংতাবগী মরুদি নোংথাংগী ইচেস্তননি। নোংথাং মথল অনি শুই তিনশিনবা (ধনতারিত লাবা), খাইদোকপা (ঋণ-তারিৎ—অমোম)। মথল অনিমক অসি চাওরবা তাঙ্ববংপানগী পোৎ পুন্নমক্তা ইয়াওয়াওরি। নোংথাং লাবা, অমোম জাত অনিমক্কী লীচত্তি অসিনি, মখোই অনিমক অমগা অমগা চিংশিন্নবা পাঙ্গল লৈ, হাইবদি, করিগুম্বা পোৎ অমদা নোংথাংলাবা লৈরবা, অদুগা মাগা নকুবা পোৎ অমদা নোংথাং অমোম, অদু লৈইরবদি মখোই অনি-মক্কী মরক্তগী অমনা অমদা অমনা অমদা মহৈ মহৈ চিংশিন্নগদবগী কন্না হোৎনৈ। তৌইগুম্বস্নুং নকুণ্বা পোৎ অনিমক্তা নোংথাং জাত অমতা লৈমিন্নরবা, অদু রোইরবদি পোৎ অনি অদু অমদগী অমা অমদগী অমা মহৈ মহৈ খাইদোক্তুনা তাই। হাইরিবা চিংশিন্নবা খাইদোকনবা অসি নোংথাংগী থোইদোকপা হৌনবীনি।

নোং মতুম অনিদা নোংথাং জাত তোংগুান তোংগুানবা লৈরবদি, মথল অনিমক অদু অমগা অমগা চিংশিন্নগদবগী হোৎনৈ, মাদুগী তিনশিন্নবা মতম অদুদা নোংথাংগী ইলংলংবা মরিক মহি নাইনা জিরি জিরি চেল্লি মাদুবু ঐখোইনা "নোংথাংকুপ্পা" কৌই। নোং অনিমক্কী নোংথাং মথল অনি অদু তিন্নরে হাইরগা য়াম্না কন্না অগুানবা মৈশা হেক পোকথাইদুনা, অনিমক্কী মরক্তা লৈবা নুংশিৎ মপৈ অদু, ইচাইচাইখাইদুনা থৈদোকই; মাদুদা থোকপা মখোল অদু নোং গুংবা, নোংখোংবা, নোংথাকপা কৌই। নোংমৈশীংজং

তাবস্থ অসাইগী তোংঙান তোংঙানবা নোংথাং জাত অনি অদুনা তিন্নদুনা থোকপনি, হাইবদি, মথক্তা হাইখিবা পথাপ অসিগুম্না নোংথক্লী নোংথাংনে, লৈপাক লৈন্নুংগী নোংথাংনে, অমগা অমগা মহৈ মহৈ মাগী মাগী রোমদা চিংশিন্নদুনা তিন্নগদবগী কন্না হোৎনৈ, মতৌ অস্থম তৌদুনা লৈপাক্লী নোংথাং অদু নোং লৈবা মপাগী লৈপাক অদুরাইদা য়াম্না হেক পুনশিল্লগা, মাদু তন্না নোংথক্লী নোংথাং অদু শর শর ইচেল কন্না হেক নাম্ভরক্লুনা হেক তিল্লি, মাদুবু "নোংমৈশীংজং তাবা" কৌই।

মন্নুংদা নোংথাংগী ইচেল হন্দোক হঞ্জিল ইলাইলাইনা চৎপা ওম্বা পোৎ য়াম্না লৈ। মাদুগুম্বা পোৎ পুন্নমক অদুবু নোংথাং চৎপা য়াবা পোৎ কৌই। মন্নুংদা নোংথাং চৎপা য়াদবা পোৎ অদুনা নোংথাং চৎপা য়াদবা পোৎ কৌই। শনা, লুপানচিংবা পোৎ ( ধাতু ), সমক্রুগী ইশিং, বুল, অহিংবা পাখি, অচংবাপোৎ, লৈনিংকাবা লৈপাক, অমস্থং মুং, অসিনচিংবা পোৎকী মন্নুংদা নোংথাং নিংথিনা হন্দোক-হঞ্জিল চেনবা য়াই ; অদুগা শম, তু, মিংশেল, হীরা, মনি, মুগা, অকংবা চে, অসিনচিংবা পোৎকী মন্নুংদা নোংথাং হন্দোকহঞ্জিল চেনবা য়াদে। মন্নুংদা নোংথাং হন্দোকহঞ্জিল চৎপা য়াদবা পোৎনা নোংথাংগী খোংচৎ ইতত্তানা কাইহল্লি। ধাতু মতুপ অমা নোংথাংগী ইচেন্দা লৈবা থোক্লবদি, ধাতু খরা শাক্তে হাইবতা মওাই। তৌ-ইগুম্বস্থং লিক্লি মচেৎ অমা নোংথাংগী ইচেন্দা লৈরবদি, লিক্লি অদু ইতোই তোইনা কাই। নোথাং য়াম্না নিংথিনা হন্দোকহঞ্জিল চৎপা য়াবা পোৎ অদু, লমদা চানা নিংথিনা থোরাং তৌদুনা থম্নবদি, নোংমৈশীংজং তাবগী কীনবা কোক্নবস্থ য়াই।

নোংমৈশীংজং তাদনবা ওস্তোক ওস্তোকপা পথাপ মমাংতৌদা তৌনরমই। য়োৎনা মচিল তুমদুনা লৈনবা য়ুমগী মথক রোইরপনা য়ুংদুনা নোংমৈশীংজংতাবা শেম্নবা তৌবা পথাপ অসি, হৌজিক্তি মফম খুদিংদা য়াম্না তৌনরে। মাসিবু নোংথাংগী ইশৎচৈ ( তাড়িত-পরিচালিতদণ্ড ) কৌই। আমেরিকাগী নিংথিনা ফাওথবা পোৎলম

থৌরমগী মরী য়াম্না মুন্না খংলবা ডাক্তার ক্ৰাকলিননা হন্দক্কী য়োংকা চৈ অসি শিজিন্নবা পথাপ ইহানহান্না চিংথোকখি। অসাইগী ইশংচৈ অদুগী মতোল তুম্বনা লৈপাক্কী নোংথাং অদু মচিল অতুম্বা অদুদা খরা খরা থোকখিদুনা নোংদা লৈবা নোংথাংগা তিন্নখি। থবক থবক অদুনা লৈনবা য়ুমদা নোংমৈশীংজং তাবা ওমদে। নোংথাং জাত অনি-মক্কী ময়াইদা নোংথাংগী ইচেল চংপা য়াবা পোং লৈরবদি, পোং অদুগী মনুংদা নোংথাং চত্তুনা নোংথাং জাত অনি অদু হেক হেক তিনশিন্নদুনা পুনশিন্নখি হাইবা অসি, হৌজিক্তি মুন্না য়েংদুনা (পরীক্ষা তৌদুনা) খংলে। মাদুগী মরমদি, মনুংদা নোংথাং চংপা য়াবা পোংনা নোংথাং শাগৈ অনি অদু তিনশিন্নবদা করিস্থ পনবা লৈতে। তৌইগুম্বসুং মনুংদা নোংথাং চংপা য়াদবা পোংনা নোংথাং লাবা অমোম অনিমক্কী মরক্তা লৈরবদি, ইলাইলাইনা মথোই অনি অদু পুনশিন্নবা য়াই। মরমদি অসাইগী নোংথাং চংপা য়াদবা পোং অদুগী মনুংদা নোংথাং হন্দোকহঞ্জিন চংপা য়াদবননি। নোংথাং জাত অনিমক য়ান্না য়ান্না পোং অদুগী য়েংলোমব্রোইরোমদা লৈনরবদি, মহৈ মহৈ ইচেল য়ান্না কন্না চিংশিন্নদুনা মরক্তা লৈবা পোং অদু ইতোই তোইনা কাইহন্দুনা, য়ান্না কন্না হেক হেক হোংশিন্নৈ। মাস্তুম তৌনা হোংশিন্নবা থৌদৌ অসি হেক হেক শিবা য়াবা থৌরোংনি। অমস্তুং য়ান্না অরাবা তাকমনি। মরম অসিনা মনুংদা নোংথাং ইলাইলাইনা চংপা য়াবা পোং অদুনা মফম চানা শেমদুনা নোংথাংগী ইশংচৈ থন্নবদি, নোংমৈশীংজং তাবগী কীনবা কোকপা য়াই। ইশংচৈ লৈরবা মফম অদুদি নোংথক্তস্থ, লৈপাক্তস্থ, নোংথাং য়ান্না পুন্নবা ওন্নদে নোংথাং চংপা য়াবা পোং অদুদা খরখরদং চংশিন্দুনা তিনখি। থবক থবক অদুনা খংহৌদানা হেক তিনশিন্দুনা খদোংথীবা থোক্কনি হাইবগী কীফম লৈতে। লৈথাগী নোংথাংতনা অসাইগী য়োংকী ইশংচৈ অতুম্বা মতোল থংবরোমদা খজিক খজিক থোকখিদুনা নোংগী নোংথাংদা তিনখি। থবক থবক অদুনা ইশংচৈ অদু লৈনরিবা য়ুমগী মশাগা শন্নহনবা হৌনৈ। ইশংচৈ অদু য়ুমগী অপিক অচৌগী মতা য়েংনা

ৱাংচাওবা অমস্থং য়ুময়াংগী মথক ৱোইরপনা ৱাংনা চপ য়ুংনা থদ্রে। চৈ মতোল অদু য়েক্তুমগুম্না মচিন ভুমহনবা হৌরৈ, মাসিনা কান্নবা মথল অনি শুই, অমনা নোংমৈশীংজং তাবা কনবা, অমনা কনবা ওন্নৱোই-দবা লৈরবদা লৈনন্নিবা য়ুম অদু কনবা। মতোল অতুম্বা অদুদা নোংথাং মতম ক্লিনা লৈবা ওমদে, থুনা থুনা শন্দোকখিদুনা নোংদা লৈবা নোংথাগা হেক হেক তিনখি।

য়োংকী ইশংচৈ য়ুংলিবা অদু লৈপাক্তগী য়ুমথক ফাওদোকনা য়ুংবা মরম্না, লৈপাক্তা, য়ুমদা লৈবা নোংথাং অনি মক অমুক্তরোইনা থোকখিদুনা, মাইকৈ মরি মক্তা শিনখিদুনা, নোংদা লৈবা নোংথাং-গা তিম্নখি, অমস্থং মাদু হাইথুকপা য়াবা থোৱাং লৈহন্দে। মরম অদুনা মাদু তৌবা য়ুম অদু নোংমৈ শীংজং তাবগী অকীবা কোকই। করিগুম্বা লৈপাক অমস্থং য়ুমগী নোংথাংনা য়ামশিন্নক্তুনা অসাইগী মচিন অতুম্বা অদুদা থোরক্তুনা চাইথোক্‌খিবা ওমদবা থোক্লবদি, নোংদা লৈবা নোংথাংগী ইচেল অদু মতোল অতুম্বা অদুদা তারে, অমস্থংচৈ অদুগী মনুংদা নোংমৈশীংজং তাবা থাম্বা ওমদ্রবস্থ, য়ুম অদুদি শোক-হন্দানা থমই। অহিংবা পাম্বিনচিংবস্থ নোংথাং চংনবা পোং ৱোই-ৱবস্থ মথোইগী মতোল অদু ইতুম ভুমদে হাইদুনা লৈপাক্তা লৈবা নোংথাং অদু থোরক্তুনা থুনা শন্দোকপা ওমদে। অমহিকস্থং নোং-থাংদি অহিংবা পাম্বিগী মনুংদা চংকনবনিনা থক-থা অনিমক্কী নোংথাংস্থ মপা অদু তম্না ফুজিন্নে, মরম অসিনা হৈপাল উপান্দা নোংমৈশীংজং য়াম্না তাগল্লি। ডাক্তর ফ্রাঙ্কলিননা হাইবদি নোংথাংগী ইশংচৈ লৈত্তবা লমদাগী য়ুমদদি য়ুমগী মাচ ময়াদা লৈবা তৌদানা য়ুম অদুগী অহাংবা ময়াইদা লৈবনা ফে; মরমদি নোংথাংদি য়ুমগী ফক্লাংনচিংবদা ফাওদোক্তুনা পোক্লল্লি। য়ুমগী মপাল থংলপ্পা থাতুগী পোং য়াম্না লৈরবদি, অসাইগী নোংথাংগী ইশংচৈ অদুগা শম্নহন্না থম্বনা ফে।

নোং অমদগী নোং অমা য়োনা নোংথাংনা চংপা মতমদা ঐথোইগী ইন্দ্রিনা, মশকস্থ মথোলস্থ উবা, তাবা ফংই। তৌইগুম্বস্থং নোংথাংগী ইশংচৈ মতোন্দা নোংথাং চংপা মতমদদি উবা তাবা ফংদে। মাসি

করিননো হাইবা, ইলাইলাইনা থংবা ওমদে। নোংগী ওমখৈ মচিল ইতুমতুম্বা নত্তে, অমসুং নোংথাংগী চৎকম থোককমন্সু ব্রাইশংবা লম নত্তে, থবক থবক অদুনা মাদুদগী নোংথাং হেক হেক চথোক্লক্তে; মথং মথং তিনশিল্লক্কুনা হেঞ্জিন্না য়ামশিল্লক্লবতদা নোং অমদা লৈবা নোংথাং অদু অতোপ্পা নোং অমদা লৈবা নোংথাংদা তিনখি, মতৌ অসুম তৌনা মতম অমতদা নোংথাংনা মুংশিৎ হাইখাইদুনা, ফাওদোক্লক্লবতদা মণ্ডাল অমসুং মখোল অনিমক থোরকই। অমরোমদনা নোংথাংগী ইশৎচৈ অদু মচিল য়াম্না তুম্বা, অমসুং নোংথাংগী ইচেল চৎকম খুদোং চাবা পোৎ ব্রোইবা মরম্না, লৈমুংগী নোংথাং অদু মাদুদা ক্লিনা পুন্না লৈবা য়াদে: নোংথাং থরদং হেক তিনবগা মচিল অতুম্বা অদুদা থোকখিদুনা নোংগী নোংথাংগা তিনখি। থবক থবক অদুনা অসাইগী অদুগুম্না মণ্ডালসু, মখোলসু থোক্তবনি।

য়ুমদগী কয়াহাক্না থাপ্পানা য়ুবি, কোনানচিংবা অরাংবা পাম্বি হৌরবসু য়ুম অদুদা নোংমৈশীংজং তাবগী অকীবা কোকৈ। মথক্তা হাইখ্রে, অহিংবা উনচিংবা পাম্বি নোংথাংগী ইচেল চৎপদা পন্দে, মরম অদুনা নোংদগী নোংথাং অদু পাম্বি অদু তম্না হাইথরকই। থবক থবক অদুনা য়ুম্নচিংবদা করি থোইদোকপা ফত্তবা তৌদে।

থাইনা মমাংঙৈদা করি করি গুম্বা লৈপাক্কী মীনা, ইশিংনে, লৈপাক মমুংদা লৈবনে, মরম অনি অসিনা নোংমৈশীংজং তাবা শেল্লি; ইশিংনা নোংমৈশীংজংগী মৈ মুৎহনবা য়াই, লৈপাক মমুংদা লৈরগা মমুং অদুদা নোংমৈশীংজং চংবা ওমদে হাইনা নিংনরমই। মাসি থাজনবা মরম্না মী অয়াম্বনা লৈমুংদা লৈনরমই। করি করি গুম্বা মফমদা লৈনরিবা লৈমুং অদুগী মথক্তা ইশিং পিকথন্না থম্নবসু য়াওই। নোংথাং লৈমুংদা চংবা ওমদে হাইনা থাজবশিং অদু চুমদ্রবসু, মরোল অনি অহুম গুবা য়ুমদা লৈববুদি লৈমুংদা লৈবা য়ুম অদুনা হেম্না নোংমৈশীংজংতাবগী অকীবা শেল্লি হাইবা অসি অথংবশিংসু য়াই।

মমাংঙৈদা থ্রাইনা সিন্ধুঘোটক অমসুং লিনগী মকুনা নোংমৈশীংজংতাবা শেল্লি হাইনা থাজনরমই। মরম অদুনা রোম লৈপাক্কী আগন্তস্

কৌবা নিংথৌরেননা, সিন্ধুঘোটক্কী মরুম্না শাবা দম্বুর শিজিন্নৈ। ফাসকী করি করিগুম্বা চিংদা লৈবা শাশেনবা মীশিংনা মাগী মাগী টুপিদা লিল মকুনা কুপ্লে ; থৌরম অনি অসিনা নোংমৈশীংজং তাবা শেল্লি শেন্দে হাইবা হৌজিক ফাওবা অরেপ্পা থংদ্রি।

নোং নুংশিংকী মতমদা অহাংবা লৌবুক লক্মাংদা য়ুমকৈ ইলৈ লৈতবা মফমদদি য়াম্না তপথনা চেকশিন্না লৈগদবা রোই। নোংথক্তা নোংনুংশিংকা লোইননা য়াম্না লাক্লবা, নুংশিংস্থু য়াম্না শিংলবা, নোংস্থু য়াম্না তারবা, অদু রোইববদি লক্মাং অদুগী নাপি মরক রোইনা তৌবা মফমদা হিপ্তুনা লৈবা হৌনদবা থবক নত্তে। মতা অদুগুম্না থোক্লুনা কোকথক্তা নোংমৈশীংজং তাগনি হাইনা নিংলবা, মাদুগুম্বা লমদমদা লেপ্তুনা লৈরবদি, মফম অদুগী পোৎ পুম্নমক্তগী অরেপ্পা মী অদুনা খ্বাইদগী হেন্না রাংবা থোক্লবনিনা লক্মাংদা লোপ্লিবা মী অদুগী মকোক্তদা নোংমৈ শীংজংতাবা য়াই। নোংয়াম্না খোংলিউদা উখাদা লৈবস্থু য়াম্না রাখল লৈতবগী থবকনি। হন্না হন্না হাইথে, পাম্বি হাইবা অসি নোংথাংগী হন্দোক হজিন চৎপা য়াবা পোৎনি। অদুগা ইশিংনা চোৎলগা মাগী হন্দোক হজিন চৎপস্থু য়াম্না রাইশংবা হেন্জংলি। মবম অদুনা পাম্বিবনচিংবদা নোংমৈশীংজং তাগল্লি। পাম্বি মখোংদগী খরা চথোকনা লৈবনা মতম লৈবা থিবিক্তা ইচুম চুমই। ফাক্কলিনগী পথাপতি ফিট মঙা থাপ্পা লৈরবদি, অদুপ হাক্না ফত্তবা তৌরোই হাই। হিন্নে কৌবা বৈজ্ঞানিক পণ্ডিত অমনদি ফিট মঙা অদুনত্রগা ফিট তরুক থাপ্পা লৈরবদি শোইফম কয়া লৈতে হাই। পাম্বিনা য়াম্না রাংলবদি থিত্তং থাপ্লপ্পা লৈবনা অচুম্বা রাখম্নি। পাম্বি অহাংবা লমদমগী মতৌগুম্না নোংথাংগী ইশংচৈ য়ুংদবা অরাংবা য়ুমগী মথা থোক্না লৈবস্থু হৌনদে। মতম লৈবথিবিক্তা মতম অয়াম্বদা খ্বাইদগী ইহেনহেন্না রাংবা পোত্তদা নোংমৈশীজং তাগল্লি। মরমদি, রাংবা ইহেনহেনবা মরম্না মতোল অদুগা নোংগা খ্বাইদগী হেন্না নকশিন্নৈ। মরম অদুনা নোংগী অমস্থুং অরাংবা পোৎকী নোংথাংঅদু অমগা অমগা হেক হেক পুনশিন্নগদবগী হোৎনৈ।

# খাগীলৈপাক্কী পুংগ্রীনা ভারতবর্ষদা কোইবা।

বুদ্ধ লাইনিংবনা (বৌদ্ধ ধর্ম্মনা) খাগী লৈপাক্তা মরা তাখ্রবদা, মখোইগী লৈপাক্কী ধর্ম্ময়েনবশিংনা, ধর্ম্মগ্রন্থ পুন্নমক মখোইগী মরোন্না হন্দোক্তুনা, লেংগে হাইদুনা লেপ্লখ্রে। বৌদ্ধধর্ম্ম হৌফমদি ভারতবর্ষনি। কপিলবাস্তু, বুদ্ধগয়া, বারানসী, অসিনচিংবা অসি, বৌদ্ধশিংগী থোইদোকপা অশেংবা লাইনিংফম (তীর্থ) নি। থবক থবক অদুনা অশেংবা বৌদ্ধধর্ম্মগী লাইরিক থিদুনা কনথৎনিংবশিংনা, ভারতবর্ষদা লাক্লে হাইদুনা হোৎনৈ। খাগীদগী ভারতবর্ষদা লাক্লে হাইরবদি, চৎপদা খুদোং থীরবা লমদম অয়াম্বা লাম্থোক্তুনা লাক্কদবনি। উপাল, উরী, নাপিনচিংবা করি অমতা হৌদ্রবা মরুভূমি, রুন্না পুমকুপ কুপথ্রবা কাবদা য়াম্না রানা থোকথ্রবা চিংজাও, উবদা তুংচুংবা ইমমমন য়াম্না শুকথ্রবা লোকচপ্না, অচৎ অথোকপা মীগী য়াম্না কীনফম রোই। তৌইগুম্বসুং ধর্ম্মথানবা অনমকনবা খাগী লৈপাক্কী কোইবা লাইনিংবশিংগী অনমকনবা অদুদি থক হন্দে। মখোইনা ধর্ম্মগীদমক মথরাই মাংবফাওবা য়াখি, চৎপা য়াদবা লম্বিগী অরাবা অদু মখোইনা করিস্থ রোইদানা নিংখি। অহানবমক্তদা ধর্ম্ময়েনবা থরদংতা মরৈপাক্তগী শান্দোক্লকই। তৌইগুম্বসুং মখোইনা হোৎনজবা অদু মনিংথুংনা মহৈয়ানবা ওমখিদে। মখোই অদু থরা অমনা গোবি মরুভূমিদা শিখ্রে, থরা অমনা চৎপা য়াদ্রবা শাথীরবা লম্বিমতা য়েৌরক্তুনা হন্দবা য়াদদুনা মফম অদুদগী হনখ্রে। লিংজেনফবা লৈপাক কোইবা চেটিয়ানসিদি, খৃঃ শতাব্দি মরি শুবগী মচিন্দা ভারতবর্ষদা য়েৌখি; তৌইগুম্বসুং মাগী অনোমকনবা অমসুং উইনম কনবা অদুগী অরামনদি খ্বাইদা খংহনবা ওমখিদ্রে। মানা তৌজবা মাগী লাইরিক লাইশু পুন্নমক মাংখি লুপখিদুনা তোক্লে। মতুং অদুদা খ্রীঃ শতাব্দি মঙা শুবদা, লৈপাক কোইবা কাংবু মচা অমা

য়াম্না রানা মরৈপাক লাম্না লাক্কুনা, সমক্র ইখাই তরেৎকী অরুবা ইশিংনা নিংথিনা শুদোক্লবা লমদমদা থুংলরে। হন্দক্কী কাংবুমচা অসিদা বিষয়া পামব্রবা পুংগ্রী মতা শুই। মখোইগী মকোক থংবা অদুগী মমিংদি ফা-হিয়ান কোই। ফা-হিয়ান খ্রীঃ শক ৩৯৯ দগী ৪১৪ ফাওবা ভারতবর্ষগী অয়াম্বা লমদমদা য়াম্না কোইরম্লগা মরৈ-পাক্তা হনখি। মানা কোইবগী রারিদি য়াম্না শুপচিল্লি। ফা-হিয়ানগী মতুংদা হোইসঙ্গ অমস্তুং সংযুনগী লৈপাক কোইবগী লাইরিক ফোং-দোকই। মখোই অনি অসিদি খাগীগী মহারাণীনা ভারতবর্ষদা থারক-পানি। মাসিগী চহি ১০০ গী মতুংদা কাইদনালাইনিং কল্লবা (ধর্ম্মবীর) নিপা অমা খোরক্কুনা ভারতবর্ষদা লাকই। মহাক্তি ভারতবর্ষদা মতম ক্লিনা লৈখি, ভারতবর্ষগী অয়াম্বা লমদমস্তু কোইয়েং য়েংদুনা অমস্তুং মখল মথা অয়াম্বা লাইরিক তমদুনা, য়াম্না হৈশিংনা মরৈপাক্তা হনখিদুনা খ্বাইনা য়াম্না লুনা তৌনফম রোইখি। মানা লৈপাক কোইবগী লাই-রিক অদুদা য়াম্না কুপ্না থিজিনবা অমস্তুং মতুংগী য়াম্না উবা অশিংবগী রাতানা পিকথল্লি। মহাকনা ভারতবর্ষগী মতম অদুদা তৌরম্বা, লৈরম্বা মতা অদু ইশেংশেংনা লেংলমই। মহাকনা তৌনিংবা মথৌদা কনশিন্না নিংদুনা কনশিন্না নোম্বা, অদুগুম্না থবক নিংথিনা পাংদুনা খ্বাইদগী। তানবা ফংদ্রবা মহৈ ফংখি। মহাকনা মখোইগী ধর্ম্ম লাইরিক য়াম্না খংগে হাইদুনা, য়েখাই থিনগাইবনা পিকথনখ্রবা মতমদা, নিংথৌগী থবক তৌবা মী খংহন্দানা নিংথৌগী য়াথংস্তু নত্তনা, মরৈপাক্তগী লোম্না চেল্লক্কুনা, মমৈ অদুদা মহাকনা পামজবা হিরম খোমজিন্দুনা, মরৈপাক্তা অমুক হনখিদুনা, নিংথৌনা ইকাই খুম্নবিরমই, অমস্তুং খ্বাইনা লুনা তৌখি। হন্দক্কী রাশক চেৎপা, পুকচেন হোংদবা কাইদনালাইনিংকনবা নিপা অসিগী মমিং হিউএন্‌থ্ সঙ্গ কোই।

হিউএনথসঙ্গ খাগী লৈশাক্কী পনা লুখাই অপিশক অমগী সহর অমদা খ্রীঃ ৬০৩ শোক্তা পোকই। মতম অদুদা খাগী লৈপাক্তা মখোই মশেল মসুংদা ক্লিনা রাথোকুরমই। অদুম রোইনমক হিউএনথ সঙ্গগী মপানা মতম অদুদা নিংথৌগী থবক অমা তৌরমই, মমৈ

অদুদা থবক তোক্কুনা মাগী মচা মরিগী মহৈ তম্নবগী থবক হোৎনদুনা লৈরে। মাদুদা মাগী মতম য়াম্না ক্লিনা চংখি। মহাক্কী মচা মরিগী মরক্তগী অনি অমদি নহারোইনা লৌশিং শিংই, অমস্তুং মরুমুম্না খংগল্লি হাইদুনা খ্বাইনা ওাংনৈ। মচা অনি অসিগী অমদি হিউএনথ সঙ্গ হাইরিবা অসিনি।

হিউএন্থ্ সঙ্গদি বৌদ্ধগী লাইশং ফুরা অমদা লৈদুনা লাইরিক তম্বদা য়াম্না পুকনিং চংখি। মতম অদুদা ময়ামা অহন্দস্তু অয়াম্বা হিরম তমখি। অদুম রোইমক লাইরিক তম্বা লোইরগা বৌদ্ধপচ়রা মচা (বৌদ্ধযতি) গী মশিং চল্লি; মতম অদুদা মাগী চহিতরা হুমদোই শুরে।

হিউএনথসঙ্গনা মাদুগা থংনবা মভুং চহি তরেৎ চুপ্পা ময়াম্বগা লোই-দুনা মরু রোইবা হিরম খংগে তাজগে হাইদুনা য়াম্না হৈবা মুম্না খংবা পণ্ডিতশিংগী মফমদা চৎলি। মখোই লৈপাক্তা লৈপাক রাথোকপা তৌমনবনা মহাকনা চিকনা লাইরিক তৌজবা য়াম্না কাইরে। অদুনা মরক মরক্তা লৈবা য়াদদুনা অথাপ্পা লমদমদা মী চিকপা খুংগংদা চেন্দুনা খুল অদুদা তাংদুনা লৈরুই। তৌইগুম্বস্তুং অস্তুম তৌনা ইলাং-লাংবা লৈপাক রাথোক লাম্থোকপনা, অরানা নংবা মতমদস্তু মানা লাইরিক তম্বা থক লেপ্পা তৌদে। লাইরিক লাইশু নৈনবতনা মাগী নুংঙাইবা অশেংবা কুম্মে রোই। মানা চৎলু চৎলুবা অনোবা লমদমদা তাবা উবা, অনৌ অনৌবা খংশিনবতা হোৎনৈ। মাগী চহি কুনশুবা মতাংদা বৌদ্ধ পুরোহিতকী থবক তৌই। অস্তুম তৌনা নহা রোইনা লাইরিক লাইশু য়াম্না হৈ হাইদুনা মাবু মখোইগী লৈপাক্তা মমিং চৎখি। মখোইগী ধর্ম্মগী অশেংবা লাইরিক, বুদ্ধগী মপুনশিন্দা তৌরম্বা থবক্কী রারি, অদুগা অফঅফবা পাওতাক, অমস্তুং মরৈপাক্কী লাইরিক লাইশু নৈনফম অচৌ অচৌবা মফমদা চহি তরুক ইতত্তানা মন্নুং হুক্লিম্না মুম্না খংবা অচৌ অচৌবা পণ্ডিতশিংগী খুয়াদা ফমদুনা ধর্ম্মগী অফবা পাওতাক্তা পুকনিং অমতা রোইনা খোইজংখি। তোইগুম্বস্তুং মমৈ অত্তুদদি পণ্ডিতশিং অদুদা মানা হংজবা পুন্নমক অদুগী পাওখুম ইশুশুনা খুমদনা তাকপিরকপা ওম্নক্রে। বুদ্ধস্তু খংনিংবা খংগদবগী-

দমক অচৌ অচৌবা বামন ওঝাগী পড়রা রোইরুবা অদুগুম্না, হিউএন্থ্-সঙ্গসু অচৌ অচৌবা পণ্ডিতকী পড়রা রোইখি, তৌইগুম্বসুং মাদুনসু মাগী মপুক্তা চিংনবা অদু কোকপা ওমত্রে। মাদু কোক্কত্রা হাইবর্ মরোম্দা হন্দোকপা লাইরিক অদু পারে হাইরগা, মাগী মপুক্তা চিংনবা অদু হান্নদগী হেজিন্না চেৎশিনখ্রে। মহাকনা মরু (মূল) লাইরিক পাগে থিগে হাইনা নিংলদুনা ভারতবর্ষদা চৎকে লেপ্লে। ফাহিয়ান-চিংবা লৈপাক কোইবা থাগী পুংগ্রীসু ভারতবর্ষদা লাক্লমই, মখোইগী লাইরিকসু পাখ্রে। হৌজিক মহাকসু মখোইনা তৌবগুম্না ভারতবর্ষদা লাক্লুনা, মূলধর্ম্মগ্রন্থ য়েংগে পাগে হাইনা কন্না রাশকখ্রে।

মথক্তা হাইখ্রে, থাগীদা মন্নুংদা মখোইমশেল লৈপাক রাথোক লাম্থোক্লুনা লৈপাক পুন্নমক ইচাই চাই। কনা অমতা মখোইগী লৈপাক্কী ওমথৈ লাম্থোক্লুনা চৎথোকপা ওম্নখিদে। মরক মরক্তা রাংল-রাংলবা থোংঙাকশং (থানা) দা অঙাকপা (পান্নবা) মী য়াম্না লৈদুনা ইতত্তানা শংই। কনা অমতা অঙাকপা লৈরিবা থানা অদু লাম্থোকনা চৎনবা ওম্নখিদে। মতম অদুমক্তদা হিউএন্থ্ সঙ্গনে পুরো-হিত অতৈ থরনে লৈপাক কোইগে হাইদুনা নিংথৌদা লাইরিক কৎলি। মখোইগী হাইজবা লাইরিক অদু নিংথৌনা য়াবিদ্রে। হিউ-এনথ সঙ্গগা লোইনবা মখোই অর্দুদি মাদুরাইদা অদুমা তোকখ্রে। তৌইগুম্বসুং হিউএন্থ সঙ্গদি মাদু তৌরগা মাগী রাশক কনশিনবা হেনখ্রে। মাগী রাশকপা লেংবা লৈত্রে। মানা মথরাই খুবাক্তা হাপ্লুনা মাগী রাশক ঙাক্লে হাইদুনা কন্না হোৎনরে।

খ্রীঃ ৬২৯ অকদা মাগী চহিমতাং চহিকুনতরুক শুরে। মাদুদা মহাক্না মতৌ অস্থম তৌনা লেংদবা পুর্কনিংনা, শেংলবা বুদ্ধগী মমিং নিং-শিংদুনা, ভারতবর্ষ রোমদা শান্দোরক্লে। মানা ইহাল হানবদা পীত (হোয়াংহো) ভুরেনগী মপান্দা থুংলরে। মফম অদু ভারতবর্ষ চৎপা মথৈগী তিনফমনি। মখোইগী লমদম অদুগী চৈরাক মপুনা, মী পুন্নমক ইখোইগী লৈপাক্কী ওমথৈ লাম্থোকনা চৎপা য়াদে হাইদুনা থিংখি। তৌইগুম্বসুং হিউএন্থ্ সঙ্গগী পুকনিং অঙম্বদা হোৎথদবা

ইশিংগী ইচেন গুম্বা অদুদি, নিংথৌগী চৎফদবা য়াথং অদুনা অনেম্বা লৈঙোইগী পনগুম্নদুনা, পল অদু লাম্থোক লাম্থোক্না, লাইনিং চেৎপা বৌদ্ধশিংগী মতেংপাংদুনা, থোংঙাকপশিং অদু কালমদুনা চথোরকই। মাবু থোঙ্গল লীবা মী খরা থুনা থারক্লে। তৌইগুম্বসুং হন্দক্কী পাথং বৌদ্ধ লাইনিং চেৎপা হিউএন্থ্ সঙ্গনা মথক থোংবা লাকইবা মীশিং অদুদা মানা উইল অসুপ কন্না অমসুং অসুপ কন্না রাশকথে হাইবা অদুগী খুদম ওন্না খংহল্লে, মাদু তারবদা মখোইনা করিস্ু র। য়ামদানা চৎচরো হাইদুনা য়াথং পিখে। মাদুরাই ফাওবদি মাস্ু মী অনিদং লোইনরমই। খরা লৈরগা মখোই অনি অদুস্ু মাবু থাদোক্লমে। হিউএন্থ্ সঙ্গ মাবু লমচিংদুনা পুবিনবা লৈত্রে মরুপ কনা অমতা লৈত্রে। মানা ভক্তিগা লোইননা লাইনিংদুনা মপাঙ্গল তানখৎলে। মতুংগী নুমিৎকী নোংপাপরকপদা মাগী লম্বেল তাকপিগনি লমচিং-বিগনি হাইদুনা, নিপা অমনা য়াবিরে। হিউএন্থ্ সঙ্গ নিপা অদুগা লোইননা রাইশংনা ফনা থাপ্না চখোকচরক্লে। তৌইগুমবসুং লমচিং-বিবা নিপা অদুস্ু মরুভূমিগী লমদম নকশিল্লক্লে হাইরগা মাবু থাদোক-পিরমদুনা হনখে। মাদু য়োরবদা লাম্থোক্কদবা মী শংবা অচৌবা থানা মঙা রাৎলি। থানা পুন্নমক অদু ইতত্তানা লেংশিল নাইদুনা মী শংলিবনি। অমরোমদনা পাকথুবা মরুভূমিদা শগোল থোঙ্গনগা অশিবা জীবগী শরু নত্তনা লম্বেন্নি হাইবা থংনফম খুদম অমতা লৈতে। তৌইগুম্বসুং চেৎপা হিউএনথসঙ্গগী পুকনিংদি করি অমতা লেংবা হনবা লৈত্রি। মানা লম চৎপগী য়াম্না রাদনস্ু ইতপ তপথনা থানা তন্না চংশিল্লক্লে। থানাগী মীশিং অদুগী হু হাপ্না তেল কাপ্লক্তুনা থাদুনা, মফম অদুদা হেক মশিগদবনি; তৌইগুম্বসুং ধর্ম্ম চেনবা বৌদ্ধ অমনা থানা অদুগী মকোক রোইনা (সর্দ্দার বোইনা) লৈরমই। মহাকনা লিংজেন কনবা লাইফম চৎপা নিপা অদুবু থাদোকপিখে, অমসুং থানা মথং মথংদা, মানা চৎপদা, থুংজবদা রাইশংননবা লাইরিক অমগা থানাগী সর্দ্দার সর্দ্দারদা পিবিরে। মতৌ অস্ুম তৌনা থানা পুন্নমক লাম্থোক্লগা, মরুভূমি অমগী মনাক য়োরক্লে। মরাইবক

থীবনা মাহু য়োরগা, লমেল মাংখিদুনা লমহুক্নরে। অময়োমদনা মানা পুজরকপা শরুনগী ইশিংখাও অদুস্মু লমদম অদুরাইদা শেগাইখ্রে। লমহুক্নবনে, মরুভূমিদা ইশিং ফংদবনে, অরাবগী কিশি মথৈ চপ্পুন্নরদুনা হিউ এন্‌থ্ সঙ্গ থোইদোকপা অরাবদা তারে। মাগী কন্থীচাওবা, অমস্মুং অনম কনবা অদুদি মতা অদু য়োরবা অদুদদি থরা থরা হল্লপ তৌরক্লে; মাসিরাইদগী ভওাইরসিরা হাইনা নিংলক্লে। পুকনিং মতুং ইন্না খোংথাংবা হেক লেপই। খংহৌদানা রাৎলম্বা পাঙ্গল অমা হেক লাকপা মতাগুম্না, মাগী থৌরাংচাওবা, থৌনাফবা, অমস্মুং অনমকনবা অমুক হেঙ্গৎলক্লে। মপুক্তা মরোন মরোন খন্দুনা হাইরকই, "ঐনা রাশকখ্রে ভারতবর্ষ য়োত্রিবমথৈ হল্লরোই। অদু রোইরবদি হৌজিক ঐগী পুকচেল করি তৌদুনা ফত্রিবনো? নোংচুপ চৎপদা থরাই চৎখ্রবস্মু ফরে; অদুম রোইনমক থরাইগা লোইননা ককচাং অসিতদি নোংপোক রোমদা হল্লরোই।

হিউএনথ সঙ্গ অমুক মমাই নোংচুপ ওন্দুনা, লাকপা হৌরক্লে। অমস্মুং লিক্লা অমতা থক্তানা, নুংথিল মরি অহিং মওা, অকীবগী মশক রোইরবা পাকখ্রবা মরুভূমিদা চৎলক্লে। মতম অদুদা মানা অশেংবা ধর্ম্মগ্রন্থগী অফবা পাওতাক ময়াম অদু হন্না হন্না শোন্দুনা মাগী থম্মোই ইচিক চিকহল্লি। নহা রোইনা ধর্ম্ম চেনবা, লাইনিংকনবা হিউএন্‌থ্ সঙ্গ মতৌ অস্মুম তৌনা, ধর্ম্মগী অফবা পাওতাক্তনা পাঙ্গল রোইদুনা, অচোবা চিংগী ইথৎ ( হ্রদ ) অমগী মপাল য়োরক্লে। মাদুদা তারিবা খুল অদু তাতার নিংথৌগী লমনি। তাতারশিংনা হিউ এন্‌থ্ সঙ্গবু নুংশিবগা লোইননা কৌশিল্লি। তাতারগী নিংথৌ অমা বৌদ্ধধর্ম্ম চৎলমই। মানা মাগী লৈপাক্কী মীবু বৌদ্ধধর্ম্ম তাকপিনবা হাইদুনা, হিউএন্‌থ্ সঙ্গবু থমগে হাইদুনা হোৎনৈ। মাহু হিউএন্‌থ্ সঙ্গনা য়াখিদে। মমৈ অদুদা মাবু অকীবা উত্তুনা তাতার নিংথৌনা থমগে হোৎনৈ। মাহু তৌদনস্মু হিউএন্‌থ্ সঙ্গগী পুকচেল করিস্মু লেংবা লৈতে। মতুং অদুদা হিউএন্‌থ্ সঙ্গনা কনশিন্না হাইরকই। "মহারাজগী তৌবা ওম্বা পাঙ্গল লৈ, তৌইগুম্বস্মুং ঐগী পুকনিং অমস্মুং

তৌনিংবা অদুগী মথক্তদি করিসু পাঙ্গল থেকপা ওল্লোই।” মতৌ অসুম তৌদুনা মাবু ফাদুনা তাতার লৈপাক্তা থন্নবদা, মাগী মথরাই অদু তাতার লৈপাক্তা থারগে নিংলদুনা, করি অমতা চাবা থকপা তৌদ্রে। তাতার নিংথৌনা লাইরবা পুংগ্রী মচা অদুবু মানা হাইবা ইলহন্দুনা অমতরোইবা য়াম্না হোৎনৈ, তৌইগুম্বসুং করি অমতা থৌ পাংবা ওমদ্রে ; মমৈ অদুদি চৎচখ্রা হাইদুনা য়াথং পিরে। হিউএন্থ্ মতৌ অসুম তৌনা থা অমা চুপ্না নিংথৌ অদুনা ফাদুনা লৈপাক অদুদা পনখি। মানা পনবা থা অমা অদু চুপ্না, নিংথৌনে মাগী অঙম অথৌনে মথোইগী মহৌশাগী হৌনবা পুকচেল ইশেং শেংনা, অতিথি লাকপনা ধর্ম্মগী রারম রারি ( লাইরিক ) তৌবা অদু তাখি। হৌজিক্তি তাতার নিংথৌগী য়াথং মতুং ইন্না তাতার লৈপাক্পী মী ময়াম মাগী মতুং ইন্দুনা, চৎকে হাইদুনা য়াম্না হোৎনরে। মথোই কুনগতরুক্তং চৎচৌ হাইদুনা য়াথং পিবিরে, অমসুং মথোই অমমমদা লাইরিক ( পাশ ) অমমমগা পিবিরে। হিউএন্থ্ সঙ্গ মাগী মতুং ইনবা মীশিং অদুগা লোইননা, ব্রুন্না য়াম্না কুপথ্রবা খুদোংথী-রবা চিংপুম্নমক লান্থোক্নুনা বক্ত্রিয়া অমসুং কাবুলিস্থান রোমদা ভারক্তুনা ভারতবর্ষদা থুংলরে। ব্রুন্না চিংশাং পরেং অদু খুরক হাংদানা কুপথ্রবনি, মাদু লাননা লাকুবদা নুমিৎ তরেৎনি চংখি। মাগী মতুং হনবা খুৎ অদু মথোই তরামরিদি লমখাংদা শিহৌরে।

হিউএনথ সঙ্গ ময়োল ( মধ্য ) এসিয়াগী থোকুচন্নবা থংবা, লাইরিক লাইশু হৈবা, লৈপাক মচা ( সভ্যতা ) রোইবা য়াম্না চাওখৎপা অদু উরে হাইরগা, মাগী মপুক ইপেলপেল্লি। খৃঃ শতাব্দি তরেৎশুবদা মধ্য এসিয়া লল্লোম্বগী দমক মমিং চৎনরমই। শনা, লুপা অমসুং কোরিনা শাবা শেল ময়েক চৎনরমই। মরক মরক্তা বৌদ্ধগী ফুরা লিংওমই। ফুরা পুন্নমক অদুদা বৌদ্ধধর্ম্মগী লাইরিক তম্নরমই। লৌ উবগী থবক য়াম্না মতা চারমই। ফৌ, গেহু, অঙ্গুর, অসিনচিংবা মহৈ মরোংসু মরাং কাইনা থোক্লমই। মতম অদুরাইদা লমদম অদুরাইদা লৈবা মীশিংনা য়ুগা অমসুং শা মতুগী ফী শিজিনরমই। সহর অচৌ অচৌবদা

ইশৈ শকপা খুৎপুনা পুং, ইশৈ য়ান্না পান্না হোৎনরমই। তারিবা খুৎ অদুস্থ বৌদ্ধধর্ম্মনা মপুং রোইনা (নম্না) চৎনরমই। মরক মরক্তা মৈ (অগ্নি) নিংনবা খুৎপুস্থ য়াওরমই। মমাংঙৈদা গ্রীসগী কোন্নুং এথেন্স সহরদা মহৈমশিং অমস্থং থোক্না চন্নবা খৎবা লৈপাক মচা তাবা, য়ান্না চাওখৎলি হাইদুনা, ইউরোপ পুম্নমকনা ইকাই খুম্নরম্ব, অদুগুম্না মধ্যএসিয়াগী সমরখণ্ড সহরবুস্থ মতম অদুদা য়ান্না ইকাই খুম্নরমই। মনাক্তা লৈবা মীশিংস্থ সমরখণ্ডগী মতৌ অফবা ফীদম তম্নরমই । হিরম য়াওনা মতম অদুরাইগী মতা অদু মফম অসি খরদং শম্নপনা ইখ্রবা অসিনি। হিউএন্সঙ্গনা চৎলু চৎলুবদা উরক্ উরকপা সহর অচৌ অচৌবগী হিরম শন্দোকনা লেংদুনা ইরমই। য়াম্না কুপ্না মন্নুং হুঞ্জিননা থংবদা, পুকচেন চাওবদা, অমস্থং লাইরিক লেংবদা লোল অরাইবনা নিংথিবদা, মানা লৈপাক কোইবগী রারি লাইরিক অদু ভাইবংপানবগী ইতিহাস পুম্নমক্কী মথক থংবা থুবম ফংবনা মতিক রোই। লৈপাক কোইবগী রারিলাইরিক অসি ফোংদোক্লনা শন্দোক-পনা, রারি লাইরিক্কী ফীবম ইনৌ নৌনা থংনবা মওাননা পুমওাল ওাল্লে :

হিউএন্থ্ সঙ্গ মধ্য এসিয়াগী কাবুলরোমদা ফাওরক্লনা পুরুষপুর (পেশারর) দা থুংলৈ, অদুগা মাদুদগী কাশ্মীরদা চৎলি, অদুগী মতুংদা মানা পঞ্জাব অমস্থং উত্তর পশ্চিম প্রদেশদগী মগধদা খুংলরে। অস্থপ কোইরক্লবা, অমস্থং ক্লিরক্লবদা হন্দক্তা অনমকনবা কাইদনা লা-ইনিং কনবা নিপা অসিগী নিংজমন মহৈ য়াল্লে। মীরৈপাক্কী ধর্ম্মচেনবা হিউএনথ সঙ্গ, মখোইগী অশেংবা লাইফম কপিলবাস্তু, শ্রাবস্তি, বারা-নসী, বুধগয়া উজবা ফংজরে, ভারতবর্ষগী অয়াম্বা লমদম য়েংজরে, বাঙ্গালাদা চত্তুনা বৌদ্ধধর্ম্মগী মতা খোজল লিরমই, দক্ষিনাপথ য়ৌরু-দুনা, য়াম্না খংশিল উশিনবা তাল্লই: ভারতবর্ষগী অচৌ অচৌবা লমদম মতৌ অস্থম ভৌদুনা, মথং মথং মানা অচৌ অচৌবা মরু মরু রোইবা মীগা রারি শানদুনা, অমস্থং মরু মরু রোইবা সংস্কৃত অমস্থং বৌদ্ধধর্ম্মগী লাইরিক পাদুনা, থরা থরা শিংজিল্লক্লনা, অমস্থং

য়াম্না তাশিল উশিন্দুনা য়াম্না থংলবা মী থোকখি। তৌফম তাংজফম লৈবা মীনা ওমদবা অদুবু, পাংবিনিংঙাই অমতস্থ লৈত্রবা, মীরৈপাক মচা লাইরবা পাখং মহাকনা, মতোমদগী মথৌনামক্তনা, অমসুং থৌরাং অদুগী মথক্তা মাগী মী থ্বাইদগী ধর্ম্মদা মাইওনশিনবা হেনবা অদুমক্তনা, মাদু পাংবা ওমখি ; দক্ষিনাপথদগী হিউএন্‌থ্‌ সঙ্গ সিংহল-দ্বীপ (লঙ্কা) দা চৎকে হাইদুনা নিংখি ; তৌইঙ্গমসুং কাঞ্চিপুর (কঞ্চিবিরম) য়োরে হাইরগা, লঙ্কাদা মথোই মশেল মনুংদা য়াথোক লাম্মোক্তুনা, ইচাই চাইনরি হাইনা মানা তারে। মরম অদুনা সিংহল চত্রে। কঞ্চিবিরমদগী সমদ্রু চাংজৌ (উপকুল) কর মণ্ডল লিমদমরোমদা থরা চৎলগা, মলবার উপুকুলদা থুংলরে লমদম অদুগী সিন্ধুগী নিংথিজবা ইশিংনা চাইথ্রকপা পঞ্চনদ য়োনা চৎলে, অদুদগী উত্তর পশ্চিম প্রদেশগী অচৌ অচৌবা সহর য়েংজমদুনা অমুক মগধ য়োনা হল্লিক্লে। হিউএন্‌থ্‌ সঙ্গ মাদুদা মাগী পুকচেন চাওরবা মরুপশিংগা লোইননা লৈমিন্নদুনা য়াম্না নুংঙাইমিন্নরে। অসিগী মতুংদা মমিং চৎলবা হিউএন্‌থ্‌সঙ্গ অসি মরৈপাক্তা হনগদবগী হোৎনরে। মহাকনা পঞ্জাব অমসুং কাবুলিস্থান য়োমদা চত্তুনা, মধ্য এসিয়াগী অতোংবা লমদমদা থুংলরে, অদুগা তুর্কীস্থান, কাশগড়, ইয়ারখণ্ড অমসুং খোতান সহরদা থরা থরা লৈরম্লে হাইরগা, চহি তরাতরুক চুপ্পা লৈপাক কোইবনে, লাইরিক তম্বনে, অমসুং মথল মথা অয়াম্বা য়ৈথাই থিনগাইবগা লালশোক্লরবগী মতুংদা খ্রীঃ শক ৬৪৫ শুবা বসন্ত মতমদা নুংঙাইবা থিবিক্তগী নুংঙাইরবা পোক্লফম মরৈ পাক্তা হল্লক্তুনা থুংলরে।

মতৌ অসুমতৌনা পুকচেল চাওরবা কাইদবা লাইনিং কনবা, হিউ-এন্‌থ্‌ সঙ্গ লৈপাক কোইবা মতোল লোম্নে, মতৌ, অসুম তৌনা পুকচেন চাওরবা ধর্ম চেনবা হিউএন্‌থ্‌ সঙ্গ ইকাই খুম্নবা চাক্তথৎপা পুম্নমকনা নিংথিনা লৈতেংদুনা, মতম ক্লিনা কোইক্লরবগী মতুংদা মরৈপাক্তা হনখি। মহাক্কী মীচং মাইকৈ মরিমক্তা শন্দোকখি নিংথৌরেনমকনা লাইরবা মিংচৎ চাওরবা পুংপ্রীগী মতিক মপা চানা

ওক্কুনা, কৌশিনবদা করিস্থ লাইরেক্পা তৌখিদে। মতম অমদা মহাকপু খোঙ্গুল লীরু হাইদুনা খোঙ্গুল লীবা মীদা হাইদোকপা, খুৎলাই পাইবা মীদা ফাদুনা থম্মু হাইদুনা য়াথং ফংগ্রবা, মহাক অদুবু হৌজিক য়াম্না ইকাইখুম্নবগা লোইননা পুময়া য়াবিরে। থাগী লৈপাক্কী কোনুংদা মানা থুংলবা মতমদা কুম্মৈ নুংঙাইনা তৌথি; মানা লাক্কদবা লমজাও অদু কার্পেটনা থুংনা কুপথি। মাগী মথক্তা লৈ মনম নুংশিরবা চরোং চরোং থেত্তুনা বিথিংজহল্লি। লমদম খুদিংদা য়াইফফীরাল পুন্নমক্তা নুংশিৎনা য়ৈদুনা লেংলক্লে। লাম্মী (সৈনিকপুরুষ) পুন্নমকনা লমজাও নাকল অনিদা পরেং পরেং শানা লেপ্লে; নিংথৌগী মমিং চৎলবা অচৌ অচৌবা অওম অথৌনা মমিং চৎলবা লৈপাক কোইবা অদুবু লুনা তৌদুনা হরাওবনা মাংরোইদুনা ওকখি। লাইররবা কাইদনা লাইনিং কনবা হিউএন্থ্ সঙ্গনা মহাক্কী থবক মহৈ য়াম্দুনা ইকাইখুম্নবা য়াম্না চাওখত্তুনা লৈত্তেংদুনস্থ, লুলুকনা খ্বাই অদুগী ময়াইদা কোনংদা চংখি। নাকল য়েৎলোম রোইরোমদা লৈবা বৌদ্ধ পুরোহিত মখৈস্থ থৌগল লোইইনগী মশক রোইনা মাগী মতুং ইন্না চৎলে। হিউএনথ সঙ্গনা শনানা শাবা, লুপানা শাবা, চন্দম উনাশাবা, বুদ্ধগী মরোং (প্রতিমূর্ত্তি), অমস্থং লাইরিক ৬৫৭ কা লোইননা পুরকই। থাগী লৈপাক্কী নিংথৌরেননা মাদু উবদা য়াম্না পেনখদুনা, মতিক ওকপা ইকাই খুম্নবগা লোইননা ওক্কনা নিংথি-জরবা শঙ্গাইদা, মহাকপু ভগুপতরাংনা পুশিল্লে, অমস্থং মহাক্কী মহৈ হৈবা, য়াম্না থংশিন উশিনবা, অদুগা মতিক মগুন পুন্নমক থাগত্তুনা, মহাকপু নিংথৌনা লৈপক্কী অচৌবা থবক অমা তৌ হাইদুনা হন্না হন্না হাইরকই। তৌইগুম্বস্থং হিউএন্থ্ সঙ্গ না ভক্তিগা লোইননা তৌনিং-দবা উৎখি। অমস্থং বুদ্ধগী হাকদক্তা তৌরম্বা থবক পুন্নমক্কী য়ারি, হৌনবী পরেং অদু নৈনদুনা মাদুগী মহাও চুপতুনা, মপুনশি মতেক অদু লেঞ্জরগে হাইদুনা হজংখি। নিংথৌনা য়াম্না পেল্লদুনা য়াম্না ফরে মাদুমকনা ঐগী লাইবক ফবা রোইনরগে, লৈপাক কোইবগী য়ারি ইবিরো, অতংপা লৈতনা বুদ্ধগী তৌবিয়ু হাইদুনা য়াথং পিখ্রে।

মাগীদমক অপানবা ফুরা অমা থম্বিরে। মফম অদুদা মানা বৌদ্ধগী পুরোহিত অতৈ অতৈগা লোইননা, লাইরিক পুন্নমক অদুগী ময়োল হন্দোক্না (অনুবাদ) ইখি। মানা লৈপাক কোইবগী রারি লাইরিক অদু থুনা শেমদুনা ফোংদোক্লে। তৌইগুম্বসুং সংস্কৃত লাইরিক ময়ামগী অনুবাদ ইবদদি মতম য়াম্না ক্লিনা চংখি। মাগা লোইনবা মীশিং অদুনা মথেং পাংদুনা, হিউএন্‌থ্ সঙনা লাইরিক ৭৪০ গী অনুবাদ তৌখি হাইনা খ্বাইনা ঙাংনখি। লাইরিক ময়াম অদু পন্দুপ ১৩৩৫ দা লোইখি। অনুবাদ তৌবদা মহাকনা লাইরিক্কী অরুবা মতাংগী মরম (অর্থ) পুমথং থংবা ঙমদবা অদুগী অর্থ নিংখিনা থংনবগী দমক মী অচিকপা মফমদা রাখল তৌদুনা লৈগল্লি। রাখল তৌরক তৌরকপদা মাগী মাইথোং অদু হেক হেক ঙাম্থোক্লকই, মমাংথৈদা রাখম্না লাম্বা ফংদদুনা ইমম্মম্না লৈরিথৈদা, থংহোদানা হেক ঙাম্থোক্লকপগুম্বা মঙাম্না ইঙাল ঙান্দুনা মমিৎ অনিমক অদু ইলংলংলকই। লমচৎপনা ইমময়্বা লমদমদা কোইচৎচৎলকপদা নুমিৎক্কী মঙাল হেকফংলগা নুংঙাইবা অদুগুম্না, হিউএন্‌থ্ সঙসু রাখল তৌরক তৌরকপদা অরুবা মতাংগী অর্থ থংবা হেক ঙম্বদা হেক হরাঙই।

মতৌ অসুম তৌনা ধর্ম্মগী রাখল তৌবা, লাইরিক লেংবা, অমসুং লাইরিক শিন্দোক্না য়েনবা থবক তৌদুনা তৌদুনা, চৎথুগা হল্লকপা নাইদ্রবা মতম থরা থরা চৎখিদুনা, অহল থরা থরা রোইরক্না, মপুনশি মতোম লোম্লক্লে। মহাকনা থপ্পমদাইদা মাগী মরল পুন্নমক অদু, লাইরবশিংদা য়েনবিরমই। অদুগা মাগী মনুং রোইবা মী অমসুং মরুপ মপাং পুন্নমক কৌশিল্লগা, খ্বাইদা ঐদি থরদং হায়না চৎচরম্লগে হাইদুনা পাওমেল্লম্লগা থুপখ্রে। মতম অদুরাই ফাওবা মহাক্কী পুকচেন হরাওবা মকারায়্বা অদু থক কাইদে। মানা মতম অদুদা মরুপ পুন্নমক্তা পাওমেল্লমই "ঐনা অফবা থবক তৌদুনা অফবা মহৈ ফংদুনা নিংথিবা মিংচৎ থরা থরা ফংবা য়াই, মাদু ইতোম্মতা ফংগদবা নত্তে, মী অতৈ অতৈসু মাদুগী শরুক ফংবনা মতিক রোই"। খ্রীঃ ৬৬৪ অন্দদা হিউএন্‌থ্ সঙগী মশা তুমখি। মতম অদুরাইদা ঙয়া তানবদা

ময়াই কারবা পাঙন (মুসলমান) শিংনা, নোংপোক লৈপাক্কী লমদমদা, মীগী ঈনা লৈতেংনরমই ; অদুগা মতম অদুরাইদা জর্ম্মণিগী ইমমম্বা অশোংবা নারক লৈপাক্তা খ্রীষ্টধর্ম্মগী মঙাল তপ্না তপ্না কোংদোক্লমই।

হিউএন্‌থ্‌ সঙ্গী মতমদা ভারতবর্ষদা হিন্দু অমস্থুং বৌদ্ধধর্ম্মতনা মপুং রোইনা চংনরমই। হিন্দুগী লাইশংগী নাকন্দা বৌদ্ধগী ফুরানা মখোইগী রোমগীস্থ কন্না লাণ্ডুনা হোৎনরমই। বামন অমস্থুং শ্রমন অনি অসিতনা রাইশংনা অমস্থুং মনিং তৌনা মাগী মাগী ধর্ম্মনা য়াবা থবক লিংখৎপগী হিরমদা কন্না হোৎনদুনা লৈরমই। হিউএন্‌থ্‌ সঙ্গনা ভারতবর্ষ লাকপদা মানা চৎলক চৎলকপা লম্বিগী নাকন্দা, লৈবা লমদম পুন্নমক্তা বৌদ্ধধর্ম্মগী মতা য়াম্না ফরমই। কপিশা লৈপাক (হৌজিক্তি কাবুলিস্থান) দা ক্ষেত্রী নিংথৌ অমা পাল্লমই। মফম অসিদা ফুরা চামথক্তা শ্রমন লিশিংতরুক লৈরমই। অসিনক্তবা লাইশংস্থ য়াম্না লৈরমই। লম্বোইবশিং অদু কনাগুম্বা অমনা ফী ইশেৎ শেক্তবা, কনাগুম্বা অমনা মশা পুন্নমক উৎনা পুমতৈ তৈদুনা লৈবা, থরা অমনা মরাইবক্তা উৎনা লৈতেং রোইনা তৈরমই। পেশাব্বরস্থ কপিশা নিংথৌগী মথা পোন্দুনা লৈরমই। মফম অদুদা শোক অমস্থুং কনিস্ক নিংথৌনা লিংখৎলম্বা অকাইবা ফুরা ময়াম্না, মতমগী ইরৈগী খোংচৎ হাইবা অসি অস্তুপ কল্লি হাইবা থংহল্লি। কাশ্মীরগী নিংথৌস্থ হিন্দুধর্ম্ম চাওখৎনবা তৌরমই, থবক থবক অদুনা লৈপাক অসি হিন্দুধর্ম্মনা মপুং রোইরমই। থানেশ্বর অমস্থুং মথুরাদা হিন্দু-ধর্ম্মনা তৌবগুম্না বৌদ্ধধর্ম্মস্থ মচিন তুমখৎলকই। হিউএন্‌থ্‌ সঙ্গ কুরুক্ষেত্রগী পাক্লবা লমজাওদা ক্ষেত্রী মচা অকন অকনবগী অচৌ অচৌবা শরু ময়াম অদু উরে হাইরগা ইওক ওকখি। মতম অদুদি কান্যকুব্জ লৈপাক্তি য়াম্না মুংণ্ডাই য়াইফনা পাল্লি। হর্ষবর্দ্ধণ শীলাদিত্যনা লৈপাক অদুগী নিংথৌ রোইরমই। ভারতকী নোংপোক, নোংচুপ লৈপাক ময়ামদা মানা ওমজবাফীরান থেৎখি। ভারতবর্ষগী নিংথৌ তরা নিপালনা মাণ্ডোন্দা লোই হাখি। মহারাষ্ট্রগী দ্বিতীয় পুলকেশী নিংথৌ নক্তনা লিংজেন্দা অমস্থুং খুৎকন পাঙ্গন্দা ভারতবর্ষদা শীলা-

দিত্যগা কনা অমত্তা পাবি নিঙাই মপা লৈরমদে। শীলাদিত্য মহারাজদি বৌদ্ধধর্ম্ম য়াম্না য়োকখৎপিরমই। মহাকনা ধর্ম্ম অসি চাওখৎনবা য়াম্না কন্না হোৎনরমই। অযোধ্যাদদি বৌদ্ধধর্ম্মনা মপুং য়োইরমই। প্রয়াগতনা হিন্দু ধর্ম্ম নিংথিনা চাওখৎপা উখি। শ্রাবস্তিদা বৌদ্ধধর্ম্ম ময়েং খরা খরা ভাথরকপা মতম থোকখি। হিউএন্থ্ সঙ্গ বুদ্ধগী পোকফম কপিল বাস্তুগী পুম্মুৎমুৎকদবা খরা খরাদা মঙাইরবা অদু উবদা মপুক্তা য়াম্না য়াখি। বুদ্ধনা বারাণসীনচিংবা কৈরু লৈরুবা সহর পুন্নমক অদুদা, বামনশিংগী মপাঙল খরা খরা চেৎশিল্লমই। বৈশালীস্থ কাইশিল্লক্লে অমসুং মাদুদা লৈবা ফুরামথৈস্থ মী ইলৈ লৈরম্ড্রি মগধগী ফুরা য়াংথৈদা শ্রমন লিশিংতরা লৈরমই। মাসি নত্তবা হিন্দুশিংগী লাইশং য়াম্না লৈরমই। মতম অদুদা মতম অমদা পাটলী পুত্রগী নুংঙাই য়াইফবগী মতিক মগুন্না ভারতবর্ষ অপুম্বা লৈখা তাহল্লবা অদু, মতমগী অকনবা নোংলৈনা, হৌজিক্তি মহাক্কী মমাং থৌগী ইকাই খুম্নবা পুন্নমক পুম্রুপ লুপথে। মাদুগী ফুরা দোলাল অকাইবগী মচাক অদুনা মাইল তরামরিয়োম শীনথুংনা লৈরমই। হিউএন্থ্ সঙ্গস্থ বুদ্ধনা লৈরিতৈদা লৈরম্বা নালন্দাদা লাকপিয়ু বার্ত্তন তৌরে। নালন্দাদি গয়াগী মনাক্তনি। কনাকনাগুম্বনা হৌজিক বড়গাঁও হাইরিবা খুল অসিবু থাইনগী বড়গাঁও হাইবা অদুনি হাইনৈ। নালন্দা হাইবা অসি বৌদ্ধগী অশেংবা লাইকমনি হাইনা মমিং চৎলি। মফম অসিদা হৈনৌগী ইংখোল অমা লৈরমই হাইনা ঙাংনৈ। কনাগুম্বা ইনাকখুনবা লল্লোম্বা অমনা কৎলমই হাইনৈ। বুদ্ধদেবস্থ মাদুদা মতম ক্লিনা লৈরমই। খরা লৈরগা মাদুদা লাইরিক তম্ফম শং অমা লিংখৎখি। ধর্ম্ম চেনবা কৎপদা হলেংদবা বৌদ্ধনিংথৌ ময়াম্না মাগী মাগী হাকদক্তা লাইরিক তম্নবা শং অসি খরা খরা চাওখৎহল্লমই। নালন্দাগী লাইরিক তম্ফম শং অসি মতম অদুরাইদা ভারতবর্ষদা লৈবা বৌদ্ধ লাইরিক তম্নফম শং পুন্নমক্তগী ইহেন হেন্না চাওই হাইনা মমিং চৎলি। বৌদ্ধগী অতোপ অতোপ্পা কাংলুপকী শ্রমন লিশিংতরা মফম অসিদা লৈম্মনা, ধর্ম্মলাইরিক, ন্যায়লাইরিক, বিজ্ঞান, পানবা মশিং, (গণিত)

সাহিত্য অমস্তুং মাইবগী লাইরিক নৈনকমনি। নিংথিজবা লৈগী ইংখোল কৈদোম মচা মচানা লৈতেংদুনা লাইরিক তম্ফম অচৌবা অসি পুমকফজক্লি। মরোল মরিগুবা অচৌবা দোলাল তরুক্তা লাইরিক তম্বা মচাশিং লৈনরমই। গিরম অতোপ অতোপ্পা উপদেশ তৌননবগীদমক য়ুম অতৈ চাম্ম অমস্তু লৈরমই। অসি নত্তবা লাইরিক লাইশু হৈবশিংগী মরূপ তিন্নদুনা, লাইরিক্তা গিরম ওাংনশানবগী দমক অচৌ অচৌবা য়ুমস্তু নিংথিনা লৈতেংদুনা লাইরিক তম্ফম অচৌবা অসিগী নিংথিজবা চাওখৎহল্লম্লিবান। শিলাদিত্য মহারাজনা ওঝাশিং অমস্তুং লাইরিক তম্বা মচাশিংগী শেৎনচাননবা অমস্তুং অনা লায়েং গিদাকনচিংবা পুন্নমক্কী লুপাগী চাদিং পুবিরমই। সহরগী নিলখোংবনা মফম অদুগী অচিকপা অদু থুগাইবা ওন্নমদে। তাইবং পানবগী মিহৌবনা লমদম অদুগী ইশেংশেংবা মতা অদু মাংহনবা ওন্নমদে। মহৈতানবশিংনা য়ুম অচিকপা অদুদা ইতপতপ্পা মনিন্ ইখোক খোক্তানা, লাইরিক লাইশুগী রাখল্তদা পুকনিং অমতরোইনা খিংজিনরমই। নালন্দাগী লাইরিক তম্ফম শং অসি মপানগী মিৎনা উবতদা ফজবা নত্তে। লাইরিক লাইশু নৈননবগী চাওথবা শংফমনি হাইনা ভারতবর্ষদা মমিং চৎথবমকনি। মাসিগী ওঝা ময়াম অদু লাইরিক লাইশু হৈবদা, রাখল কুপ্পদা, ভারতবর্ষদা মমিং চৎনরমই। হন্দক্কী মমিং চৎলবা লাইরিক তম্ফম চাওথবা শংলেন অসিদা তম্বিরবা ওঝা পুরেনগী মমিংদি শীলভদ্রকৌই। মহাক অদুমক্তি চহিতা অহল নত্তে, লাইরিক লাইশু খংবদস্তু মকোকনি হাইদুনা, খ্বাই পুন্নমকনা ইকাই খুম্নে। লাইরিক পুন্নমক মানা খংবনা নমই। খ্বাইদগী হেক্তিন্না ধর্ম্ম তৌবা, খ্বাইদগী হেক্তিন্না তারক উরক্তুনা খংবা, অমস্তুং খ্বাইদগী হেক্তিন্না কুপ্পা উশিনবনা, হন্দক্কী নিপা অহল অসিনা নালন্দাগী লাইরিক তম্ফম অচৌবা শংগী লৈতেংলমই।

হৌজিক হাইরিবা ভারতবর্ষগী পণ্ডিতশিংগী শান্নফম অসিদা হিউএন্থ্ সঙবু লাকপিয়ু হাইদুনা বার্ত্তন চৎলে। মানা য়ান্না তাশিন-উশিনবা তানগে হাইদুনা, অরাবা কন্না থাংদুনা ভারতবর্ষদা লাকই

হাইবা অদু, প্রমন পুন্নমকনা খংদবা য়াওদে ; নালন্দাগী প্রমন পুন্নমক অদুনা পুংগ্রী অসিগী অরেপ্পা মগুণ য়াম্না খংনিংই। মরম অদুনা মখোইনা হিউএনৎ সঙ্গবু অপাম্বগা লোইননা কৌশিল্লি। মমিৎ মনা শিংবা প্রমন মরি হিউএনৎ সঙ্গ য়োনা চৎহল্লে। হিউএনথ সঙ্গ ভক্তিগা লোইননা বার্ত্তন অদু লৌরে। অদুগা মখোই মরি অদুগা লোইননা লাক্কুনা নালন্দাদা থুংলরে। মানা লাকপদা শং য়োরমদাহদা প্রমন অখংবা মখোই চনি চোংথোক্লক্কুনা হৌনবী মতুং ইন্না, মখোইগী অতিথি অদুবু ওক্লরে। অতিথি অদুগী ইকাই খুম্নবা উৎনবগী দমক, মখোইগী মতুং ইন্না বৌদ্ধ মম্নামস্থু, কনা অমনা পে খান্দুনা, কনা অমনা ফীরান পাইদুনা, কনা অমনা মনম নুংশিবা লৈ কোইচাই চাইরদুনা মতৌ অস্থুম তৌনা নুংশিরবা খোঞ্জেল্না অতিথি থুংলবগী থাগৎপা ইশৈ শক্লশক্লদুনা, মাবু হান্নদগী শরুক চামা হেন্না মগুণ থাগৎলি। মতৌ অস্থুমতৌনা নুংশিবা, অমস্থুং ইকাই খুম্নবগা লোইননা, নিংথিনা ওক্কুনা কৌশিল্লগা, হিউএনৎ সঙ্গ ইহাল হানবদা লাইরিক তস্ফম শং অদুগী থ্বাইনা লুনা থাজনা তৌরবা ওঝা পুরেল অদুগী মনাক্তা চৎলে। শীলভদ্র ফমবৈদা (বেদীদা) ফমদুনা লৈরমই ; হিউএনথ সঙ্গ বেদী মনাক য়োনা চংশিন্দুনা, মরু লুকনা অহল য়োইরবা ওঝা পুরেল অদুবু খুরুম্লে। অসিদগী হৌদুনা হিউএনথ সঙ্গ শীলভদ্রগী পঢ়ুবা মশিংদা চনখি। অকবা শং অমদা মাগী লৈনফম পিবিরে। প্রমন তম্না মাগী নোম্বি থাকপিনবা পিবিরে। শিলাদিত্য মহারাজনা মাগী নুমিৎ খুদিংগী চানথক্লবা শেল কাই থোকপি। হিউএনৎ সঙ্গ মতৌ অস্থুম তৌনা থ্বাইনা য়াম্না চানবিনা, নালন্দা মহৈশংদা চহি মঙা লৈরমই, চহি মঙা চুপ্পা য়াম্না হৈরবা ওঝা শীলভদ্রগী খুয়াদা কুম্দুনা, পানিনি ব্যাকরণ, বৌদ্ধধর্ম্মগী লাইরিক লাইশু, অমস্থুং বামনশিংগী লাইরিক লাইশু কয়া থাকহৌবা লৈতনা খংশিল হৈশিনখি। হৌজিক্তি, মহৈশং অসিগী মমাংথৈগী নিংথিজবা অদু করিস্থু লৈত্রে। মতমগী অকনবা ইরৈনা লাকশিল্লকপনা নালন্দা অসি হৌজিক্তি ইকাই কাইবা মতা য়োইনা লৈরে।

হিউএনথ সঙ্গ নালন্দাদগী বাঙ্গালা, দক্কিনাপথ, অমস্তুং মধ্য ভারতবর্ষদা চৎলে। বাঙ্গালা লৈপাকস্তু মনিংমখাতন্না পানবা নিংথৌ ময়ান্না তোংঙাল তোংঙাল লৈপাক মচা মচা থাইনা পান্নমই। বাঙ্গালানচিংবা খুন্ধংদা মচি অমদা বৌদ্ধধর্ম্মনা মচিন তুমখৎলকপা, মচি অমদা মরাইচাইথরকপা মতা উথি। তেথাও লৈপাক্তনা হিন্দু ধর্ম্মনা মচিন তুমখৎলকপা থোক্লমই। আসামদা মতম অদুদা পালম্বা নিংথৌ অদুগী মমিংদি ভাস্কর বর্ম্মা কৌই। মাবু "কুমার" হাইনা কৌনৈ। "কুমার" হাইবা অসিদি মাগী মিংথোন (উপাধি) ব্রোই-রবমাল্লে হাইনা নিংনৈ। অদুস্তু ব্রোইস্তুনু ভাস্কর বর্ম্মা শিলাদিত্য মহারাজগী চান্নবা মরূপনি। তাম্র লিপ্ত (তমলুক) স্তু লল্লোস্ফম খুদোং চাবা, লৈরাই মপান্দা লৈবা সহর (বন্দর) অচৌবা অমা থোক্লমই। হিউএনথ সঙ্গ মফম অসিগী, লল্লোম্বগী থবক চাওখৎপা উদুনা ইওকওকথি। মতম অদুদা মহারাষ্ট্র লৈপাকস্তু য়াম্না মচিন-তুমখৎলমই। মহারাষ্ট্রিশিংস্তু রাজপুতগুন্না মরেপ রাংই, পুকচেল ইত্তিংত্তিংই, লিংজেন ফৈ, অমস্তুং মশা কল্লি। শাওগল্লবস্তু তৌবিমল মাংহনবা থক তৌদে। মথোই অদু মরুপকী মতেং পাংবা, য়েক্লববু মাংননবা ইতত্তানা হোৎনৈ। মথোইনা য়েকনববু হান্না থংহনবা তৌদানা, মথোইগী ফত্তনবা তৌবা হৌনদে, মাসি ফাওবা মাগী মাগী মশাগী ইকাই খুন্নবা ওাক্না চৎলি। মথোইনা চেল্লবা মীবু তাল্লি, চংজরকপা মীবু য়োকপি কনবি। মথোইগী সেনাপতিনা লানশি তারবদি মুপিগী ফীজেৎ শেৎহল্লি, অদুগী লান্দা মাইথীরক্ল-বদি, মতোমদগী মথরাই হাৎচদুনা শিগল্লি, মাদু তৌদুনা মাইথীবা কোক্লবা হোৎনদুনা ইকাইখাং অরাবদগী ইচিক চিক্‌হল্লি। মথোইনা, লাল চৎলমদাইগী মমাংদা য়ু থক্লদুনা ময়াই কানরমই, অদুগুমদুনা লাল চংলমদাইদা শামুদস্তু য়ু পিথক্তুনা ময়াই কাহল্লমই। লান্দা ময়াই কানদনস্তু লাইরিক লাইগু নৈনবদা পুকনিং চংনদবা তৌদে। মথোইনা পথাপ কাইদানা লাইরিক ওরাই। মরাঠাশিং অদু তস্থাই-রমদি বৌদ্ধধর্ম্ম চৎলি। ক্ষেত্রী মচা দ্বিতীয় পুলকেশী নিংথৌনা মতম

অসিদা মহারাষ্ট্র নিংথৌ ৱোইরমই। মহাকনা পুকচেল ইতিংতিংবা অদুগুম্না য়াম্না থং হৈ। কথোক্লনবদা মপা লৈরমদে। লৈপাক নুংঙাইনা য়োকপা মগুম্না লৈপাক পুম্নমকনা দ্বিতীয় পুলকেশী নিংথৌবু য়াম্না চাল্লি। লৈপাক পুম্নমকনা মাগী য়াথং লৈপাক তাহন্দানা ঙাকই। শীলাদিত্য মহারাজনা লৈপাক তকথোক্তুনা, পাকথোকপা তাকপা মতম অদুদসু দ্বিতীয় পুলকেশী নিংথৌগীদি করি অমতা শোকপা ওমখিদে।

হিউএন্থ্সঙ্গ ভারতবর্ষগী মীগী পুকচেল তিংবা অমসুং ফজিনবা মতা অদু উরে হাইরগা য়াম্না থাগৎখি। ভারতবর্ষগী মীনা লৌনম তৌবা অমসুং শাজিন্নবা তৌনরমদে। মথোইনা য়াথবা হিরম ৱাশক্তুনা কনশিনহল্লি, অমসুং করিগুম্বা অরানবা থবক (পাপ) তৌরগা, শিবে হাইরগা লাইরৈপাক্তা অকনবা চৈরাক তৌরমগনি হাইবা অকীবনা, য়াম্না থাজনা কীনা তৌনরমই। মথোইগী থোক্লচন্না লমচৎ ইতিংতিংই, অমসুং য়াম্না ফৈ, মাগী মাগী লমচংসু য়াম্না মেংই ইচিক চিকই। হিন্দুশিংগী ৱায়েনগী থবকসু ইতিংতিংই য়াম্না কনশিনবা দগি লৈরমদে। নিংথৌ শেমদুনা লৈপাক ৱাথোকহনবশিংসু মথৱাই হাত্লমদে। মথোইশিং অদুবু মপুনশি চুপ্পা য়োৎলিং শংদা থম্নরমই। চৈনা য়েবা নত্তনা মশাদা করিগুম্বা অনাবা পিনবা পথাপ তৌনরমদে। করিগুম্বা তৌহৈদবা থবক তৌরবা থাজবা কাইনবা লমচৎ চৎলক্লবা, অমনা, মমা মপাদা তৌবা হৌনবা থবক তৌবদা থৌশাদ্রবা, মাদুগুম্বা মী অদুবুদি মথোং মখুৎ, মমিৎ মনা ককথৎপা পথাপ চৎনরমই। অহাংবা মফমদা খ্বাইগী মমাংদা দগি তৌবা পথাপ লৈরমদে। অরানবা অদু ইতিং তিংনা য়ারে হাইরগা মাদুগী মতিক ওকপা দগিতমা তৌরম্ই। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা অরানবা অদু থপকে হাইদুনা তৌরবা, মাদু ৱোইরবদি অশাবা ইশিংনা, মৈনা, য়াম্না লূম্বা পোৎনা অদু নত্রগা হু পিজদুনা লাল্লি লান্দে হাইবা চাং য়েংনরমই।

গ্রীককী পাওপুবা মেগাস্থিনিসগুম্না হিউএন্থ্সঙ্গসু ভারতবর্ষদা

নিংথৌপানবা লৈপাক মচা মচা ( খণ্ড২ ) য়াম্না উখি। আর্য্যা বর্ত্তদা নিংথৌপানবা লৈপাক মচেৎ মচেৎ হুম্ফুতরা লৈরমই। লৈপাক খুদিংগী নিংথৌশিং অদুনা মাগী মাগী থোকপা চৈরাক তৌদুনা পুরমই। ভারতবর্ষ অসিদি শাগৈ ( জাত ) ময়াম তাবা লৈপাকনি। জাত পুন্নমক অদুগী লোল, অমসুং থোক্লচন্নবা পথাপ তোংঙান তোংঙাল্ল। অসি নত্তবা ৱাংলবা চিং, ইশিং চেল্লবা তুরেল অপাকপা নারক, অসিনচিংবনা মহৌশাগী লাইনা শেম্বা ওমখৈ গুম্না, লৈপাক অমদগী লৈপাক অমা তোপ্না তোপ্না থাইদুনা লৈ। মরম পুন্নমক অসিনা মগাংথৈদা ভারতবর্ষ অসিদা নিংথৌপানবা লৈপাক মচেৎ মচেৎ থোকনা থাইরম্বনি। লৈপাক মচা মচা অদুদা পালম্বা কনাগুম্বা নিংথৌনা পুরু, অদুনত্রগা চন্দ্রগুপ্ত, অশোক অদুনত্রগা শীলাদিত্য গুম্না খুৎকল পাঙ্গল লৈরম্রবদি, নক্লনক্লবা লৈপাক মখৈ লৌশিন্দুনা অচৌবা নিংথৌরেনগী খুৱম থোক্লবা তানশিন্নগদবনি

পুকচেল তিংলবা বৌদ্ধ নিংথৌশিংনা হৌদোকপা চিকখ্রবা পথাপকী মতুং ইন্না নিংথৌগী থবক অচৌ অচৌবা থবক পাংনরমই। লৈপাক পুন্নমক্তা লৌনচিংবগী থাজনা খরা খরা কনশিল্লক্তুনা অৱাবা পিনরমদে। মী অমনা মী অমবু লেম্না শিঞ্জিনরমদে। দোলাজ শাবা থবক অতৈ অতৈ শুবা মীশিং অদু মানা মানা শুবা মতুংইন্না থাশেল ( তলব ) ফংনরমই। মীরোন মতুং ইন্না ( পুরুষানুগত ) মানা মানা মরল মথুম ফংনফম থোকপা অদু ফংনবা পথাপ লৈরমই। মতম অদুরাইগী অদুদা লৈরম্বা মীশিং অদুনা মাগী মাগী শেৎচানবগীদমক লৌ ইংখোল শুনরমই। লৌ উবশিংনা মানা মানা লৌ উবদা থোকপা মহৈমরোংগী শরুক তরুক থোক্লা য়েল্লগা শুরুক অমা নিংথৌদা কৎপা অতৈনা মখোইনা ফংজনরমই। লল্লোম্বশিংসু মাশুল পিফমদা মুশিল খরা খরদং পিনরমই। লাম্মী ( শিফাই ) শিংনা খরনা লৈপাক্কী ওমখৈদা, খরা অমনা নিংথৌগী কোন্থুংদা শংন-হল্লমই। মনা নিংথিনা পিগে হাইরগা মাদুদা য়াবা মীশিংতবু শিফাই থলহল্লি।

নিংথৌগী লমদগী ফংবা চাগা (আয়) অদু শরুক মরি থোকনা থাই ; শরুক অমনা লৈপাক্কী অমস্তুং ধর্ম্ম থোকপা থবক্কী চৎনবা, অনি শুবা শরুকনা নিংথৌগী মন্ত্রি, অমস্তুং লৈপাক্কী য়ারক য়াতেম্বা মরুপকী শেৎনচানবদা চাদিং তৌবা, অহুম শুবা শুরুকনা লাইরিক লাইশু মপুংফানা (মতিক য়োইনা) হৈবা, অমস্তুং খ্বাইদগী থোইদোক হেন্দোকনা লৌশিংগী পাঞ্জল লাইনা পিনবিবগুম্না লৈবা অশিংবদা মনা পিনবা, মরি শুবা শরুকনা "সন্তোষ ক্ষেত্রগী" চাদিং থাকই। চৈরাক মপু, লৈপাক ঙাকপা অমস্তুং নিংথৌগী থবক তৌবশিংগীদি নখোইগী শেৎনচানবা লৌ অপাননা পিবিরমই।

খ্রীঃ শতাব্দ তরেৎ শুবদা "সন্তোষ ক্ষেত্র"দা হরাওকুম্মে (মহোৎ-সব) তৌখিবা অদু ভারতবর্ষগী ইতিহাসদা লৌথত্তুনা লেংবা য়াবা হিরমনি। হর্ষবর্দ্ধন শিলাদিত্য মহারাজনা কান্যকুব্জদা নিংথৌগী মেন তোংহুনা, মহাক্কী খুৎকন পাঙ্গম্না নিংথৌ পানবা লৈপাক ময়াম ঙমজহুনা, ঙমজবা ফীরাল লৈপাক ময়ামদা থেৎথবা, অদুগা য়াম্না কল্লবা পুলকেশী মহারাজস্তু, মহাক্কী পাম্বোমগী পাজম্না মহারাষ্ট্র লৈপাকস্তু মনিং তৌনা পানথবা য়াম্না থংলবা শীলভদ্র পণ্ডিত অহনস্তু মহাক্কী খ্বাইদা য়োইথোকখিদ্রিবা লাইরিক লাইশু হৈবখংবনা, নাল-ন্দাগী লাইরিক তম্ফম অচৌবগী, ইকাইখুম্নবা পুখৎলবা, অস্তুম তৌব মতমদা শীলাদিত্য মহারাজনা হিন্দুগী অশেংবা লাইফম প্রয়াগতা য়াম্না চাওরবা মহোৎসব অমা লিংখৎখি। প্রয়াগকী মাইল মঙা তরুকরোম পাকপা লমদম মতুপ অমদা হরাও কুম্মে অসিগী মফম য়োইনখি। মমাং ঙৈদগী হৌদুনা লমদম অদুবু "সন্তোষ ক্ষেত্র" হাইনা কৌনৈ। লম অসিগী বর্গ (কোইশাশাবা) ফুটলিশিং মরিয়োমদি আতর গোলাপ পাম্বিনা ইকোই কোইশিল্লি। কোইশিল্লিবা লম অদুগী মনুংদা অচৌ অচৌবা য়ুমদা শনা, লুপা, উরং অমস্তুং মুকাগী রেশমগী), মথলমথা অয়াম্বা মমল য়াম্না পিবা লৈতেং পোৎনা, অমস্তুং অতাংবা পোৎ অতৈ অতৈনা মপৈ মপৈ য়োইনা পৈথত্তুনা শেমহুনা থমখি। লম অদুগী মনাক্তা লৈবা য়ুম মখৈ, কৈথেলগী পোৎয়োন

শংগী মতোংগুম্না পরেং পরেং শানা নিংথিজহল্লে! মতৌ অসি-গুম্না চাকচা শং অমমমদা মী লিশিং মরোম চাবা য়ানা শেমথি। উৎসব অসিগী য়াম্না মাংজোননা বার্তন পাওচেম্না বামন, শ্রমন, লৈতলাইরবা মী, মমা মপা লৈতবা, মাগী ইমুংমনুং মরুপ মপাং কনাস্থু লৈজদ্রবা অশোল অনা পুন্নমক উৎসব নুমিৎ অদুদা লাকপিদুনা ঐনা কৎচবা লৌবিরো হাইদুনা কৌথি। শীলাদিত্য মহারাজস্থু মন্ত্রিনে, মাগী মরুপ নিংথৌ পুন্নমক্কা লোইননা উৎসব মফম য়ৌনা হকথেংননা লেংথো-কথি। বল্লবীরাজ ধ্রুবপতি, আসামগী নিংথৌ ভাস্কর বর্ম্মানা শীলাদিত্য মহারাজগী মরুপ নিংথৌ খিবক্কী মকোকনি। নিংথৌ অনি অসিগী তেন্জোম্নে, শীলাদিত্য মহারাজগী তেন্জোম্নে, তেম্নোল অনিমকনা সন্তোষ ক্ষেত্রগী মাইকৈ মরিমক্তা ইকোই কোইনা লেপথি। ধ্রুবপতি নিংথৌগী তেন্জোল অদুগী নোংচুপ থংনা অরাকপা মীশিংগী থাংবোক থনবি। অস্থুম তৌনা পরেংচানা তরু তরুনা য়াম্না নিংথিনা শিনবা অসিনা লৌশিং ফবা থবক হৈবগী খুদম উৎথি। পোৎচৈ য়েন্দ্রিত্তৈদা য়েনবা মতমদা হুরান চিন্থিবনা থপ্লখিদুনা, অরেম্বদা মাংখিবস্থু য়াই হাইদুনা মাইকৈ মরিমক্তা নিংথিনা শীন্দুনা ওাকহল্লি। হৌজিক্কী তিম্নরিবা মফম অসিদি গঙ্গা যমুনা তুরেল অনি মকনাত্তিম্নফমগী কয়া থাপ্তানা নোংচুপ থংবদনি। শীলাদিত্য মহারাজনা তেন্জোনগা লোইননা গঙ্গাগী অরাংথংনা তোর্বান্দা লৈথি। ধ্রুবপতিনা মফম অদুদগী কয়া লাপ্তুনা অরাকপা মীগীস্থু ময়াই থোক্লা নোংচুপ পাংলপ্পা তেন্জোল থমথি। ভাস্কর বর্ম্মানা যমুনাগী মখা পাংবা তোর্বান্দা তেন্জোল থমথি।

মথৈ লৈতনা চাওনা হৌদুনা মহোৎসব অদুগী থবক হৌগৎথি। শীলাদিত্যনা বৌদ্ধধর্ম্ম থাজদুনা ধর্ম্ম অদু চৎপা রাইদনস্থু, হিন্দুধর্ম্মবু লাইবা থৌশাদবা তৌখিদে। মহাকনা বামন, শ্রমন অনি মকপু অচানবগা লোইননা কৌথি, অদুগা বুদ্ধগী মরোং (প্রতিমূর্ত্তি) লিং-থৎথি। মাদুগী নুমিৎ অদু নুমিৎ অতৈ অতৈদগী ইহেন হেম্না মমল চংবা কীরোই, অতাংবা হাওরহাওরবা পোৎ অরাকপা মীশিংদা

য়েনখি। নিনি শুবা নুমিত্তা বিষ্ণু, অমসুং হুমনি শুবা নুমিত্তা শিবগী মুর্ত্তি, লাইশংদা পুশিন্দুনা নিংথিজহনখি। অমসুং অহানবা নুমিত্তা য়েনখিবা অদুগী তঙ্খাই নুমিৎ নিনি অদুদা য়েনখি। মরিনি শুবদগী হৌদুনা পুমকৎকৎপগী থবক হৌখি। বামন, শ্রমন্না নুমিৎ কুননি, হিন্দু লাই লাৎপশিংনা তরানি, ফীরোন শেত্তবা লম্বোইবশিংনা তরানি দান য়াখি। অসি নত্তবা লৈতলাইরবা, তৌনিংঙাই লৈত্রবা, মপা মমা লৈত্রবা অমসুং মরুপ মপাং ইমুং মনুং কনাসু লৈত্রবশিংদা কুহ্নানি দান তৌখি। মহোৎসব অদু নুমিৎ হুম্ফুতরামঙানি চুপ্পা তৌখি। ইলোই লোইবা নুমিত্তা, য়াইফবা শীলাদিত্য মহারাজন মাগী মমল চংলবা নিংথৌগী ফীজেৎ শেৎলিবা য়াই তম্ফানা থাগ্নবা ( মনিমুক্তা খচিত ) শনাগী লৈতেং, য়াম্না লংখ্রবা তম্ফাগী পরেংন-চিংবা থাদোক্লুনা, মতম ক্বিনা মোৎলরোইদবা শেগাইবা ফীনা বৌদ্ধ লম্বোইবগী ফীজেৎ শেৎখে। মাগী মমল চংলবা অসাইগী লৈতেং পুন্নমক অদু লৈতলাইরবশিংদা কথোকখি। লম্বোইবগী ফীজেৎ শেৎ-লদুনা শীলাদিত্য মহারাজনা, মখুৎ অনি লোম্নদুনা, শুক্লবা খোঞ্জেন্না হাইখি, "ওসিদগী হৌদুনা ঐগী লন থুম ওাকপগী য়াখল অন্নাবা মতোল্লোম্রে। মীরোইবগী লান্নবা পুণ্য ত্তানশিন্নিংবনা মতুংদসু ঐনা মতৌ অসুম্না কৎচবা ফংগে হাইবগীদমক, ঐগী লনথম য়াম্না পৈশিন্দূনা থমজবা।" মতৌ অসুম তৌদুনা লান্নবা খুবম প্রয়াগতা সন্তোষ ক্ষেত্রগী মহোৎসব' পুন্নোই লোইখি। শীলাদিত্য মহারাজনা পোৎ পুন্নমক মখুৎথানা কৎপনা নমখি। লৈপাক ঙানবা অমসুং য়েকুবা লাকহৎনবগী দমক শামু অমসুং খুজু খুৎলাইগীমখৈদা থাক হৌই।

হিন্দুগী অশেংবা লাইফম প্রয়াগতা পুকচেল ইশেং শেংলবা, থাগী লৈপাক্কী শ্রমন্না মতৌ অসিগুম্বা মহোৎসব অসি উরে হাইরগা ইপেন পেনখি। অসিগুম্বা হয়াও কুম্মে তৌবতনা ভারতবর্ষগী থাইনগী নিংথৌশিংনা মখোইগী মখৈ লৈতনা হয়াওনবা অমসুং মতুংদা মহৈ লৈবা ( পুণ্যগী ) থবকনি হাইনা নিংনরমই। ভারতবর্ষগী নিংথে

পুন্নমক মতম অসিরাইদা বামন, শ্রমন অনিমক্কী য়াম্না খুদুমচন্না লৈরমই। মতম অয়াম্বদা মখোই কাংবু অনি অসিগা তানবা রাখল মতুং ইন্না, লৈপাক্কা রারকরাতেম তৌনরমই। বামন অমসুং শ্রমন অনিমক্তা খৎনদনবা, বামন অমসুং শ্রমন মখৈনা, লৈপাক্কী য়াই-ফননব। ইত্তত্তানা নিংবিননবা হাইদুনা, হিরম অনি কাইদনবা মতম অদুগী ভারত নিংথৌশিংনা কন্না হোৎনরমই। মথক্তা হাইখিবা মহোৎসব অসিদস্থ বামন শ্রমন অনিমকপু চপমাননা নিংবিখি অমসুং তৌবিখি; মখোই অনিমকপু লুনা তৌবা চপমাননা তৌখি। মরম অদুনা মখোইস্থ কৎকনবা নিংথৌশিং অদুগী য়াইফনবা ইত্তত্তানা নিংবি, অদুগা অদুম তৌদুনা হরাওকুম্মৈ চাওনচাওনা তৌবা নিংথৌগী লৈপাক অদু মতুংদা চাওখৎনবা হাইদুনা মাদুগী থৌরাং, পাম্বৈ থিবদা অতৎপা লৈতনা চেকশিন্না হোৎনরমই। অমরোমদনা খ্বাইদগী থোইদোক হেন্দোকনা তৌবা ওন্না, অচৌবা থবক তৌবা নিংথৌ অদুবু থোইদোক্লবা লাইনি হাইনা, খ্বাইনা নিংথৌবু ভক্তিগা লোইননা লুনা তৌই। মতৌ অস্থুম তৌনা ধর্ম্মচেনবা নিংথৌশিং, মাগী মাগী মরৈপাকপু খুদুমচনবা অদুগুম্না মী পুন্নমকপুস্থ লাকচথুম-জনা থমই। সন্তোষক্ষেত্রবু মহামোক্ষপারিষদ হাইনস্থ কৌনৈ। মমাংঙৈগী ভারতবর্ষগী অচৌবা নিংথৌশিংনা, মী কাংবু খুদিংমক্তা চপমান্নলা পেম্মিননবা হাইদুনা মহোৎসবতা কৎকনবগী অথেংবী খুদম, হন্দক্কী সন্তোষক্ষেত্রদা তৌখিবা অসিনা উৎথি; মতৌ অস্থুম তৌনা লৈপাক পুন্নমকপু পেলহনবা, নিংথৌ অদুত্তবু অরোইবা নিংথৌ কৌনৈ; লৈপাক পুন্নমকপু পেলহন্দুনা মহাকনা খ্বাইদগী মকোক রোইবা অমসুং ইকাই খুন্নবা কংথি।

---

# পুকনিং খোইজংবা অমস্তং তপথবা।

নোমনিংবনা, অনমকনবা অমস্তং লীচিং অমতা ৱোইহল্লি হাইদুনা, নোম্বগী ৱারিদা ইখ্রে; পুকনিংলীচিং অমতা ৱোইনা অমস্তং তপথনা খোৌফমদা চংলবদি, নিংবা থুংই। খোইজংবা অমস্তং তপথবনা নোম্বগী মরুপ ৱোইদ্রবদি, তাইবংপানবদা করিগুম্বা অচৌবা থবক অমতা পাংবা ওমদে অৱোইবমকনি। নোম্বা কল্লি হাইদুনা অরেপ্পা খুদল পিদুনা, তৌনিংবা থবক পাংথোক্নুনা, মহৈ য়াল্লিবশিং অদুস্তু খোইজংবা অমস্তং তপথবা অনিমক থক নাম্থোকহন্দে। মীৱোইবগী মাংৱোইনা থবক মখল মথা অয়াম্বা লৈরি। মীবোইবনা মরন্নাই ৱোইরবস্তু, খ্বাইগী ৱোইরবস্তু থবক অমমমদা মানা মানা মশক পানা অপাননা ফহনবা ওন্লে হাইনা অরেপ্পা খংহল্লি। কনা কনাগুম্বনা য়াম্না শিংদুনা অথংবগী মওান্না, ইখংখংদবগী অমম্বা কোকহল্লি; কনা কনাগুম্বনা লাকচবা তানশিল্লকপা য়েকনববু খুদুমচন্দুনা, লৈপাক মীয়ামবু অচিকপা মপুংফানা থমই; কনা কনাগুম্বনা ইখংখংলমদবা হিরম ফোংদোক্নুনা মীৱোইবগী অফতাননবা লম্বেল মরাক পাক-থোকহল্লি। মতৌ অস্তুম তৌনা মখল মথা অয়াম্বা হিরম পাংলবশিং অদুস্তু, মানা মানা পাইবা হিরম অদুদা, তপথবা মতানা পুকনিং খোইজংদ্রবদি, মখোইনা নোম্রিবা অদু, কদৌওৈদস্তু মহৈ য়াল্লোই-দবনি। ইচাইচাইবা মতানা মখোইনা তৌজবা থোৌরাং খুদিংমক্তা ওকচাগুজানবা, তৌরগে নিংবা ৱাশক খুদিংদা থোৌরাংকাইবা, অমস্তং থবক খুদিংমক্তা ইকানকাম্নৱোইদবনি।

মীৱোইবগী চাওখৎপা তানবা লম্বিদা ৱাইচিনবা তিংখং উবমথৈ শেংদোক্লে হাইরবদি, তৌনিংবা মরাংহৌবা, থবক পাংশিনবা, উইনম-কনবা, খ্বাইদগী হেক্সিম্বা পুকনিং খোইজংবা, অমস্তং উইবা উৎকদবা ৱোই। তৌগদবা থবক্তা, পুকনিং চংদ্রবদি, কনাস্তু কদৌওৈদা অথো-ইবা তানবগী মমাংথাবা ওমদে। কনাগুম্বনা করিগুম্বা থবক অমা পাংগে মহৈ চাগে হাইনা নিংলবদি, মানা অসাইগী থবক অদু পুকনিংচংনা

নোম্ফম খোকই। খোইজংব মপুংফাদ্রবদি, করিগুম্বা হিরম অমতা পুমনোই লোইবা ওমদে। লাইরিক পাদুনা, করিগুম্বা হিরম অমা খংগে হাইনা নিংলবদি, লাইরিক অদু পুকনিংচংনা মুন্না পাবনা চুমই। ইফিংফিংদুনা অমুক লাইরিক অমদা অমুক অতোপ্পা লাইরিক অমদা মিৎফম হোংদুনা য়েংলবদি, করিগুম্বা হিরম অমতস্তু খংবা ওমদে। খোইজংবগা লোইননা লাইরিক অমতদা মুন্না পারবদি, তাশিনউশিন্দুনা য়াম্না খংশিল্লি। তৌইগুম্বস্তুং ইফিংফিংনা কাবক কাবক লাইরিক পাদনস্তু করিস্তু কান্নদে। অদুগা নোম্বদা পুকনিং খোইজংদ্রবা, অমস্তুং তপথদ্রবদি, অসাইগী নোমজবদু পুমকান কান্নদে।

লৈপাক ( পৃথিবী )না, মাগী মখোই তন্না তাইবংপানবগী পোৎ পুন্নমকপু চিংশিনবা পাঙ্গল লৈ হাইবা খংবদু নিউটন্না হোদোকখি হাইদুনা তাইবংপান্দা মাগী মমিং য়াম্না চৎখি। মহাক্কী খ্বাইদগী খোইদাক হেন্দোকনা মহৌশানা য়াম্না শিংবা অদুগুম্না লাইরিক লাইশুস্তু য়াম্না হৈ, অমস্তুং পান্দম্নিংঙাই লৈতবমথৈ নোম্বা কল্লি। মানা হিরম মখল মখা অয়াম্বা করম তৌনা খংবা ওমখিবগে? হাইদুনা কনাগুম্বা অমনা হংলে হাইরগা, নিউটননা মরুলুক্তুনা খুমই ; "অপানবা হিরম অমগী অতৎপা লৈতনা কোইখল খনবতনা" পাংবা ওমখি। মানা মতম অমদা ৱা অমা অমুক হাইখি ; "ঐনা করিগুম্বা হিরম অমা নৈনবদু মাদু ঐগী খোইজীদা য়েপ্তুনা থমই, খক কাওবা নাইদে। অখংবগী মঙাল খরা খরা লাক্লে হাইরগা, মাগী মঙাল থাঙ্গেশেংনা উদ্রিবমথৈ, ইতপতপথনা ঙাইদুনা লৈ।" য়াম্না খংহৈদুনা ইকাই খুম্নবনা, খোকনচম্নবা খংলবা লাইরিক লাইশু হৈবা লৈপাকমচাগী কাংবুগী ( সভ্যসমাজগী ) লুনা তৌনফম ৱোইরবা, মখোইশিং অদুস্তু মখোইনা পাম্বা তৌগদবা হিরমদা মথক্তা হাইরিবা অস্তুম তৌনা, অতৎপা লৈতনা পুকনিং খোইজংবা অমস্তুং তপথবা তননি।

ঐখোইগী লৈপাক্কী পণ্ডিত রঘুনাথ শিরোমনিগী, মপুনশি অদুমদা তৌবগী ৱারি মুন্না পাদুনা নৈনরগা, তপথবগা লোইননা পুকনিং খোইজংবা হাইবা অসি য়াম্না কান্নবনি হাইবা খংবা ওমই। খ্রীঃ গী

শতাব্দী তরামওা শুবগী মমৈদা নবদ্বীপতা রঘুনাথ পোকই। মকাক-মক্তি মমিৎ নামা তাংই। নহারোইনা মমা মপা থাইনৈ। মপাস্থু য়াম্না লাইরৈ, মতুমচাগী চানথকুবা মরল মথুম থোইদোকপা থন্নমদে। থবক থবক অদুনা চাকনিদুনা চাবতনা রঘুনাথগী মমা লাইরবীগী পাম্বৈ রোই। মতম অদুরাইদা বাঙ্গালা লৈপাক্তা ন্যায়শাস্ত্র হৌদকপা মমিং চৎলবা ব্যাসদেব সার্ব্বভৌমস্থু নবদ্বীপতা ন্যায় শাস্ত্র তম্নমই। রঘুনাথগী মমানা চাকনিবা তোক্কুনা, সার্ব্বভৌমনা লাইরিক তম্ফম (চৌবাড়ী) গী কনাগুম্বা লাইরিক তম্বমচা অমগী, য়ুম কোনবী থবক অমদা চংলে। নোংদম অমদগী সার্ব্বভৌমনা রঘুনাথগী লাইরিক তমজনবগী রাইচিনবা পুন্নমক পুবিরে। রঘুনাথস্থু ওঝাদা লোল্লাক-লাইরিক (ব্যাকরণ), অফবা তাক লাইরিক (কাব্য), অমস্থুং অশেং অমাং থাইনবা লাইরিক (স্মৃতি শাস্ত্র), পুকনিংচংনা তমদুনা, চুমই চুমদে য়েংনবা লাইরিক (ন্যায় শাস্ত্র) তম্বা হৌরকই। ওঝাদা তম্নকপা পারা অদু, ময়ুমদা নুমিদাং ওম্না ইরে হাইরগা, তপথনা য়ুম্না রাখল তৌজে; করিগুম্বা কারল চনবা য়াওরগা, মাদু ককথত্তুনা মাঙোন্দা অসি থোকই হাইবা অদু মাগী ওঝাদা হঙ্ংলি; মানা অসি ফাওবা পুকনিং চংনা লাইরিক তমখি। চৈতন্য দেবস্থু রঘুনাথগা লাইরিক তম্মিনৈ: রঘুনাথনা মাগী মপিজা চৈতন্যদেবগী, খ্বাইদগী থোইদোক হেন্দোকপা লাইগী লৌশিং লৈবা অদুগী য়াম্না মীচংরোই। মহাকনা রাখল তৌরতৌরগা অসি থোকই হাইদুনা লেপ্লবা অদু, চৈতন্য দেবগী পথাপকা চান্নহন্দুনা য়েংই। রঘুনাথনা নোংমা উথোংদা ফম্নদুনা ন্যায় শাস্ত্রগী হিরম অমা থন্দুনা লৈরমই। হিরম অদুদা রাখল তৌবদা পুকনিং অমতা রোইশিনমনখিবনা নুংপানওনবগুম মাইকৈ থংদ্রে। উথক্তগী উচেকনা মশা মথক্তা মথী ফাইদ্রকপবু মানা মাদু হম্না য়েংথিদ্রে রঘুনাথনা পুকনিং য়াম্না চংনা মানা থংনিংবা হিরম অদু থংদুনা লেপকে হাইদুনা, তৌরিবৈওদা চৈতন্য দেবনা ভাগীরথীদা চাইথগে হাইদুনা লেংলকপদা, মহাক্তা তম্মিন্নবা রাখল য়াম্না তৌগনবা রঘুনাথনা উথোংদা ফমদুনা, ইশুকশুকনা রাখল অরুবা

খল্লিবা অদু লমখাংদগী উরে। মহাকনা রঘুনাথগী মতৌ য়েংগে নিংলদুনা, খুত্তা পাইরিবা কোল অদুদগী ইশিং কল্লদুনা, রঘুনাথগী মশাদা চাইরদুনা, মোন্নোন নোক্লদুনা হাইরকই, "অস্সুম তৌনা ফমদুনা করি খল্লি ?" চৈতন্য দেবনা মমাংদা লৈবা উরদুনা, রঘুনাথগী অরুংবা মমিৎ নামা অদু ইলংলংখৎলক্লে। অদুগা মানা খলল্লিবা হিরম অদু চৈতন্য দেবদা খংহল্লকই। খুদক অদুমক্তদা চৈতন্য দেবনা রাখল তৌদুনা অসিনি হাইদুনা লেপই। রঘুনাথনা মানা নিংদুনা, লেপচরমইবা হিরম অদুগা, চৈতন্য দেবনা লেপইবা হৌজিক্কী হিরম অদুগা চান্নদুনা য়েংবদা, চপমান্নবা অদু উরদুনা, অওকপগা লোইননা হাইরকই। "হে ইচিন ইন্নাও। ঐনা অস্নুপ ক্লিনা রাখল তৌদুনা কাইনথং অদুদা লাম্বা ফংদুনা লেপচখুবা হিরম অদুবু নংনা হেকতাবগা হাইদোকপা ওম্বা অসিদি খংলে নং অসি অচম্বা মী নত্রে।" মতুং অদুদদি বাঙ্গালা লৈপাক্কী থোইদোক হেন্দোকনা মতিক ময়াই লৈরবা ইকাই খুন্নবা নিপা অনি অসি তোওাল তোওানবা হিরমদা চৎনখি। চৈতন্য দেবনা থাজনা লাইনিংবগী মুংওাইবা ইচেন্দা মুংওাইনা তাওথখিদুনা, তাইবং পানবদা য়ুমপানবা পুন্নমক হিরম পুন্নমক কন্থোক্লমই। রঘুনাথনা খ্বাইদগী থোইদোক হেন্দোকপ থোইজংবা অমস্নুং উইশিনবগী পান্নন্না মতম অদুরাইগী ন্যায় শাস্ত্রদা কনা অমত্তবু মাগী মকোক ব্রোইহনখিদে। তাইবংপানবদা য়ুমবৈ পান্দুনা লাইরিক লাইশু লেংদুনা মতম লেনখি। মহাকনা লেংবা লাই-রিক অদু হৌজিক থোকুচন্নবা খংলবা লাইরিক লাইশু হৈরবা লৈপাক-মচা ময়ামদা বাঙ্গালা লৈপাক্কী ইকাই খুন্নফম ব্রোইরি। য়াম্না হৈশিংবা ন্যায় শাস্ত্র হৈরবশিংনা ভক্তিগা লোইননা মাওোন্দা মরু লুক্নরি। অমস্নুং মাগী শাগোনবা লল পুন্নমক অদু মীরক চনবা য়াবা ময়ামগী মমাংদা থিল্লমই।

থোইজংবা অমস্নুং তপথবগা লোইননা কন্না নোম্নবদি নহাসত্তাং, পাখং মতাং, মীয়াইচন্নকপা মতম ব্রোইগে ব্রোইসমু, কদৌওৈন্দস্নু, অহেনবা তানবগী অকাইবা লৈতে। খ্বাইসা অহল ব্রোইরে হাইদুনা

তম্বা তোক্তুনা লৈথোকই ; মাদুগুম্বা মীতা অদুদী পুকনিং খোইজংবা অমসুং তপথবগা লোইননা কন্না নোম্বনা য়াম্না কান্নে হাইবদু থংত্রবনি। মরম ওকপা মীদি অহল রোইরক্লবা মতাংদসু মথল মথা অয়াম্বা হিরমসু থংবা ওমদুনা মমিং চৎথি। আমেরিকাগী বিজ্ঞান্দা ফাওরবা বেঞ্জামিন ফ্রাঙ্কলিনসু চহি য়াংথৈ শুরকপা মতাংদগী। বিজ্ঞানগী লাইরিক খোইজংনা নৈনবা হৌখি পুকনিং খোইজংবগী পাজন্না হিরম অদু হৈদুনা মহৈ চাখি। মহাকনা ইতালহানবদা নোংলক্তগী নোংথাং লৈপাক্তা পুথখি। স্কটলণ্ডগী মমিং চৎলবা লাইরিক লেংবা স্যারওয়াল্টারস্কট্ চহি নিফু শুরকপা মতাংদগী লাইরিক লেংবা হোৎনখি। মহাকনা লেংবা লাইরিক পুন্নমক অদু পণ্ডিতমথৈনা অপাম্বগা লোইননা পানরি। ইংলণ্ডগী তমাসস্কট কৌবা মমিং চৎলবা পণ্ডিত অমা চহি হুষ্ফুমণ্ডা শুরকপা মতাংদা হিক্রুলোল নৈনবা হৌখিদুনা, হিরম অদু নিংবা থুংনা নিংথিনা হৈখি।

নবদ্বীপকী জগদীশ তর্কালঙ্কার কৌবা পণ্ডিত অদু য়াম্না হৈবগী ইকাইখুম্নবা মতম ক্লিনা ফাওরে। জগদীশ অসিদি নহারোইরিতৈদদি লমচৎ য়াম্না ফত্তে অমসুং পুকনিং খোইজংদে। মাদি উতোন্দগী উচেক মচা লোক্লগা, মাদুনা হরাও কুম্মে রোইনৈ, কোইচৎচত্তুনা কোইওৎওৎলি, মাদুতনা মাগী নুংঙাইজবা রোইজে অদুগা লাইরিক ঔরাইবদি থৌশাদানা, নুংঙাইনা লৈথোকই। মতৌ অসুন্না মাগী নহারোইবমতাং লেল্লি। নোংমা মানা উচেক মচা লোক্কে হাইদুনা, রাংলবা কোনা পাম্বি মতোন্দা কাথৎলদুনা, উচেক মহুমদা মখুৎ থিংজিনবমক্তদা লিল অমা মহুমদগী হেক থোরক্তুনা মরৈ তিংথোক্তুনা, চিক্কে হাইদুনা হেক তৌবমক্তদা, মানা মাদুদা পুকনিং ফিংগৎপা তৌদানা, পাইরক অদুদা লাকপা লৌশিংগী পাজন্না লিল অদুগী মকোক্তা খুদুমচন্না মখুৎনা কন্না পাইশিল্লে, অদুগা কোনা মনা অথৌবা অদুনা লিল অদুগী মঙকশম, অদুগা মশা অতৈ অতৈ অদু মতুপ মতুপ ককথক্তুনা, লৈপাক্তা থাদ্রগা কুমথুক্লে। মানা কারিবা মপাল অদুদগী কয়া হাক্লা থাপ্তানা লম্বোইবা অমা ফমদুনা লৈ। মানা

জগদীশকী পাইরক শিংবা লৌশিং অদু উরে হাইরগা, মাবু কৌশিন্দুনা পুশিল্লে, অদুগা অচানবগা লোইননা থুন্নবা য়াথংনা লম্বোইবদুনা মাগী ইক্ষিংক্ষিংলবা পুকচেল অদু তপথহল্লে। মতুং অদুদা মরম মখা অয়াম্বা অফফবা পাওমেন্না, মাবু লাইরিক তম্বদা পুকনিংচংনবা তাকপিরে। জগদীশ অসাইগী অরাবা তারুবা অদু কোকচরে হাইরগা, লম্বোইবনা তাকপিবা অদুগী মতুংইন্না মহৈতম্বদা পুননিং চংলক্লে। মতম অদুরাইদা মাগী চহি তরানিপাল শুরে। চহিমতাং অদু য়ৌরবা ফাওবদা মাদি লাইরিক ময়েক অমতস্থ খংবা য়াওদ্রি। তৌইগুম্বস্থুং মাগী পুকনিং খোইজংবা লেংদ্রে, তপথবা কাইদ্রে, তম্নিংবা পুকনিং মুংথিবা তৌদ্রে। মহাকনা মহৈ তম্বদা পুকনিং থিংজিন্দুনা, খরা খরা অয়াম্বা হিরম খংবা হৌরক্লে। জগদীশ য়াম্না লাইরৈ; নুমিদাংদা থাননবা থাংমৈগী থাও লৈতদুনা য়াম্না নংই। তৌইগুম্বস্থুং থাও লৈতে হাইদনস্থ মাগী লাইরিক তৌবদু কাইবা, লেপ্পা খক তৌদে। মহাক্না উনা শিংনানা মৈ হৌদুনা নুমিদাংদা লাইরিক ঔরাই। মতৌ অস্থুম তৌনা মানা পুকনিং খোইজংবগা লোইননা, লাইরিক তমদুনা, মথং মথং সাহিত্য, অলঙ্কার অমস্থুং ন্যায়শাস্ত্র য়াম্না হৈরে। মহাক্কী ইকাই খুম্নবা মাইকৈ মরিমক্তা শন্দোক্লক্লে। মহাকনা লাইরিক লেংদুনা, খ্বাইদগী খোইদোক হেন্দোকনা লাইরিক-লাইশু হৈ হাইবা খংহল্লক্লে। হৌজিক ন্যায়শাস্ত্র তম্বশিংনা মাগী লাইরিক অদু অপাম্বগা লোইননা পানদুনা লৈরি। চহি তরানিপাল শুবা ফাওবা লাইরিক ময়েক অমতস্থ খংদবা নিপা অদুনস্থ খ্বাইদগী হেক্লিন্না পুকনিং খোইজংবা অমস্থুং তপথবগা লোইননা কন্না নোমদুনা, মখল মখা অয়াম্বা লাইরিকলাইশু য়াম্না খংখি, হৈখি। তারক উরক্তুনা য়াম্না খংবা অদুগী পাঙ্গন্না পণ্ডিত ময়ামদা মাগী শাগোনবা লনগী অখোইবা অদু মকোক রোইনা থিল্লমই।

নোম্বকনবা, অথাংকনবা, অমস্থুং পুকনিংখোইজংবা মীদি খোক্লবা মীরোই মতাদা খোক্লদনস্থ, অসাইগী মীরোই মতা অদুদা লৈদুনা মাগী ফননবতানবা পাংথোকপা ওমই। ইচেম্নাইবা তুরেনগী অচেনবা

ইশিং অদুনা সমক্রু ঙম্না হোথবা অদু শুন্না, মহাকস্থু মতৌ অদুগুম্না মানা অপানন্না য়েংইবা মিৎয়েং অদু তম্না অহনবা নাইদানা তকশিল্লি। মহাকনা নিংলিবা অদু অকাইবা থকলৈতে। মহাক্তি য়েখাইখিনগাইবা অরানাতাবগী মরক্তা লৈদুনস্থু থবক পাংবা ঙমদুনা মাগী অরামনগী অহাওবা চিঞ্চাক পুন্নমক্কী মপু রোইদুনা লৈজে।

---

# ভীষ্মগী ব্রাশক।

নিংথিনা মমিং চৎখ্রবা কুরু নিংথৌগী শাগৈদা শান্তনু কৌবা নিংথৌ অমা পোকখি। শান্তনু নিংথৌ হস্তিনা কোন্নুংদা মেন তোংলদুনা নিংথিজবা পথাপ্পা লৈপাক ঙাকপা অমস্থুং মচা মীচা নাইদানা খ্বাইমক চপমান্ননা লৈপাক পুন্নমকপু য়োকপা হৌরক্লে। নিংথৌরেন ইবুঙোদুগী রারকমন্না লৈপাক অদু য়াম্না ইনাককৈরাক খুল্লক্লে। মফম খুদিংদা অফবা মীবু লুনা য়োকপা অমস্থুং লৈপাক য়াইফনুঙাইবা য়াম্না চাওখৎলক্লে। লৈপাক পুন্নমকপু অফবা লমচৎ অমস্থুং অফবা থবক্তগী মিৎকুপা অমতা নাম্বোকহন্দে, ইচিক চিকনা থমই। ইচিকচিকপা লৈপাক্কী নিংথৌরেন রোইদুনা, ধর্ম্ম থোকপা থবক্তা পুকনিংচংনা লিংখৎপা হোৎনৈ।

শান্তনু কৌবা নিংথৌরেনগী দেবব্রত কৌবা মচা অমা লৈরমই। মচাইবুঙো দেবব্রতনা পাখং মপুং ফারক্লবদা মাগী মরাইবক পাকপা, মথবাক ফনবা, নিংথিজবা অমস্থুং মরেপ রাংচাওবা অদুগী মতা চাবা চংখোনবা পুন্নমক অদু উদুনা কোন্নুংদা লৈবা মী পুন্নমকনা ইপেলপেল্লি। মচাইবুঙোদু মহৈ অপুম্বা নিংথিনা হৈরে। মহাক্কী য়াম্না শিংবা, কনবা, অমস্থুং উইনম কনবা, ধর্ম্মচেনবা অদুগুম্না ব্রহ্মাগী মচিন্দগী থোক্লবা লাইরিক (বেদ) গী মশা উপনিষদকা লোইননা মহৈস্থু রায়েনগী পথাপ্তস্থু, দেবব্রতবু থাগৎনফম রোই।

শান্তনু, দেবব্রতবু পাথং মথোং কাৱকপা অমসুং মহৈ মশিন পুন্নমক চংখোন্না হৈবদু উবগা য়াম্না হৱাওই। অমসুং কোন্নুং অদুদা লৈপাক পুন্নমক্কী মী তিলহন্দুনা খ্বাইগী মমাংদা যুবৱাজ হাপ্লে। দেবব্রত যুবৱাজগী অফবা লমচৎনা অমসুং অফবা থবকনা লৈপাক মীয়াম চপমান্ননা পেনহল্লি। মহাকনা থোইদোক হেন্দোকনা মপাবুং মহাৱাজবু ভক্তিগা লোইননা অশেংবা পুকচেল্লা লুনা নিংবা অদুগুম্না খ্বাইদসু নুংশিনা নিংই। অমসুং পুকনিং খুদুমচন্না থম্বা ওমই। লৈপাক মীয়াম নুংঙাইনবগী দমক অৱাবা থবক হোৎনবসু নুংঙাইবা শিংথান্নৈ, অৱাবনি হাইনা নিংদে; মথক্কী অহল লমন্দা মতিকমপা চাবা নিংথিবা লমচৎ উৎলি। মাগী পুকচেল ইভিংভিংনা য়াম্না ফবা অদুনা খ্বাইনা ইপেলপেল্লি। কদৌউৈদসু কনা অমতদা লমহেনবা লমচৎনা অয়াকপাৱা হাইদুনা করি অমতা নুংঙাইহন্দবা, শাওহনবা তৌদে। কনথোবনচিংবা ক্ষেত্রী মচাগী লৈবা হৌনবা মতিক ময়াই য়াম্না লৈদুনা, মশাবু লৈতেংইবা অদুগুম্না, ভক্তি, থাজবা, অমেংবনচিংবা ফজবা লমচৎকী হৌনবা গুণ পুন্নমকনসু মাগী থম্মোই অদু মকাৱান্না চাওনা থমই। কোন্নুংনচিংবদা লৈৱিবা লৈপাক মীয়ান্না, নিপা অমতদা অফবা গুণ মথৈ অযুক্তৱোইনা পুমতিনতিনবা অসি উদুনা ইওক ওক্লে। লৈপাক পুন্নমক্কী মচিন্দা যুবৱাজবু থাগৎপা খোঞ্জেনতমা মতাখে। মখোইনা যুবৱাজবু অৱানা তাবগী পান্নৈ লৈতলাইৱবগী মৰুপনি হাইনা নিংবা অদুগুম্না, ধর্ম্মগী তাংজফম অমসুং অফবা লমচৎকী তমজফমনি হাইনা নিংনদুনা, মাগী মথক্তা য়াম্না নুংশিবা অমসুং চান্না নিংই হাইবা উৎলি। অফবা গুণ মথৈনা লৈতেংই হাইদুনা যুবৱাজবু লৈপাক মীয়াম্না থাগত্তুনা মতিক মগুণ শকুবদু শান্তনু মহাৱাজনা তারে হাইৱগা, মতোমদবু মহৈ য়াল্লে হাইনা নিংজে। মহাকনা মাগী লৈপাক্কী নিংথোগী থবক পুন্নমক মচা দেবব্রতগী মথক্তা ননশিন্দুনা, পুকনিং ৱাইশংনা মতম লেল্লি।

মতৌ অসুম তৌনা চহি মৱি লেল্লক্লে। নোংমদি শান্তনুনা উবদা পেনবগী মশক ৱোইৱবা ইশিংনা লৈতেংলবা যমুনাগী লৈৱাই

মপানগী উমংগী লমদমদা কোইচৎচত্তুনা, কোইরকপদা মমাংঙৈদা ইতাতাথিদ্রিবা য়াম্না নুংশিরবা, পুকনিং হুবগী মশক ৱোইরবা ইমেংমেংবা মনম অমা হেক তাই। মনম অদু কদাইদগী হুন্নক্তুনা, উমং অদু শিনথুংনা মনম নুংশিহল্লিবা, মাদুগী হৌরকফম অরেপ্পা খংবা ঙমদদুনা, মাইকৈ মরিমক্তা কোইথিথিরকই। ঙাইহক লৈরগা লাইরেম্বীগা মান্নরবী নিংথিজরবী নুপী অমা উরে। মহাক্কী মশাদগী থোরকপা মনম অদুমক্তনা নুংশিংনা হুন্নক্তুনা, উমং অপূম্বদু ইথুংথুংনা মনম নুংশিহল্লি। শান্তনুস্থ মানা মী ইলৈলৈতবা উমং অদুদা নুপী মানা লাকইবা অদু উরদুনা করিগীনো খংনিংদুনা হংল্লকই। ইবেমা হে থম্বালমনমনম্বী! নংদি কনানো? কনাগী য়ুমলৈমনো? করিগীদমক নারক অসিদা নত্তোম্মতা শাৎলরিবনো? মাদু তারদুনা অসাইগী নিংথিজরবী নুপী অদুনা খুম্নকই। হে ইবুঙো অচিকপগী মশক ৱোইরবা! ঐদি ঙাথিবাগী (ডুম) মচা নুপীনি। ঙাথিবা পুন্নমক্কী নিংথৌ দাশরাজাকৌবা নিংথৌ অদু ঐগী ইপানি, ইপাগী থোঙ্গললীগে হাইদুনা, কালিন্দীগী ইশিংমথক অসিদা হী হোন্দুনা কোইচৎচৎলিবা অসিনি। শান্তনুস্থ শাগৈ য়াম্নবা হোৎনগে নিংবা মরমনা, দাশরাজগী মফমদা চত্তুনা মাগী মচা নুপী অদু মাগীদমক লোগে হাইদুনা হাইজরুরে।

শান্তনুনা হাইবা ৱা অদু তারদুনা দাশরাজনা খুমজরকই, মহারাজ! মহারাজদি লৈপাক ফাওনা মমিং চৎথুবা কুরু শাগৈদা শাৎলিবনি। লন থুমনা থন্না লৈরবা লৈপাক (ভারতকর্ষ) অসিগী নিংথৌরেণনি। মহারাজগা মান্নবা লাইরিকলাইস্থ খুজুখুৎলাই, হৈবা নিংথৌ তাইবংপানবা অসিদা লৈত্রবনি; নিংথৌ অতৈ অতৈস্থ মহারাজগী য়াথং মতুং ইন্না লৈপাক ঙাক্তুনা ৱারক্তুনা থম্নিবনি; মহারাজগী পান্দমনিংঙাই লৈতানা কনবা, থৌবা অদুগুম্না হকচাংস্থ চেকশিল্লি, শৱোংস্থ ফজে, অমস্থং পুকনিং হুবা কুচু ৱোই। ইচা নুপী কৎপয়াবা মহারাজ নহাক্কা মান্নবা ফবা অতৈ লৈবনত্রে। ঐনা ইচা নুপী পোকচরে অদুনা অফবা মতিক ওকপা নিপা (ইমহাক) দা ইচানুপী

কৎফম থোকই। তৌইগুম্বসুং ঐনা হান্না হাইজহেনিংবা হিরম অমা লৈরি। ঐগী ইচান্নুপী সত্যবতী অসিবু লৌদুনা পানগে হাইরবদি, ঐনা হাইজগদৌরিবদু হান্না য়াবিখো। মাদু তারবদি শান্তনু মহারাজনা হাইরকই; দাশরাজ নংনা হাইনিংবদু হান্না ফোংদোক্তি ঙৈদা ঐনা করম তৌনা ননিং থুংহনগনি হাইবা ওমগনি। নংনা নিবদু তারে হাইরগা, পিবা য়াবা থোক্লগা পিগনি পিফম থোক্লগা পিবা ওগ্রোই। অদু তারবদা দাশরাজনা হাইরকই, ঐগী ইচান্নুপী অসিনা পোকপা মচা, ইশু অদুনা মহারাজনা নোঙাখ্রবা মতুংদা নিংথৌ খুবম ফংহৌবা, অতৈ কনা অমত্তনা নিংথৌ খুবম ফংবা য়াদবা মাসি য়ারবদি ইচানিপী কৎচগনি।

দাশরাজগী ৱা অদু তারবদা, শান্তনু মহারাজ মপুক্তা অৱাবা পোকখি। লৌৱাই, য়ুম্ফাল, অমসুং ঐগী কোন্নুংদা লৈবা মী খ্বাইমকনা, মতিক মগুণতা ঙাংনখ্রবা; ধর্ম্মদা মমাই ওনশিল্লবা, য়াম্না লাইনিংবা, লাইরিক হৈবা অমসুং অফবা থবক তৌগনবা হাইদুনা, লৈপাক মীয়াম্না য়াম্না থাগৎনবা অকল অথৌবা নিপা মথৈনা য়াম্না কনখ্রে হাইদুনা, মাগী য়াম্না কনশিনবদুগী মিংচৎপু ঙাংনদুনতা লৈরিবা, অদুম ৱোইবা মীৱোইবগী অফবা মথৈ মপুংফানা তিল্লবা থৱাইবু হেনখ্রবা দেবব্রতনা, কুরু শাগৈগী ইকাইখুম্নবা লুরবা নিংথৌ খুবম নাম্থোকহৌবা; অমসুং নিংথৌ ৱোইবগী নুংঙাইবা, ইকাইখুম্নবা, পুন্নমক অদুবু হন্দক্কী মপোক অসিমগী অরোইবী তৌদুনা ককথৎপি-রম্নবা, অসি পুন্নমক অসিগী ৱাখল খল্লদুনা, শান্তনু মহারাজা অচংবা লাইফদিবীগুম্না তুমিন্না লৈখ্রে। মহাকনা মচা দেবব্রতগীদমক খল্লদুনা, দাশরাজনা নিজবদু য়াখিদানা কোন্নুংদা হল্লক্লে।

শান্তনু মহারাজগী দেবব্রত নত্তনা মচা অতৈ লৈতে। শাগৈ ফুংগা মুর্ত্তনবা মচা অমদংগা পোক্লগদিকো হাইদুনা মচা পোক্লবগী দমক মতু অমা থিগে হাইদুনা শান্তনু মহারাজনা ৱাশকখি। হৌজিক ৱাশক নিংবমতুংইন্না থুংলমদাইদা, য়ৈথাইবা লাক্লনা অকাইবা পুকনিংতা পুদুনা, হস্তিনাদা হল্লক্লে হাইরগা, য়াম্না

অৱাব। ৱাখল তৌদুনা লৈ। মপাবুং মহারাজবু য়াম্না লুনা কীনা নিংলবা দেবব্রত যুবরাজনা মপাবুংনা অৱাবা খনবা মতাদু উৱদুনা নোংমা মপাবুং মহারাজগী মনাক্তা চংশিল্লকই, অদুগা মতিক ওকপ-হৌনবী মতুং ইন্না মহারাজগী খুয়াদা খুরুমদুনা হংকৎলকই, হে ইপা-ইবুংঙো মহারাজবু করিগী দমক মাইথোং মকনা অৱাবা ৱাখল তৌবিরিবা, লৈপাক ৱাথোকলাম্ষোকপা লৈতে, ফত্তবা খুদিল উৎপম্নু তৌদে নিংথৌ মকোইনা পাবুং মহারাজগী খুয়া পোন্দুনা লৈরি, লৈপাক পুন্নমক মপুকনিং মুংঙাইনা, অৱাং অপা লৈতনা পাল্লি। মাইকৈ মরিমক্তা নুংঙাইবগী ইফুৎকী পেরে, অমসুং ইচিকচিকপগী ইচেল অমসুং ইনাক কৈরাক খুনবা চাওখৎলকপতা মউরি। অদুম ৱোইনমক পাবুং মহারাজনা অৱাবা খনবা মতা উজরিবা অসি করি মরমনা ৱোইবনো? ধর্ম্ম চেনবা দেবব্রতনা হংকৎচবা ৱা অদু তারদুনা শান্তনু মহারাজনা হাইরকই, ইবুংঙো ঐখোইগী শাগৈদা পাম্বৈ ৱোইরিবা অমমবদা অচৌবা মৈরা থানবগুম্না ঙান্দুনা লৈরিবা, নতোমদা মঙাইরে. নংদি খুজু খুৎলাইনচিংবা নিংথিনা হৈরে, লাইরিক লাইশু মহৈ পুন্নমক চংখোম্না খংলে। খোঙ্গুল (অরেপ্পা) লৈঙবা তাইবংপাল অসিদা করি অমতা খোঙ্গুল (মুৎপয়াদবা) লৈবা নত্তে। ঐনা তাইবংপানবগী অসিগুম্বা অরেপ্পা লৈতবা মতৌ অসিবু নিংশিংলুরগা, পুকনিংদা য়াম্না ৱারি, করিগুম্বা নহাক্কী থোই-দোকপা অৱানা তাদুনা মাংখিবগুম্বা থোক্লবদি, ঐখোইগী তরু তরুবা শাগৈ অসি মুৎলবা হাইবদু ৱোইরে। ধর্ম্ম চেনবশিংনা হাইনৈ মচা অমতা ঙাইবশিং অদু মচা ইপোকপোক্তবদা মশিং চল্লি। নংতা য়াইফনা অমসুং খুৎকল পাঙ্গল পুন্নমক পুমতিনত্তিন্না লৈবা হাইদুনা তাইবংপানবগী মপুদা ইত্তত্তানা খুরমদুনা ইপানা নিংজৈ। নংনা মুমিৎচুপ্পা অকল অথৌবতা উৎপা হোৎনৈ। নংগী খুৎকল পাঙ্গল, খুজু খুৎলাই শুবহৈবা, অমসুং ইচংথৌবা, লাম্তা হৈরবা অদুনদি, শোইদানা লান্দা শিরগনি হাইনা উই। "লান্দা হৈবনা লান্দা শাদা হৈবনা শাদা শিবা হাইবদু শোইদে।" মাদু থোক্লব

খোঙ্গবদা ঐখোইগী শাগৈগী তৌনিংঙাই করি লৈরি? লৈপাক কাওরবা কুরুশাগৈ অসিগী পাম্বৈ কনানা ৱোইগনি? ইপারি ইবুংঙো নংদি ঐগী থৱাই মওামকপু হেনখ্রবনি, ঐগী লল হাইব্ৱা মথৈস্মু নংনি। ঐনা নংগীদমক্তা য়াম্না চিংনবা পোকই। পুকনিং অসি ওাইহক্তা ত্তপখবা ওমদে। অরাবা ৱাখল অসি খনবমক্তনা পুকনিংগী অত্তপ্পা। পুন্নমক মাংখ্রে। য়াম্না ৱাবগী হুনা পুকনিং ইচোক-চোকখ্রে। মপা ইবুঙো মহারাজগী য়াথং অদু তারদুনা ওাইহক মরু লুক্তুনা ৱাখল তৌরগা ফনবতা হোৎনবা মন্ত্রি হন্নুবদা চৎখিদুনা মপাবুং মহারাজগী স্নাপুকনিং অরাবা পুন্নমক খংহল্লে। মাদুগীদমক যুবরাজগী পুকনিং অরাবা অদু উরদুনা, দাশরাজগী মচা নুপীদমক ৱাবনি হাইদুনা মাগী হিরম অদু মন্ত্রিনা যুবরাজদা ফোংদোক্লে। কুরু-শাগৈগী লেল ৱোইরিবা দেবব্রতনা থাজরবা মন্ত্রিহন্নুবদগী ৱা পুন্নমক অদু তারদুনা, মপাবুং মহারাজ স্নাপুকনিং নিংলিবদু থুংহনগে হাইদুনা হোৎনরক্লে। পুকনিং হকচাং অমস্মুং ৱাহৈনা মপা ইবুংঙোগী য়াথং লৈপাক তাহন্দবা অদুগা নুংঙাইনবতা হোৎনবনা মহাক্কী মরু ৱোইবা তৌফম থোকপা মশিংচল্লিবা দেবব্রতনি। অরুবা লাইগা মান্নরবা মপা ইবুংঙোনা, পুকনিং ৱানা মতম লেনগদৌরি হাইবদু মপানিংবা দেবব্রতনা মপুক্তা থাংবা ওমদ্রে। মহাকনা থিনবা তৌদান অহল ৱোইবা ক্ষেত্রী মচা অওম অথৌ থরগা লোইনদুনা, দাশরাজগী মফম য়ৌনা চত্তুনা মপাইবুংঙোগী দমক মশামকনা মহাক্কী থম্বাল মানবী মচানিপী পিবিয়ু হাইদুনা হাইজরুরে।

দাশরাজনা, কুরুশাগৈগী থোইদোক্না হেন্দোকনা অফথোইরবা দেবব্রতবু মতিক ওকপা ইকাই খুন্নবা অমস্মুং হৌনবা মতুং ইন্না কৌশিন্দুনা মতিক ওকপা ফমফম পিরে। যুবরাজনা ক্ষেত্রী মচা অওম্বগা লোইননা ফন্নবা, মতুং অদুদা দাশরাজনা হংই; ইবুংঙো যুবরাজদি শান্তনু শাগৈগী অরাবা থাংমৈনি। যুবরাজ, মান্নমা হিরম পুন্নমক্তা পুমপ্তু শুনা চংখোনবা মচা ইমিৎনা উদ্রি। ইবুংঙো যুবরাজ যুন্না ৱাখল তৌবিয়ু অস্মুম তৌনা থাগৎফমগী অয়াম্বা নিংথিজবা

মথৈগী মপুংফাবা চরোং গুম্বা ওাইবু নাম্থোকখিবা থোক্লবদা পামুইদা কৎলকইদা হাইদুনা শোল্লোইদবা কনা য়াওরমগদগে ? শোরারেণ য়ৌনা হন্দক্কী ইমহাক অসি পামদফম থোক্তে ঐওোন্দা অকেৎননা ফরে। ঐদি কৎচগদোরিবা নিপী মচা অসিগী মপানি মরম অদুনা মাগী ফহম্নিংবা মরমনা ইবুংঙো যুবরাজদা হান্না খরদং হাইজহৌগে, মাদু তপথনা তাবিয়ু! হন্দক্কী লুহোংবা অসি হোংবা থোক্লবদি লোম্নবীনা পোক্তনা মচা মচাদা য়াম্না তাথিনগনবা হৌনবদু থোক্লরগনি হাইনা নিংই। নহাক্কী খুৎকলপাঙ্গল মকলমথৌ, অসিদা নহাক্কা য়েকনবা থোক্লগদবা মী অদুদি ফনকন্দুনস্থু, লক্কা চাওদুনস্থু, কৈদৌওৈদস্থু পুনশিনা পানবা ওমগনি হাইবা নিংঙ্গে। অদুগা নহাকনা শাওরবদা নমাংদা কনা অমতা লিৎফম লৈবনত্তে। হন্দক্কী থবক অসিদা অকাইবা ছিরম অনি অসি উরে; মপাবু থাজনা য়াম্না লুনা নিংবা দেবব্রতনা দাশরাজগী পুকনিংগী ৱা অদু উরদুনস্থু, করি অমতা অৱাবা খল্লুবা তৌদে। মহাক্তি মথৱাই থাবা ফাওবা মপাবুং মহারজগী ফননবা তৌবদা য়াদুনা লৈরবা অমস্থুং হোৎনরিবনি। দাশরাজগী অরুবা ৱা অদুদা মাগী অকা-ইবা পুকনিং মরাং হৌবা তৌদে, ফত্তবা ৱাখল তৌরুদে, করিগুম্বা অমতা ৱাদুনা মশা চোকথবা তৌদে, পুকনিং হন্থবা লৈতে। যুব-রাজনা মপাবুং মহারাজবু থাজনা য়াম্না লুশিন্না নিংবদা অকাইবা লৈতনা পুকচেন চাওনা তাইবংপানদা মরনাই কান্নবা তানবদা য়াম্না থাদোকনবদা অথেংবী উৎকে হাইদুনা হোৎনরক্কে। ভক্তি অমস্থুং থাজবদা মহাক্কী থম্মোই অদু পিকথল্লক্কে লাইশিংগী পুকচেনগুম্বনা মপুংফানা চংলক্কে, মরনাই কান্নবা তানবা, অমস্থুং য়ুমকৈ পান্দুনা তাইবংপানবগী পামুবা নুংশিবা থিবিক থাপ্ন। হুন্দোকখে মহাকনা পুকচেন চাওনা, তিল্লিবা ক্ষেত্রী মচা ময়ামগী মমাংদা দাশরাজদা হাইরকই, হে নিংথিজবা (সৌম্য)! ঐগী ৱাশক তাবিয়ু ঐ অৱোইবা ৱা হাইরবনি, নহাক্কী নচা নিপীনা পোক্লবা ইনাও অদুবু হস্তিনাগী নিংথৌ খুবম ফংহনগনি। মহাকপু ঐনা কুরুশাগৈগী

নিংথৌনি হাইনা য়াগনি ; ৱা অসি ইপুক্তা করি অমতা অমুবা লৈতনা ৱাশক্তুনা হাইৱবনি।

খুদক অদুদা দাশরাজনা হাইরকই, হে ৱাচুম শুবা ইবুংঙো! ইবুংঙোনা নপাবুং মহারাজ ৱোমগী মপু ৱোইদুনা লেংবিরক্লে, হৌজিক্তি ঐগী ইচানিপি কৎপগী হিরমগী মপু ৱোইবিরে। মাসিগী হরমদা ঐনা হাইজনিংবা খরস্তু লৈরি, মাদু ইবুংঙোনা মুন্না ৱাখল তৌদুনা য়েংবিগদবা ৱোই। মচানিপী য়াম্না নুংশিবা অমস্তুং চানবা নিপাশিং অদুনা হাইদবা ওমদবা ৱা অমা লৈরি। ঐনা ইচা নুপা য়াম্না চানশিনবা মরম্না ৱা অসি হাইজরবনি। ইচা সত্যবতীগীদমক ইবুংঙোনা লৈপাক মমাংদা ৱাশকখিবদু, ইবুংঙো যুবরাজগী লৈপাক মচা তাবা অমস্তুং লমচৎ মতিক ওকনা ফজবননি। ইবুংঙো যুবরাজগী পুকচেনমচাও অমস্তুং অচুম্বদা মাইওনশিনগনবা, অসিনদি কদৌ-ঙৈদস্তু ইবুংঙোগী য়াথং লেংগনি হাইবা খক নিংদে, য়াম্না থাজে। তৌইগুম্বস্তুং ইবুংঙো যুবরাজনা পোকলবা অদুগী মথক্তদি চিংনবা পোকলি।

পুকচেন চাওখ্রবা দেবব্রতনা ৱা অসি তারবদা, অসাইগী মথক্তা হাইখিবা অদুগুম্না ইতপতপ্না অমস্তু শুক্লবা খোঞ্জেল্না দাশরাজগী মফমদা হাইরকই, ঐদি মাদুগী মমাংদা লৈপাক থাদোক্লবনি। হৌজিক অসি ঐনা পোক্লগদবা ইচানা নিংথৌ খুবম ফংলগদবগী হিরমদস্তু ঐনা ককথৎলমদুনা থাদোক্লে হাইরিবা অদু, মাদুগী দমকস্তু হৌজিক তিনবিরিবা লাইরিক লাইশু হৈরবা ক্ষেত্রী মচা মীয়ামগী মমাংদা ৱাশক্লবনি, ঐ কৈদৌঙৈদস্তু নিপী খিররোই ; ওসিদগী হৌদুনা ইপুনশি মতোল্লম্বা ফাওবা য়াম্না ৱানা ঙাক্লবা য়ুমপালহৌদানা লম্বোইবা ( ব্রহ্মচারীব্রতগী ) ধর্ম্ম অদু ঙাক্লে। অচৌবা লুখ্রবা গুরুস্তু ইপাতনি, অরুবা ধর্ম্মস্তু ইপাতনি, অরুবা লাইনিংস্তু ইপা হাইবা অদুনা মরো-ইরে। মপা হাইবা অদুবু পেলহল্লবদি লাই ময়ামস্তু পেলই। ঐনা খোইদোকনা লুরবা ইপা হাইবা গুরু অদুবু পেলহন্নবা মরমনা হন্দক্কী তমথীরবা কনথ্রবা ৱাশক অসি শকলবনি। মাসিদা ইচা পোক্লবস্তু

অমাংঅতা লৈত্রবা খুবম ( স্বর্গ ) শোইদানা মফংলগনি। তাইবংপানবগী মপুনশি মতোল্লম্বা মতমদগী (প্রলয়গী) সমত্রু ইশিংনা পুমলুপ লুপথুবা, উবদা ওকপা ফংনা নিংখিজনা চাওথুবা তাইবংপাল অসি মিংকুপ অমতদা তুমথুবা, অমুক করিতবু হাইগনি, অশিবা হাইবা ব্রাহে অসিগী মরম ( অর্থ ) তাকপা ওমদ্রবশিংগী ইশেংশেংবা লৈকম অদুস্মু মুৎথুবা অদুগা নিংখাইদুনা মাইকৈ মরিমক্তা চাইথুরুবা, অদুম তৌনমক ঐগী ব্রাশক্তদি মকাইররোই। দাশরাজনা দেবব্রতগী অকনবা ব্রাশক অসি তারদুনা করি অমতা চিংনবা লৈতনা, য়াম্না ওকনা অমস্মুং হরাওনা শান্তনু মহারাজদা মচানিপী কৎকে হাইদুনা য়াখে অদুগী মতুংদা পুকচেল চাওথুবা দেবব্রত যুবরাজনা মতিক ওকপা হৌনবা মতুং ইন্না লুনা তৌদুনা রাণী সত্যবতীবু পুদুনা হস্তিনা কোনুংদা থংলরে। শান্তনু মহারাজস্মু খ্বাইনা তৌনবা ওমদবা থবকপু মচাইবুংগো যুবরাজনা তৌরকপা অদু উদুনা মখৈ লৈতনা ওকলে। তিল্লিবা ক্ষেত্রী মচা ময়ামস্মু দেবব্রতনা খ্বাইদগী থোইদোক হেন্দোকনামরম্নাই কাম্নবতানবদা থাদোক্লনবা, মপা হাইবা অদুবু ভক্তি অমস্মুং লুনতৌবগী অথেংবী উৎপা অদু লৈপাক মীয়াম্না শরু শোন্নরকপা হৌরক্লে। ব্রাশক অসি হেক তাবা মী মখৈ, মখৈ লৈতনা মুংওাইবগা লোইননা দেবব্রতবু থাগৎনৈ। মতৌ অসিগুম্বা অকীবা ( ভীষণ ) ব্রাশক অসি শকথিবগী মরম্না দেবব্রত যুবরাজগী মমিং "ভীষ্ম" হাইনা কৌথি।

ভীষ্মনা কদৌওৈদস্মু ব্রাশক অসি কাইখিদে। মহাকনা ধর্ম্মগী মতম ক্বিনা ইশেংশেংনা ইচিকচিকপা মতা উৎলমগে হাইবগী দমক্তা তাইবংপান্দা পোক্লমবরোইরে হাইনা খ্বাইনা নিংনৈ। খ্বাইদগী থোইদোক হেন্দোক্লবা মহাক্তী থবক মথং মনাও পুন্নমক অদু মতম লৈবা খিবিক্তা অমস্মুং মকম খুদিংদা খ্বাইনা তন্নকম হিরম রোইনা লৈহৌরে। মহাক্তী অকবা গুণগী মনম মুংশিবা ঐ, চরোং অদুগী মনমদু মী খ্বাইগী থোপ্তা য়েহন্দুনা, শকয়েং মিংশেল অচৌবগুম্না থম্নমলে। মহাকনা, মপাবুং মহারাজগীদমক লৈপাক্তী মপু রোইবা, অমস্মুং য়ুম নাইদুনা মুংওাইনা পানবা হিরম অদোমদা মমাই ওম্বোকুনা, মপা হাইবা

অসিদা অস্নুমনা ভক্তি তৌবা হৌনৈ হাইবা অদুগী অমুক্তৱোইনা লোইনা উত্তুনা, পুকচেল ইকাইকাইদানা সত্য ঙাক্তুনা, সত্যৱাশক্কী ইকাই খুম্নবা ঙাকখি, অমস্তুং অমনা খ্বাই পুম্নমক্তা লৈতবা খুৎকন-পাঙ্গল মহৈমশিং গুণ পুম্নমক মাঙোন্দা পুমথিল তিনখি, মীনা হাইবা খিবিক ইন্দুনা, মাগী অপাম্বা পুম্নমক থাদোকপা অচুম্বদা মাইওনশিনবা, অমস্তুং পুকনিং খুদুম চনবগী অথেংবী উৎখি। নিপা অমতদা মতৌ অস্নুম তৌনা খ্বাইদগী থোইদোক হেন্দোকপা গুণ পুম্নমকনা তিনবা কদোৌঙদস্নু কনা অমতনা তাখি উখিদ্রি। মহাক্কা মান্নবা নিংথৌৱেণগী মচা, মহাক্কা মান্নবা গুণ পুম্নমক হেক্তিন্না পুমতিনতিনবা খ্বাইদগী হেক্তিন্না তৌবঙম্বা মীৱোই মানা মপুনশি চুপ্পা মীগী নুংঙাইনবতা তৌবা কনা অমতস্নু তৌৱিৱোই অমস্তুং উৱিৱোই হাইনা নিংই। অকনবা নিপানা লানফমদা খুৎকনপাঙ্গল উৎলকপদু, য়াম্না কনবা মীশিংনা য়াম্না থাগৎনবস্নু য়াই, মহৌশানা য়াম্না শিংজিনবা মীশিংস্নু মখোইগী লৌশিং য়াম্না শিংজিনবা লৌশিংগী মঙাল অদু মফম খুদিংদা থাগৎনবায়াই, য়াম্না মুম্না ৱাখল তৌদুনা মরুখিগনবা পণ্ডিতনা কৱিগুম্বা অনৌ অনৌবা মৱি মথোং চিংথোক্তুনা, য়াম্না শিংই হাইবা থংহনবস্নু য়াই, খুৎহৈবনা খুৎনা অস্নুৱম পুম্নমক্তা খ্বাইদগী থোইদোক হেন্দোকপা থৌৱাং উৎপস্নু য়াই, তৌইগুম্বস্নুং ভক্তিদা মাইওনশিনবা, তৌগদবা থবক্তা তৌবা, তাইবংপানবনা পান্নহৌনবালন থাদোক্লন-বদা, মপুনশি চুপনা য়ুমনাইদানা নহাগী পথাপ (কৌমারব্রত) ঙাক-পদদি, হন্দকী থোইদোক হেন্দোক্লবা নিপা ভীষ্ম হাইবা অসিগা মান্নবদি কনা অমতস্নু পান্দনবা য়াদে। চহি কয়া হৌখ্রে, নিংথৌৱোন কয়া পানখ্রে, হৌজিক ফাওবা থোক্লচন্নবথংলবা মহৈ মশিং হৈৱবা লৈপাক মচা মীৱক চনবা য়াবা মী (সত্য) পুম্নমকনা, ভীষ্মগী অফবা গুণগী খ্বাই-দগী হেক্তিন্না পুনখিবা অদুদা অঙকপগা লোইননা মৰু লুকনদুনা ভক্তি তৌনৱি। অঙকপা ফংনা মতৌমদগী ইন্দ্রি খুদুমচনবা, খ্বাইদগী হেক্তিন্না পিতৃভক্তি, খ্বাইদগী হেক্তিন্না খুৎকনপাঙ্গল অমস্নুং খ্বাইদগী হেক্তিন্না লৈপাক্কী ফননবা তৌবা পথাপ্তা, তাইবংপাল, অসিগী কনা অমতস্নু

কদৌঙৈদস্থু মহাক্কা মান্ননা ইকাইখুন্নফম থোকখিদ্রি। অদুগা তাইবংপাল অসিগী করিগুম্বা লৈপাক্তস্থু কদৌঙৈদস্থু হন্দক্কী চংখোল্লবা ভীষ্ম হাইব। অসিগা মান্নবা নিপা পোকখিদ্রি হাইনা নিংই।

---

# ভারতবর্ষগী অনার্য্য।

থাইনমমাংঙৈদা ভারতবর্ষদা মী লেং (শ্রেণী) অনি তারমই। মব্রোং মতৌ অমস্থুং লমচৎলমহাই শ্রেণী অনি অদু থকমান্নদে। মকোক্কী শ্রেণী অদুবু মখোইনা আর্য্য হাইনা কোই। শ্রেণী অমদুনা অনার্য্য হাইবদি আর্য্যদগী ইতোপ তোপ্পা জাত হাইনা কোই। মখোই অদুবু মীনাই (দাসবা দস্যু) হাইনস্থু কৌনৈ। কাংলুপ অনি অসি অমগা অমগা য়াম্না তাথীনৈ।

মমাংঙৈদা আর্য্যশিংনা পঞ্জাব, সিন্ধু, অসিনচিংবা তারুতারুবা খুঙ্গংদা অনার্য্যস্থু মখোইগী য়েক্লবা ব্রোইনা হেকমা মরেপউ উই। মখোইনা আর্য্যদা ঐখোই পাংদ্রবা ওমদ্রবনি হাইদুনা য়াদুনা নোনবা থক তৌদানা মখোইনা, মনিং তৌবা কাইদনবা হাইদুনা খুৎলিংদুনা লৈ। আর্য্যশিংস্থু অনার্য্যগী থৌরাং অদু উবদা ইওকওকই। মখোইস্থু মখোইনা তারিতারিবা খুঙ্গং অদু ব্রাইশংনা লৈননবগী দমক অনার্য্য-শিংগা লালতৌবদা থক হন্দে। মমৈ অদুদদি আর্য্যশিংগী খুৎকনপাজন্না অনার্য্যশিং অদু থাংবা ওমদদুনা চেল্লে। কোঙ্গাই অমনা অশোংবা চিংগী লমদমদা, মী তাদবা অচৌ নারক্কা চেনশিনখিদুনা তারুই কদৌঙৈদস্থু মখোইগী জাত পুম্নোই লোইনা আর্য্যশিংগী মথা পোনবদি পোনখিদে। হৌজিক ভারতবর্ষদা গারু, সাঁওতাল, কোল ভীল, খন্দ অসিনচিংবদা হাওপুক লীনপুক্কুম্বা থোক্রচন্না কয়া থংদবা জাত ময়াম তারিবদু থাইনগী অনার্য্যশিংগী মচা মশু ব্রোইকম থোকই হাইনা নিংনৈ।

অনার্য্য ময়াম অদু হৌজিক্তি ভারতবর্ষগী তোঙান তোঙানবা

লমদমদা লৈখে। নারক শিংলক্তা মখোইগী লৈনকম রোইখে। মখোইনা লৈরুবা লৈরুবা খুল খুল অদু নিংথিনা ঙাকশেন্দুনা থমই। মখোইগী খুল্লাকপা ময়াম অদু য়াম্না থাজবা মীরোই অমসুং চংজরকপা মীবু কনবিবা কন্না হোৎনগনবা মীতা রোই। মতম ক্লিনা তোঙান তোঙাননা লেনখিবনা, মখোইগী তোঙান তোঙানবা হৌনবী চৎনখিবনা মখোইগী মরোং মতৌস্সু, রাহৈলমচৎস্সু মায়দানা উরে। মখোই অসি লাইরিক হৈত্রবস্সু লৌনম লৈতে পংদনস্সু অচুম্বা হিরম পামই, অমস্সুং লাইরিক লাইশুহৈবা থোক্লচন্নখংবা লৈপাক মচাশিংন্না য়াবা পথাপ মতুংইন্না চত্তবস্সু পুকচেল ইতিংতিংই রা ইচুমচুম্না ঙাংই। মখোইনা করিগুম্বা অরানবা হিরম অমা তৌরবস্সু অরানবদু ইশেংশেংনা য়াই। মরাল অদুনা মথরাই হাৎকম থোক্লবস্সু, অরোইবা রাদগী খজিক্তস্সু লেংগে হাইবা মখোইনা নিংনদে। মখোই অসিনা য়ানখ্রবা হিরম ঙাকপা কন্না হোৎনৈ, লংফৈদগী থুংলবা মী য়াম্না চানবি, লুচিংবদুগী থবক পাংননবা হোৎনবদা মথরাই থাবা থৌশাদে; তৌফম থোকই হাইদুনা খংবদু খক কাইদে, রাশক হোংদে অমস্সুং তৌনিংবা মরাং হৌবদু খক হন্দে; অকীবদস্সু কোকচাওবী কাদে, কীদুনস্সু লেংবা লৈতে, অরাবদা তারবস্সু ফিজৎপা তৌদে। কর্নাগুম্বনা মখোইগী খুন্দা থংলরগা অরাকপমী অদুবু পুকচেল ইতিংতিংনা কৌশিল্লি। থুংলবশিং অদুনা করিগুম্বা হিরম অমা খংজনিংবা উৎলবস্সু, লিক্সুপ নাইদানা তাকপি। মমলচংবাপাৎ য়াম্না পুরক্লবস্সু মখোইনা নিংথিনা শংবি। মখোইগী লমগী ঙমখৈ লোইনা তাকপি থিনবি, অমস্সুং অতোপ্পা খুল অমগী লমতাকপমীদা নিংথিনা অরাকপমী অদুবু শিন্নদুনা হল্লকই। অরাকপমীগী থৌরোংথৌদৌ মুন্না য়েংই, করিগুম্বা চিংনবা মরম, উরবদি খুল্লাকপদা তম্নাতম্না তাকউই। অয়াম্বা লম্মক্কী শা খোজুল য়েংদুনা শা অদুগী খোজুল্লীদুনা থি। নোংশা, কৈ, থেবা, লক্মুই, ফাওবা খোজুল্লীদুনা লৈকম থংবা ঙমই। হরানবা, নমজানবগী খোজুল্লীদুনা মখোইদু কদাইদা লৈবথোকই মাদু ফাওবা মখোইনা খংই চিঙ্ঘিহরানবগী খোজুল অচৌ অপিক চৈতেকনা

তমদুনা থঙ্গোরগা কাইনথংদা মাদু ফাহুনা ভৌবওঘদু উত্তুনা থ্বাইবু ইণ্ডকওকহল্লি।

অনার্য্যগী গুণ পুন্নমক অসি থুপ্পুনা থম্নদে। মাদু খংহনবা য়াম্না উথে। আর্য্যশিংস্থ অনার্য্যগী থোইদোকহেন্দোকপা মগুণ পুন্নমক অদু মতম অয়াম্বদা উখিদুনা ওক্লখি। ইতিহাসতা অনার্য্যশিংগী মীতেং-পাঙ্গনবা অমস্থং নিংগনবা নিংথিনা লৈ হাইদুনা ফজনা লেংলমই। মুসলমান্না নোংজুপ অন্নাং রোমদগী ভারতবর্ষদা লাক্কুনা ভারতবর্ষ লৌদুনা পানবা ওমখি। পাঠানশিংদি ভারতবর্ষদা ভারতকী নিংথৌ-রেন রোইবা ওমখিদে। মতম অদুন্নাইদা মাগী মাগী অচৌ অচৌবা খুন্নং তোণ্ডানতোণ্ডান্না ওাক্লখি। মোগোলগী হাক্তুক্তুনা ভারতবর্ষদা মথোইনা য়াম্না শন্দোকনা নিংথৌরেন রোইখি। মোগোল নিংথৌ অহানবনা মথোইগী সমরকন্দ, অমস্থং ফর্গনাদা মথোইগী খুদোং-থোক্তবনা থেংলবদা, মরাইপক য়েংগে হাইদুনা ভারতবর্ষদা লাকই, মতম অদুন্নাইদা আর্য্যগী অকনবা রাজপুতশিংনা মথোইগী য়েক্লবা মাইকৈরোমদা লেপখি। মমৈ অদুদা রাজপুতশিংনা লৈপাক লিংখৎপগী হিরমদা মাগী মগুগী অচৌবা পাম্বৈ রোইখি। আকবর শাহনা মোগোল লৈপাক লেপখ্রে। লৈপাক অসি লিংখৎপদা চাওখৎনবা হোৎনবদা, আর্য্যশিংনা য়াম্না মতেং পাংখি। আর্য্যশিংগী পাম্বোমনা কাবুলদগী দক্ষিনাপথ ফাওবা মোগোল সাম্রাজ্য সন্দোকখি। মোগোন্না ভারতকী মীনা মতেং পাংদুনা ভারতবর্ষদা পানখিবদুগুম্না ইংরেজস্থ ভারতকা মীনা মতেং পাংদুনা ভারত লৌদুনা পাল্লি। তৌইগুম্বস্থ হিরম অসিদা ভারতবর্ষগী মীনা লেং (শ্রেণী) তোণ্ডান তোণ্ডানবা মরমনা মথোইগী মতেং পাংখিবনি। মোগোলদা আর্য্যশিনা, ইংরেজদা অনার্য্যনা মতেং পাংদুনা ভারতবর্ষদা মথোইগী লৈপাক শন্দোক্তুনা সাম্রাজ্য লিংখি, অমস্থং লিংই।

খ্রীঃ গী শোক তরানিপালগী মরাইদা, দক্ষিণাপথদা ফরাসীগী খুৎ-কলপাজল য়াম্না কল্লমই। ফরাসী চৈরাক মপু দুপ্লেগী মমিং দক্ষিণা-পথদা মতাই অমদগী মতাই অমা ফাওনা অওাংনাওথেরমই।

খুৎকলপাঙ্গল লৈবা অকনবশিংনা মফম খুদিংদা মাগী মাগী লৈপাক খুৎলিংদুনা তোঙানতোঙান্না পানরমই। মহৌশানা হৈশিংবা দুপ্লে কৌবা ফরাসী অকনবনা, মোগোলগী সাম্রাজ্যগী অকাইবা মচেৎ থরা লৈহৌবা অদুদা হৌজিক লৈপাক অমা লিংথত্নুনা শেম্বা য়ারগনি হাইবা উরদুনা, অমস্তুং ভারতকী মীশিংস্থ ইংরেজ সেনাপতিগী মখা পোন্দুনা ইংরেজগী পথাপ মতুং ইন্না তম্বিরবদি লানগী অফবা শিফাই শেম্বা য়ারগনি নিংলে। নেপোলিয়ানগুম্বা অকনবশিংনা, লানমী অসিগী মকোক রোইরবদি, মথোইস্থ য়ান্না মথোই কারকপা য়াই। অস্থুম তৌদুনা দুপ্লেনা লানমী লিংবদা কন্না হোৎনদুনা লৈরি, মতম অদুদা ইংরেজ লল্লোনবা (কোম্পানি) গী থবক তৌবদা মপা চারবশিংনা দক্ষিণাপথদা মথোইগী লল্লোননবগী থবক খুদোং চাননবা কন্না হোৎনরি। মতম অদুদা লিংজেনথীবা লমহেনবা, ইংরেজ পাথং অমা কোম্পনিগী কেরানি মচা অমা রোইদুনা মন্দ্রাজদা থুংলৈ। মমৈ অদুদদি হন্দক্কী পাথং কেরানি অসিগী মীতা ইরোলওম্থোকখ্রে। মতম অমদা মীগী লোইশং মতোন্দা ফমদুনা লৈথোকপা, দুকান্দারশিং কীহনথংহন্দুনা মথোই অদুদগী লনথ্রম লৌদুনা চাবা, মচি খুদিংদা মী ওত্তুনা (উৎপাত তৌদুনা) কোইচৎচৎপা নিপাদুনা, মতুং অদুদা য়ান্না খুৎকনপাঙ্গলকনবা নিপা রোইখিদুনা, ফরাসীশিংগী লানদা অচৌবা য়েক্রবা রোইদুনা চাইনবা হৌরক্লে। মহাক ফাওরকপনা ফরাসীশিংগী য়াইফবা মুমিৎ মরাই চাইদুনা তাখ্রে। মতম অমদা ভারতবর্ষদা মথোইগী খুৎকনপাঙ্গল শন্দোক্লে হোৎনরম্বশিংদুনা হৌজিক্কী পাংথং অসিগী মৈশানা মথোই অদু থরথরা মরাই চাইরক্লে, অমস্তুং তৌনিং-ঙাই লৈতদুনা ইংরেজগী খুৎকনপাঙ্গনগী মমাংদা মরু লুকখ্রে।

লর্ড ক্লাইব কর্ণাটকী অনার্য্যশিংগী পাম্বৈনা দক্ষিণাপথদা ইংরেজগী ওমজবা খুবম মকোক লিংখি। অনার্য্যশিংনা ইউরোপকী লানমীগী হৌনবী মতুং ইন্না তমদুনা কোম্পনিগী ভেজোন্দা য়াওখি। য়ান্না থাপথবা দক্ষিণাপথদা মতৌ অস্থুমতৌনা ইংরেজ কোম্পনিগী লানমী ভেজোল শেমখি। ইহালহালবদা অনার্য্যগী লানমী

তেঙ্গোনভনা মপুংরোইদুনা, পলাসীদা ইংরেজগী পাৰৈ ৱোইদুনা, ভারতবর্ষদা ইংরেজগী খুবম লিংখি।

অনার্য্যশিংনা কোম্পানিগী তেঙ্গোন্দা চংদুনা মখোইগী থৌনাফবা, খুৎকনপাজলকনবা, মপু নিংশিনবা, থাজকম থোকপগী য়াম্না নিংথিনা খুদিল উৎথি। মাদুরা শোক্রবদা মখোই অসিগী খুৎকনপাজল য়াম্না নৈ ফাইবা থংহনখি, আর্কট কনউওদা থৌরাংচাওবা, মপুনিংশিনগনবা থোকহনখি, কড্ডালুর লামফদা হৈশিংলবা ফরাসী মখৈগা হকথেংনদুনা সজিনগসজিনগা থিম্নদুনা নিংথিজবা লৌশিংনা লাল তৌবগী কুম্মৈ থোকহনখি, জালালাবাদ ওাকউওদা অকীবগী মশক রোইরবা আবগানিশিংদা য়াম্না কলই হাইবদু কয়ামরুপ উৎখি, মাদু ইতিহাস শুবা খুৎনা হরাওবগা লোইননা নিংথিনা য়েক্লমই। অতোপ্পা ধর্ম্ম চৎপা সেনাপতিগী মথা পোন্দুনমু মখোইগী মপুংনিংবা ধর্ম্মদু থক কাইখিদে। মখোই অসি য়াম্না অরামখৌরাংলবসু মাগী মাগী অচাপোৎ থরদং চাদুনা মবুংওো ব্রটিশ সেনাপতিগী মপুক পেন্ননবা হোৎনদুনা চিন্থংনা হোৎশিনখি, য়াম্না থৌনা ফনা, অমসুং চিংনবলৈভবাপুকচেম্না খুদোংথীরবা হোৎশিন্দুনা থগাইবদা য়াম্না রানা থোক্লবা শোইফমনা চপুম্ননা লৈথুবা মকমদা হোৎশিনখিদুনা, মখোইগী খুৎনা ওমবগী মশক ফীরান য়ুংউই, অমসুং লানগী মতমদা মখোইগী অরাম্বন থাশেল (তলব) থরাখরদং ফংজবা অদুনা হরাওহরাওনা মপুনিংশিনবা হেনবগী হৌনবী থেংনা উৎথি। মখোইদা থাজকম থেংনা লৈবসি ইতিহাসতা নিংথিনা খুদিল উৎলমই। মখোই অসিগী পুকচেন চাওবা, লীচিংমান্নবা, তৌফমথংবা, মরম্নাই তানগন্দবা, হিরম অসি ইতিহাসতা কাওদানা লেংফম থোকই হাইনা লেংলম্রে। মখোই অসিগী ইকাইখুম্নবা য়ুম্বি (স্তম্ভ) তেকখিবা, নিংথাইখিবা কদোউওদসু তৌগদবা লৈত্রে ; মখোইগী ফজবা মিংচৎকী থুদম কদোউওদসু কোক্ররোই মুৎফম লৈত্রে।

মৈশা য়াম্না কল্লবা মোগোল সম্রাট আরংজেবকী খুৎকন পাজম্না কাবুলদগী থাপথম্না দক্ষিনাপথ ফাওবা নিংথিনা শন্দোকখ্রবা

লৈপাক্তা মোগোল্লা পানথুবা মতম অদুদা, নোংজুপথংবা চিংশাং-পরেংনা লৈতেংথবা লমদমদদি, য়াম্না কল্লবা শিবাজীনা মনিং তৌবা ( স্বাধীন ) লৈপাক শেমগে হাইদুনা হোৎনরি। মহাক্কী খুৎকনপাঙ্গল্লা দক্ষিনাপথদা আরংজেবকী পাঙ্গল ময়েং তাখি। মোগোনবু হিন্দুনা ওমখে হাইদুনা য়াখি। শিবাজীনা মী খ্বাইদগী হেন্না লাল হৈশিংবা লানমীবু মারালীস্যু, মাবলাস্যু হাইনা কৌই। মখোই অদুমক্তি অনা-র্য্যনি। মাবাল হাইবদি, সহ্যাদ্রিগী চিংমরক্তা লৈবা তম্বাক ( উপ-ত্যকা ) তা তাবা খুৎ অদুবুনি। মারালীশিংগী খুৎকনপাঙ্গল কনবা, থৌনাফবা, মপুনিংশিনগনবা অমস্যুং থাজনিংঙাই য়াম্না লৈ হাইদুনা ইতিহাসতা নিংথিনা ইরমলে। মখোইগী থৌরাংনা সিংহগড়দা শিবাজীবু ওমজবা খুবম মকোক লিংখৎখি। মখোইনা ইচংথৌবনা দক্ষিনাপথদা লৈরম্বা মোগোলগী স্যুবেদারস্যু চেনখি, মখোইগী থবক থুজিনবা অমস্যুং শরৈকনবনা শায়েস্তখাঁনা চেনখিবা অদুগা লোইননা পুনাদা মোগোল্লা পানজরম্বা পুন্নমক মুৎখে। দক্ষিনাপথদা ইংরেজগী মতেংপাংবা অনার্য্যশিংবু রামুসী হাইবদি নারককোইবা ( অরণ্যচর ) হাইনা কৌনৈ। কাবদা রানা থোক্লবা চিংচিং কোইবদা, অমস্যুং খুদোং-থীরবা নারক কোইবদা, লানবা ওমদ্রবা চিংগী অচেনবা তুরেনগী ইশিং লানবদা খ্বাইদগী মখোইনা ইহেনহেল্লি হাইনা খংহনখি।

মমিংচৎলবা বিদর লৈপাক্কী লৈপাক পুবশিংস্যু অনার্য্যনি। আর্য্য-শিংনা ভারতবর্ষগী মাইকৈ মরিমক্তা মখোইগী লৈপাক শন্দোকখি খুজং অমদগী খুজং অমা লাম্নলাম্না ওমশিল্লক্লবা, অনার্য্যনা তাবা, খুঙ্গংদা আর্য্যগী হৌনবী পথাপ্তা ওন্দুনা নিংথৌগী হৌনবী পথাপ ( রাজনিতি ) অমস্যুং মীরুকচনবা য়াবগী হৌনবী মনিন থোকহনখি, অদু য়ৌরবা ফাওবা বিদরশিংস্যু মখোইগী মনিংমথা তৌনা পানবা অমস্যুং মীগী মথা পোন্দানা লৈবা থাদোক্তি। চহি লিশিং কয়াদগী হৌদুনা মখোইনা মখোইগী লমদুপ অদুদা ঙাকচশেনজদুনা তোঙাম্না পানজরক্লবনি। হিন্দুনস্যু মুসলমানস্যু করিগুম্বা মতমদস্যু মখোইবু পুমওমওমখিদ্রিবনি। খ্রীঃ শতাব্দি তরানিপালগী মমৈ ফাওবা, বিদরগী

অওম্বাশংনা মখোইগী মথৌনাকবনা অমস্নুং মখোইবু থাদোকপিদবা তুংইনবিবনা কোইশিন্দুনা মহিশুরগী অথোইবা খুবম ওাকলমমি। মখোইগী লীচিং অমত্তরোইদুনা পুকচেল মান্নবদু কাইদানা লৈরবদি, মহিশুর অসি অকনবা লৈপাক অমা থোক্লা লিংদুনা লৈখিগদবনি। তৌইগুম্বস্নুং মখোই মশেল কলক্লরক্কে। মখোই মশেল মহৈমহৈ অমগ-অমগা তাথীনরক্কে মতৌ অস্নুম তৌনা লিংজেন মান্নরক্কবা অমনা অমবু তাথীনবা হৌরকপা মরম্না মখোইগী পাঙ্গল ময়েং তাখি। মতম অসিরাইদা অকনবা হায়দর আলিনা মখোইবু ওমখি। তৌইগুম্বস্নুং হাইদর আলিনা মখোইগী মপাঙ্গল পুন্নমক পুমথুৎদেকপদি ওমখিদে। থৌনা ফবদা ফাওরিবা, নাপল চাওরিবা, খুৎকনপাঙ্গল হন্দবা, বিদর-শিংনা মহিশুরগী পাওন নিংথৌদা ইলাইলাইনা মরুলুকখিদে। মখোইনা মথৌনাফবা, অমস্নুং খুৎকনপাঙ্গলকনবগী অথেংবা য়োনা, অওম্বা মুসলমান্দা অওকপা ফংনা উৎলমই। হায়দর আলিনা মখোইগী থৌনাফবা, থাজনিংঙাই লৈবা, অমস্নুং মপু নিংবদা পুকচেল চেৎশি-নবদু উবদা মপুক পেনথুদুনা মানা করিগুম্বা লমদম অমদা দোলাইনা রোইরবস্নু, শগোল্না রোইরবস্নু চৎপা য়োনা মাগী অয়ুক নুমিদাং মশা শেন্নবগী দমক তাশেল ( বল্লম ) পাইবা বিদর মচা চনিচনি শাগোল্নৈ। অহিং লেকপদস্নু মখোইবু মাগী খাংবোক ওাকনৈ; অসি য়োনা থাজনা তৌখি।

শতাব্দি তরানিপানগী মমৈদা মহিশুরগী ময়াইচবুক্তা, চিত্তলদুর্গ কৌবা মফম অমদা বিজয়কীর্ত্তি কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লমই। মতম অদুদা ইচংথৌরবা হায়দর আলিনা মহাক্কী পাঙ্গল, খুবম চাওখৎপগা লোইননা ইনাককৈরাক থুনবা, লাইবককবা, অমস্নুং হিরম অতৈ পুন্নমক্তস্নু হেনগৎপতানবা হোৎনৈ। অমরোমদনা খুৎকনপাঙ্গল্লবা পেশরানা মপাঙ্গল হেনগত্তুনা হাইদর আলিবু লাকচবা হেনগে হোৎনৈ। মখোই অনিগী নিংথৌ মপাঙ্গল মুন্নবদা দক্ষিনাপথ পুন্নমক ফেৎফেৎ হাইখি। অব্দ ১৭৭০ শুবদা মাধব রাওস্নু মহিশুর লোগে হাইদুনা তানশিল্লকই। মতম অদুদা চিত্তলদুর্গগী থৌরাং চাওবা

থোনাফবা নিংথৌ বিজয় কীর্ত্তিস্থ থৌনাকবা বিদর তেঙ্গোনগা লোই-নবা পেশরাগী মতেং পাংগে হাইদুনা চোংথোরকই। তেঙ্গোল অসিগী মৈ য়াওবা খুৎলাই নোংমৈনচিংবা লৈরমদে। মথোইনা নোংমৈ, পিস্তল, অমস্থং তোপ শিজিন্নরমদ্রি। ফুট তরাদগী তরামওা শাংবা তা, শেত্রা, ( খোইগুম্বা ) খুৎলাইতমা লৈনরমই। মথোইনা অসিগুম্বা খুৎলাইনা লৈতেংদুনা হায়দর আলিগী অফফবা লানমীগা চিল্লোক্লে। পেশরাস্থ লানমী নিপা লিশিংহুম্ফুতরাগা লোইননা মহিশুর য়ৌথি। হায়দর আলিস্থ লান্দা থৌরবা লানমী নিপা লিশিং অহুম তেঙ্গোনপল ( দুর্গ ) মচা অমদা থমথি। পেশরাগী খুৎ অদু থা অহুম চুপ্পা অসাইগী দুর্গ অদুগী নোংপোক থংবা অদুদা লৈথি। মতুং অদুদা পেশরাগী খুৎনা পল অদুগী মচি অমদা নমথাইদুনা মথোইগী দুর্গ মনুং অদুদা অনিরক উপশিল্লি; তোইগুম্বস্থ য়েক্লবগী খুৎকনপাঙ্গল কলম্বনা অনি রকমা তাম্বোক্লক্লে। অকোনবগী লানচংবদা পেশরাগা পোকমিনবা অমা য়াম্না নানা শোকখি। মাধবরাওনা মতম অদুদা হাইখি; পল থুগাইবা অদুনভ্রগা লাম্ফমদা মাইওন্দানা থরাই থাবা, অনি অসিগী মরক্তগী অমা শোইররোই হাইদুনা কন্না রাশকখে। মতম অদুদা চিত্তলদুর্গগী বিজয়কীর্ত্তি, থৌনা ফবা বিদর তেঙ্গোনগা লোইননা পেশরাগা চিল্লোক্লরে। হায়দরগী অথনবা লানমী তেঙ্গোনগী মমাংদা তা, বড়শী পাইবা বিদরমথৈনা মথোইনা মহেল্লে হাইদুনা লৈরিবদু কাইহল্লোইদবগী চোংথোকরক্লে। বিজয়কীর্ত্তিনা ইকীকীদানা, শুক্লবা থোঞ্জেন্না পেশরাদা হাইরকই, "ঐনা হন্দক হোৎশিল্লকপা অসিদা ওমদদুনা মাইওন্দুনা হল্লক্লবা অদু রোইরবদি ঐনা ইপাংপাংদ-দুনা ওমদবগী মশক রোইনা ইকোক পিরমগনি" অস্থুম তৌনা রাশক্লনা বিজয়কীর্ত্তি তেঙ্গোল থৌশিল্লে। বিদরশিংস্থ করি অমতা তুংহন্দে। মথোইস্থ থৌনাফবা মথৌশংল্লক্লে, খুৎকনপাঙ্গল মপুংফানা উৎলক্লে, নিংথিনা ওমজনবগী দমক ইচংথৌবা, লানজং হন্দবা খুদিল মিৎকুপ থুদিংদা ইলেংলেংদানা তোইনতোইনা উৎলকলে বিদর মচা লাম্ফমদা করি অমতা মমাই ওনবা তৌদ্রে। মথোইনা কয়া থুশিন্না তা

লংশিল্লকই কয়া চুম্নচুম্না বড়শী হুল্লকই অশোইবা লৈত্রে, অদুমকনা খাংবা ওমদ্রবুনা, য়েকনবশিং অদু লেংদানা লৈবা য়ারক্তে। মখোইগী মী কয়া শিখ্রে; কয়া অমনা ওন্নরোই হাইনা নিংলদুনা লাম্ফমদগী চেন্নখ্রে বিদরগী ইচংখোবা খ্বাইদগী হেক্তিনবনে অমসুং য়াম্না হেক্তিনা খুৎকনপাঙ্গল লৈবা অদুগী পাম্বৈনবনে বিজয়কীর্ত্তিগী রাশক মনিংথুংলে। হায়দরগী দুর্গমনুংদা পেশরাগী ওমজবা ফীরান থেৎখ্রে। বিদর তেঙ্গোনগী খুৎকনপাঙ্গনবু মহারাষ্ট্রশিংনা ইওকওক্তুনা, য়াম্না থাগৎখি। হাইদর আলি মহাক মকসু বিদরগী খুৎকনপাঙ্গদা ইওক-ওকখি। তৌইগুম্বসুং মীগী মীচংদা থাগৎফম, থাজফম লৈবা অদুদা মহাকনা নুংঙাইত্রে। অদুদগী হৌদুনা চিত্তলগী অচৌবা দুর্গ অদু লৌগে হাইদুনা মহাক্না চেকশিনবা অমসুং থৌরাং ভৌবা হৌখি।

চহিমণ্ডা হৌখ্রে। চিত্তলদুর্গদা বিদরশিংনা চহিমণ্ডা অদু নুংঙাইনা অমসুং ইচিকচিকনা পাল্লে। চহিমণ্ডাগী মতুংদা, হায়দর আলি বিদরগী কিল্লা নিংখাইবা ওমখিদ্রবদু লৌগে হাইদুনা অমুক তানশিল্লক্লে। বিদরশিংসু মখোইগী থৌরাং চাওবা, থৌনাফবা অদু থক থাদোকপা তৌদ্রে। মখোইসু থা অহুম চুপ্পা মখোইবু তানশিল্লকইবশিং অদুগী মমাংদা য়াম্না অখাংকনবা অমসুং উইনমকনবগী অরেপ্পা খংহনখি। হায়দর হন্দক্কী অসিদা চিত্তলদুর্গ নিংখাইবা ওমদ্রে।

অদুগী মতুংদা অমুক চহি অনি চুপ্পা, বিদরশিংনা মখোইগী চিংগী-দুর্গ অদুদা মনিং মখা তৌনা পাম্দুনা লৈরে। চহি অনিগী মতুংদা অমুক হায়দরনা কিল্লা লৌগে হাইদুনা তানশিল্লক্লে। থাজনা থম্বা মীনা লৌনম তৌদুনা হন্দক্তি বিদরশিং লৈখা তাখ্রে। হায়দরনা পাওন লম্মোইবা অমবু চিত্তলদুর্গদা মাংজৌননা শিখি; ফকির অদুনা মরুপ শাশিন্নদুনা, লাল তৌরমদাইগী থাকয়া মরুপকী মমাংদা কিল্লাগী থোংজিন্দা লৈরে। মানা মরুপ হাৎপা লৌনম তৌবমক্তনা বিদরশিং পুম্মাংমাংবা থোকখি। মতম অদুদা বিদরশিংসু থৌনাফবা, লান্দা থৌবা, থাজবা, অমসুং নিংথৌদা ভক্তি লৈবগী অথেংবী উৎখি। হায়-দরনা বিদরগী কিল্লা অনিরক তানশিনখি, হাকদক অনিরকমক্তা

মহাকনা বিদরশিংগী মগুণ পুন্নমক অদু উদুনা ইওকওকখি। মরৈপাক্কী নিংথৌদা বিদর শিংনা রাজভক্তি লৈবা হেঞ্জিনবা অসি লৈপাক পুন্নমকনা ভমগদবা রোই। বিদর নিংথৌস্যু কিল্লা মনুংদা কোইশিন্দুনা থমথুবা, মতম অদুদা বিদর লৈপাক্কী মীনা চংফম থোকফম রানা থোক্লবা কিল্লা মনুংদা লৈবশিংগী দমক মতম চানা অচাপোৎ পিশিল্লি। নিপা মুপি কাওবা চপ্পান্নখি। নহা, অহল, পাথং খ্বাই পুন্নমক মথোইগী থোইদোকনা লুরবা লাইগা মান্নরবা নিংথৌগী ফননবা মথরাই খুবাক্তা হাপ্পুনা হোৎনখি। য়েক্লবনা মমিৎ শুকদোক্লুনা য়েং লাকপশিংদু মথোইনা করি অমতা নাচুংখিদে। অরানাগী চৈনা খোন্না য়ান্না কুংশিল্লক্লুনাস্যু মথোইনা করি অমতা লেংবা তৌখিদ্রে। হায়দরনা চৈরাক কন্নকন্না তৌরগা মথোইস্যু মরৈপাক্কী নিংথৌদা থাজবা অমস্যুং লুনা তৌদুনা রাজভক্তি তৌশিনবা অহোইননা হেঞ্জিল্লকই। পাথং লৈশাবী তপ্পতপ্পা মথরাই থাবা হৌরক্লে; হন্নবা হন্নবীস্যু অকীবা নাইদানা মথরাই কথোক্লক্লে। কিল্লা মনুংদা লৈবশিংগী অচাপোৎ চেংজেন হুনবদা কনা অমতনা লাইরেক্তে অমস্যুং করি অমতা অরাবা নাইদে। হায়দর তৌনিংঙাই লৈরক্লে। মাগী থাংবোক্তা লৈরিবশিংগীদি চেংজেন য়ান্না রাৎশিল্লক্লে। লুপা লাক য়াংথৈ পিদনস্যু বিদরগী লৈপাক্তা অচা পোৎ খোমজিনবা হায়দরনা ওমখিদ্রে। হায়দর কাইনথং অদুদদি বিদর লৈপাক্কী মী পুন্নমক ইলোইলোইনা মাংহনগে হাইদুনা রাশকখ্রে। মরুপ শাশিনদুনা মরুপ্পা মরুপ হাৎনবা থৌরাংনে, লাকচবা থীদুনা হাৎপনে, রাজভক্ত রোইরবা বিদরশিংগী ঈগী ইচেন্দা হন্দক্তি, চিত্তদুর্গ হায়দর আলিগী মখুৎ চনখ্রে। মাদুদা শিহোদবা বিদর মথৈনা মমিত্তা মপি তাদুনা মী লৈতবা নারক্তা চৎখ্রে।

মতম অমদা অনার্য্যশিংনা থৌনাফবা, লান্দা থৌবা, নিংথৌদা ভক্তিলৈবা, অমস্যুং থাজফম লৈবগী অয়োবী থংহনখি। মথোইদা অকল অথৌনা তৌবহোনবীগী মতিক ওকপা ইকাইখুন্নবনা লৈঙেংবদু, অকনবা লুনা তৌরিবা আর্য্যনিংথৌমচাশিংনস্যু, য়ান্না থাজনফম রোই।

ইচংথোবা বিদরশিংগী ইতিহাস পাবশিংদুনা, করিস্সু লৈরবা অনার্য্য-শিংদা খ্বাইদগী হেন্না অস্সুম নিংথিজবা গুণ পুন্নমকনা তিল্লি হাইবদু, থোশাদানা উৎপদা কদোওৈদস্সু মাইওনশিনফম থোক্কে। বিদরশিংগী মিংচৎকী মন্নামথোং অসি লাইরিকলাইশুহৈবা মীরকচনবয়াবশিং কাংবু খুদিংমকনা তম্নিংঙাইগী হিরম রোই। অস্সুম রোইবা অফবা মিংচৎকী রা অসি রাথল থাদোক্তিবা মীরোইবগী কাংবু খুদিংদগী কদোওৈদস্সু লুপথিবা তৌররোই। ইতিহাসগী অয়াম্বা লাতমদা মতৌ অস্সুম তৌনা মথোইগী নিংথিজবা গুণ পুন্নমক অদু নিংথিনা য়েক্কুনা লৈরে। মথো-ইনা মী অপিশক্লী লেংগী মী রোইদনস্সু, অচৌচৌবা লেংগী মীদা শিংথানিংঙাই, লাইরিক লাইশু হৈত্রবস্সু নিংথিনা হৈরবা কাংবুনা পান্নফম, মীরকচনবা য়াদবগী লেং রোইদনস্সু, মীরকচনবা য়াবা খ্বাইনা থাগৎনফম রোই। অকনবা নিংথৌগী কাংবুদস্সু মথোইগী য়াম্না কনবগী ইকাইখুন্নবা অসি থোশাদবা তৌররোই। রাথল থাদোক্তিবা খুৎনস্সু মথোইগী নিংথিজবা গুণগীচরোং অসি কেমহন্দুনা মাংহনগদবা লৈক্রে। মী অপিশক্লী জাতনি হাইদুনা মথোইবু উশিক্তবা মীশিং অদুদি মীরোইবগী পুকচেল অফবগী ইকাইখুম্নবা ওাক্লফম খংত্রবা হাইবা অদু রোইরে, অমস্সুং করিস্সু লৈত্রবা অপিশক জাততা মতৌ অস্সুম-তৌনা থোইদোকপা গুণ লৈবা অসিগুম্না, অচৌচৌবা লেংগী মীদস্সু লৈবা উদে। অস্সুম রোইবা অফবা গুণ ময়াম অসিবু কদোওৈদস্সু থোশাদানা তৌফম থোক্কে।

---

# রামায়ণ অমস্সুং মহাভারতকী হৌনবীরা।

রামায়ণ, বাল্মীকিনা অদুগা মহাভারত কৃষ্ণ দ্বৈপায়নবেদব্যাসনা লেংবনি। অচৌবা লাইরিক অনি অসিদা নুমিৎকী শাগৈ ( সূর্য্যবংশ ) থাগী শাগৈ ( চন্দ্রবংশ ) কী রা শন্দোকনা লেংই। রামায়ণ সূর্য্যবংশগী, মহাভারত চন্দ্রবংশগী ইতিহাসনি হাইনৈ।

রামায়ণ, মহাভারত অনিমক নিংথিনা পারে হাইরগা মতিকওকপা হৌনবীরা থংবা ওমই। দশরথ মহারাজগী মচামচাল ; রামচন্দ্রগী মপা মমাদা ভক্তিমলৈ ; ভরত লক্ষ্মণ অমসুং শত্রুঘ্নগী মচিন্ননাওমচানা ; সীতাগী মপুরোইবমনিং ; সুগ্রীবনচিংবগী মরুপমনিং ; হনুমানগী মপুমনিং তাইবংপান্দা পান্দমনিংঙাই লৈত্রে। লাইরিক লেংবা পুবেল বামোন লাইনিংবা বাল্মীকিগী কলম মচিন্না নিংথিনা ইরমদুনা হিরম পুন্নমক অদু রামায়ন্দা নিংথিনা শক্লমই। রামচন্দ্রনা, নিংথৌরোইদুনা নুংঙাইনা পানবা থৌশাদানা মপাবুং মহারাজগী রাশক ঙাক্নে হাইদুনা উমংদা লৈবগী তমথিরবা অরাবা থাংথি। মহাকপু লম্মক্তা লৈঙ্গরবা রাথোকপগী মরুরোইরবী মমাপোক্তবী কৈকেয়ীগী মথক্তা, নোংমতবু ইথাইখুন্নদবা উৎপা তৌখিদে। মহাকনা মপাবুং মহারাজদা ভক্তি তৌবা অদুগুন্না লৈপাক পুন্নমকপুসু নুংঙাইনবা গুণ পুন্নমক পুমলৈ লৈ। মহাকনা লৈপাক পুন্নমকপু পেন্নবা হাইদুনা ইশেংশেংলবীগী মশক রোইরবী সীতাবু লৈপাক রাংমা লান্না তাম্বোকপদা করিস্নু হজোইবা তৌখিদে।। সীতা থাইনবগী অরাবা মৈচাক্কী তেন্না মহাক্কী থম্মোইদা যুদনসু লৈপাক য়োকপদা পুকনিংখোইজংদবা তৌদে। মতু অমা থিনিংবা মতৌ কদৌঙৈদসু উদে। লক্ষ্মণসু ময়াম্বা রামচন্দ্রতা নুংঙাইনবা হোৎনগে হাইদুনা নারক খুদিংদা লোইনবগী পান্দমগুন্না কোইনইন্দুনা থৌগন তৌই। ভরতনা নিংথৌ খুবম ফংদ-নসু নিংথৌগী মেন ( সিংহাসন ) তোংদে। মহাকনা ময়াম্বা অহনবু ভক্তিগা লোইননা য়ান্না লুনা উৎকে হাইবগী ময়াম্বগী খুরুম অদু লৈপাকপুন্নমকনা লাৎপা লাইগী পান্দমগুন্না মেন মথক্তা থমথি।

সীতা মপুনশী চুপ্পা রারবীনি। মহাক্তি নুংঙাইনচাওরক্লবী, লাই-বকফনায়োক্লক্লবী রোইদুনসু বোন্দা কোইচৎচৎলবী, মপুরোইবনা কোইঙাকঙাক্তনসু মীনা হুথবী অমসুং লাক্লরবীনি, কোনথং অদুদা অযোধ্যাগী মবেমা রোইদনসু নারক্তা ইচিকচিকনা তুমিন্না লৈদুনা লাইনিংবা মুনিগী খুবমদা ( আশ্রমদা ) লৈরবী লম্বোইবী ( ব্রহ্মচারিণী )গী লীচৎ চৎলবীনি। মহাক্তি গুণ পুন্নমক্কী মপুরোইরবা অমসুং লল

মথৈগী লনগৈমপুরোইব্রবা মপুরোইবা ফংদনস্থ মপুনশি চুপ্পা থাংদুনা ওমজ্রবা অরাববু থাংথবীনি, অস্থপ রাদুনস্থ মহাক্কী অবাবা থাংবা কল্লবী গুণ অদু ইকাইকাইথিজ্রবীনি। তাম্থোক্তুনা মপু রোইবনা থাদো-কলবী রোইদনস্থ লাইপুন্নমক্কী মশক রোইব্রবা মপুরোইবদা ভক্তি খচিক্তস্থ রাত্তবীনি। মপুরোইবদা চৎপা হৌনবী পথাপ মাঙোন্দগী তন্নিংঙাই য়োরবী সীতানি। মপুনশি চুপনা রারবী সীতাগী লমচৎ অসি মপুনশি চুপনা অরাবগী মশক রোইরবা তাইবংপাল অসিদা মতম ক্লিন্না মুক্তনবা থন্নব্রবা অমৃতগী ইচেন্নি।

মহাভারত্তা ভীষ্মগী লেংদবা রাশক, যুধিষ্ঠিরনচিংবগী ধর্ম্মচেনবা মতা, দ্রৌপদিগী মুখাল নিংথিজবী অসিনচিংবগী মরীমথোং পুন্নমক্তা উপ-দেশ লৌনিংঙাই য়াম্না লৈ। ভীষ্মগী লমচত্তি ওম্থোকপনি। মপাতা নুংঙাইরস্থম্ব হাইদুনা চাওখ্রবা লৈপাক, পান্দমনিংঙাই লৈত্রবা লল ময়াম, পান্দমনিংঙাই লৈত্রবা নিংথৌ রোইবগী ইকাইথুন্নবা, অসি-নচিংবা পুন্নমক করি অমতা থৌশাবা তৌথিদে। মহাক্কী পিতৃভক্তি অসি পান্দমনিংঙাই লৈতে।

রামায়ণ অমস্থং মহাভারতত্তা য়ুমপান্না লাইনিংবগী মরীদা নিংথি-নিংথিজবা উপদেশ ময়াম লেংদুনা লৈ তাথীগন্দবা রাচুম ঙাংবা, জীব-পানবা পুন্নমক্তা চপ্প্যান্ননা চানবিবা, পুকনিংফাজিনবা, ওমজবা কৎপা, অসিথিবিক য়ুমপানবশিংগী মরুব্রোইবা ধর্ম্মদা মশিংচাল্লি। মরুন্নাইতা-নন্না থাদোক্লনবা, মীগী ফননবা তৌগনবা থোকফনগদবনি। নুংঙাইনা অকেমফাত্তা চাবদা পুকনিংথোইজংলোহদবনি। কোথাকমৌথোক্তুনা মশা তলহনবা, ইচোকচোকথহনবা তৌহনলোইদবনি। ইন্দ্রিতা পেল-হন্নবা হোৎনবদা পুকনিংথিংজিল্লোইদবনি। অস্থম রোইবা ধর্ম্মদা মাইওনশিনবা য়ুমপানবশিংনা, মীগী ফননবা তৌবা পথাক্কী মপান্না, তাইবংপাল অসি ইচিকচিকনফম রোইগদবনি। অয়াম্বনা অয়াম্বা মতমদা য়ুমপানবশিংদা চংনফম থোকই। অচৎ অথোক অমস্থং লমদগী অনৌবা লাকপশিংস্থ য়ুমপানবশিংদা রাইথংফম থোকই। য়ুমপানব-শিংনা নোম্বচৎপা, ওমজ্রবদা মশারোইনা লৈমিন্নরিবা কৈরোই লৈকা-

ইনা য়োকপি থাকপিফম থোকই। মমাংঙৈগী ঋষিশিংনা হিন্দু পুন্নমক্কী হিরম পুন্নমক্তা মকোক পুমরোইরোইদুনসু ধর্ম্ম চেনবা য়ুমপানবশিংগী মথক্তা পুন্ননন্দুনা থবক ইংখাং পুই। থবক থবকদুনা মীগী মতেংপাংদুনা ফননবা তৌবদা য়ুমপানবশিংনা মপুনশি অদুমা কখোক্লে। মতোমদা নুংঙাইগে অমসুং মাগী মপুক্তা থনগে হইবা য়ুমপানবশিংগী তৌনফম থোক্তে। মনা অশংবনা কুংনা পানখ্রবা, মহৈমরোংচুন্না পান্নবা উপাল অচৌবগী ইংলবা মরুমনা অচৎলোক্কী অরা পোল্বানফম রোইবা, অহাওবা মহৈ চাহন্দুনা অরাম্বা কোকহনবা, অরোংবা মশা ময়াম অদুদা উচেক চা কয়াগী তাংজনিংঙাই রোইহনবা অদুগুম্না য়ুমপানবশিংসু চাকনিবদা কৎপা, মথরাইপানবা পুন্নমক্তা পিজবা, লংফৈদগী লাকপা অরানানংলবা পুন্নমক্কী তাংজনিংঙাই মশক রোইদুনা, তাইবংপাল অসি রোইথোকউথোকখিদ্রবা নিংথিজবা স্বগগুম্না থোকহল্লি। হিন্দুগী লাইরিক লাইগুনা য়ুমপানবশিংদা হাইরমই — - - - "মতম লৈবখিবিক্তা অচাপোৎ কৎকদবনি। অনাবগী ।৹পফম অরাবগী ফাদা,অরামথৌরাংববু চাকইশিং ইত্তত্তানা পিজপিথক তৌগদবনি। ফননবতানবা লৌশিংশিংবনশিংনা মশিং পুমতাংতাংবা, নংলবা অসিনচিংবা থৌজানফমদা হিদাক, অনালাইয়েং বিবা অমসুং মচিঞ্জাক পিবিগদবনি।" য়ুমপানবা তাইবংপাল হাইবা অসি কয়া ইচিকচিন্নবা মরোং রোইরবা। কয়া ইশেংশেংনা উরবা মরোংনো। য়ুমপানবশিং অসি কয়া নিংথিজরবা লাইগীমতা মাল্লবনো। মতৌ অম্সুমতৌনা লাইগীমতাগুম্বনা পিকথরাহন্দুনা অরেপ্পা লৈত্রবা তাইবংপাল অসিদা য়ুৎলরোইদবা অফবা মিংচৎ খোমশিনখি।

অসি নত্তনা পেনগনবা অমসুং অথাংকনবা মরীদা, পুকচেনফবা অমসুং পুকচেনচাওবা মরীদা, ইচংখৌবা অমসুং ঙাকপিহৈবা মরীদা, থৌরাং-হৈবা অমসুং উইনমকনবা মরীদা অমসুং মীরকচনবা য়াবগী মরীদা য়ান্না ফরবা পথাপ উৎলমই। পেনগনবা অমসুং অথাংকনবগী হিরমদা তাক্লমবদি অসিনি——থোক্লবা অরাবা নুংঙাইবা অনিমক্তা

পুকচেনচপ্পান্ননা পুগদবনি। মুংওাইবা কাইবদা অমস্থুং অরাবা লাক-পদা হাকনা রাফদে।

পুকচেনফবা অমস্থুং পুকচেনচাওবগী মরীদা ইরম্বা পথাপনা অসিনি——মীরোইবগী মুংওাইবা মুংওাইতবা অনিমক অসি ওন্নতৈন্না মথং মথং মহৈ চাই। কনাগুম্বনা ঐগী কান্নবা তৌরকপা, অদুদগী ঐনা মাঙোন্দা কান্নবা হেঞ্জিন্না লম্মন খুমখিগদবনি ঐনা তাংদুনা চান্নিবা অমস্থুং ঐনা য়ুমতাংদুনা লৈন্নিবা অদুগী ফত্তনবা থক তৌবা হৌনদে।

ইচৌথৌবা অমস্থুং ওাকপিহৈবগী মরীদা ইরম্বনা অসিনি——অতৎপা লৈতনা তৌনিংবা মরাং হৌদুনা লৈগদবনি, করি অমতা হন্দফদে। শাওনিংল্লকপবু হন্নফম থংবনা খুদুমচন্না থমগদবনি। ওাক-পিহৈবা মী পুন্নমক্তি হন্দক্কী মপোক্তা ইকাইখুন্নবা হয়েং অমুক্কী মপোক্তা অথোইবাতানবা ফংই।

থৌরাংচাওবগী মরীনে, অদুগা অনমকনবগী হিরমনে অনি অসিগী পথাপনা অসিনি——থবক তৌদুনা হন্নহন্না রারবস্থ থবক তৌবা হৌগৎকদবনি। নিপা রোইবনা ওমদে হাইদুনা মহাকপু থক মাইথীহনফদে। মরমদি, মশা মত্তোমদবু মাইথীবা পিনবশিংনা কদৌওদস্থ য়াইফবখুবমতানবা ওমদে।

থোক্লচন্নবা লমচৎকী হিরমদা উৎলিবনা অসিনি——মমা, মপা, মচিনমনাও,মতু, মচা, মচল, মচে, মশু, মমৌ অমস্থুং মনাই ময়াম মথোইখিবিক অসিগা থক থৎনফদে। ময়াম্বা অহনগা মপাগা মান্নে; মনাইনা মমিগা মান্নে; মচান্নুপি হাইবা অসিনা থোইদোকনা চান-বিকমনি। গুরু পুন্নমক্কগী মমা মপানা ইথোই থোইবা গুরুণি। মপানা অতিয়াদগী হেন্না রাংই। মমানা লৈপাক্কগী হেন্না লুন্নবীনি। ধর্ম্ম-কাইদানা তানবদা ফংবা লল অদুতবু অশেংবা লল কৌই। করিগুম্বা অফবা পোৎ, লংকৈদগী থুংলবমীবু পিজদানা চাবা হৌনদে। অতিথি পিজবদগী লেঙ্কোবা পোৎ অদুবু হেন্না শেংবা অমস্থুং হাওবা চিঞ্জাক অঙৈলেত্রে। য়েকনবস্থ য়ুমদা লাক্কুনা থুংলরবদি মহাক্কী মুংওাইন-নবা তৌনৈ। অচুম্বা হাইবা অদুগা মান্নবা ধর্ম্ম লৈতে; অচুম্বা

হাইবা অদুদগী হেক্তিন্না ফবা হিরম অতৈ লৈতে। ভাইবংপাল অসিদা মীনম্বা হাইবা অদুদগী হেক্তিন্না অথাবা অতৈ লৈত্রে। কল্লকুবা থাদোক্তনা খ্বাই পুন্নমক্কা চপ্পান্নবা মরুপ ত্রোইগদবনি। মীনা নানা হাইবা পুন্নমক তাদুনা থাংদুনা লৈগদবনি; নাপল তৌবা থক উৎলোইদবনি; কনা-গুম্বনা শাওনিংবা উৎলগা মহাকনা অপাম্বা থবক তৌবিগদবনি অমসুং কনাগুম্বনা শাওরে হাইরগা মাগী কান্নগদবা রাহৈ হাইবিগদবনি। ইত্রি খুদুমচনবা অমসুং পুকনিং ফাজিনবাওম্বা মীদি কদৌওঁদসু অরাবা নংদে। মীগী মপোৎ পামগন্দবা মীনা কনাগুম্বগী অফবা উরগা কল্লক্কে।

হকচাং য়োক্লনবগী হিরমদা অফবা তাক্লম্বনা অসিনি———মী থৃংননবাশং অমসুং অমাংশং, খোংখুৎ হাম্বা অমসুং লুকখাক চঙ্ম হুক্কেকপা অসিখিবিক্তি লৈননবা যুমদগী থাপ্পথাপ্পা তৌগদবনি। চাবনচিংবদা মিতাফদে। ইশিংদা নপত্তিল অমসুং অমাং অশোই তৌফদে। অদুগা ঈ অমুসুং মহুলৈবা পোৎ ইশিংদা থক থাদফদে। হকচাংফনা ফন্নবগী দমক য়ান্না লুবা ইশিংগী মথৌ লৈ। থক্লবা ইশিং মোৎলবদি, মথলমথা অয়াম্বা লাইথৃং থৃংলকই। মরম অদুনা থক্লবা ইশিং তরুতরুহল্লু হাইদুনা অফবা হিরম তাক্লমই। অসি নত্তনা মীওোন্দা নপচবা, অহাওবা পোৎ অমা লৈমিন্নরিবদা পিত্তুনা চামিন্নদানা মতোমদা চাবসু অচৌবা পাপনি হাইনা শিংথারমই। মীরকচনবায়াবা লৈপাক মচা ত্রোইবা অমসুং ধর্ম্মগী পণ্ডাপফবা হেক্তিনবা অসি মমাংঙৈগী হিন্দুবু কালমদুনা কনাগুম্বা লৈপাক্কী মীর-কচনবা মীনা হেনথিবা ওমদ্রি।

রামায়ণ অমসুং মহাভারতকী মতমদা হিন্দুগী মুপীনহানা চেক-শিন্নলৈবী অমসুং ইকাইখুম্নবী ত্রোইরমই। য়ুমগী মপুনা ময়ুমগী থাজবী মনাই মুপীশিংদা করি অমত্তা ইকাই খুম্নদবা তৌরমদে। যুধিষ্ঠির মহারাজনা মনাইমুপীবু কৌবদা "ইবেমা" (ভদ্রে!) হাইনা কোই। করিগুম্বদা অমগা অমগা য়াইফমুংওাইপাও হংবদা ইকাল-হালবদা মুপীনহাগী রানাহান্না হংই। ভরতনা বোন্দা রামচন্দ্র

উনক্ষবদা হংখি——"নং নুপী নহাদা ইকাইখুম্নবগা লোইননা চংলিনিদোনা ?" যুধিষ্ঠিরদা ধৃতরাষ্ট্রনা মতম অমদা হংখি "লৈপাক্কী নংলবী নুপীনচাশিংবু নিংথিনা ম্নোকপি থাকপিদুনা থল্লিনিদোনা ? লোমুংগী নুপী নহাদা ইকাই খুম্নবা উংলিব্রা ?" নুপীনহাবু চেকশিন্না ইকাইখুম্ননা লোইনরমই হাইবা অসিনা নিংথিনা খংহল্লি। মতৌ অস্তুম লৌনা রামায়ণ মহাভারততা অফবা পথাপনা থম্না ইরি। পথাপ (নীতি) খংগে হাইরবদি অচৌবা লাইরিক অনি অসি নিংথিনা পাগদবা মতিক ল্লোই।

লোইরবা।

Calcutta:—Printed at the Baptist Mission Press.